# শক্লাইবশিংগী পুন্সি ৱারী

( মণিপুরী কলাকার অমদি সমাজ সেবকশিং )

মরীশুবা শরুক



সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, "পণ্ডিত" "ফেলো"
"সাহিত্যশিরোমণি" "পারঙ্গত" "শিক্ষাকলা প্রবীন" "শিক্ষণ পারঙ্গত"
"জ্যোতিষ রত্নাকর" "গ্রেড রাইটর"

[ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংগা লোইননা ফোংবা ]

# শক্লাইবশিংগী পুন্সি রারী

( মণিপুরী কলাকার অমদি সমাজ সেবকশিং )

মরীশুবা শরুক




সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, "পণ্ডিত" "ফেলো"
'সাহিত্যশিরোমণি" "পারঙ্গত" "শিক্ষণ কলা প্রবীন" "শিক্ষণ পারঙ্গত"
"জ্যোতিষ রত্নাকর" "ট্রেণ্ড রাইটর"

অফোংবা ঃ—
মৈতৈময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশন
মণিপুর রেজিঃ নং ২১৮/৬৩
হেড ওফিস ঃ— নাওরেমথোং
লাইশ্রম লৈকাই।




কপি মশীং—৫০০

নম্কম ঃ—লুকমনি প্রেস, উরিপোক, ইম্ফাল।

মমল লুপা ১০.০০ তনি

# সম্পাদকীয়

( ১ )

"রত্ননা মীওইবদা কান্নবা"

মীওইবগী পুন্সিদা "রত্ন" হায়বা পোংশক অসি ভৃংনা থানবা য়াদ্রবা পোংশক অমনি। মসাগী মথংদা মমল য়াম্লবা অথোইবা লল অমা ওইনা শীংথানৈ অমসুং লৌনৈ। মী মরক্তগী অথোইবা মীবুসু "রত্ন" হায়বা মিংথোল অসি পীনৈ। ভারত সরকারনসু দেশ খুদিংমক্তগী অথোইবা মীওইশিংদু ইরায় খুন্নবগী মশক ওইনা "ভারত-রত্ন" হায়বা উপাধি অসি পী। হর্ষবর্দ্ধনগী মতমগী "নব-রত্ন" শিংগী মনুংদা কালিদাস মহা পণ্ডিত রত্ন অমনি।

মরম অসিনা ঐখোয়না খংলে মচুদি রত্নগী মতিক মগুন অসি য়াম্না লৈ। অদুগা রত্নগী মথল কয়ামরুম লৈ। হিরম অসিদা খংবা কাম্নগনি নিংঙি। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা রত্নগী মতিক মগুন য়াম্না থাক বাংনা লৈ। মীওইবগী পূর্ণ অমদি গ্রহ-রত্নশিংগা য়াম্না নক্নবা মরী লৈ। মরম অদুনা "রত্নগী মরমদা খিজিনবা কান্নদবা অরেম্বা ওইগনি নিংদে"।

গরুর-পুরান, বারাহী-সংহিতা, অগ্নি-পুরান, নারদীয়-সংহিতা অমদি অতোপ্পা পুরাননচিংবা অরিবা সংহিতাদা রত্নগী মরী মখোং, মাবু শিজিন্ন-বগী নিয়মনচিংবা য়াম্না পাক চাওনা শন্দোক্না ইরি। মত্তৌ করম তৌনা রত্ন থোক্লকপগে হায়বা রারী অদু ভারসি। নোংমগী সুমিত্তা রাজা অম্বরীষনা মাগী রাজ-সভাদা লৈরিবা ঋষি-মুনি ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবশিংদা মত্তৌ করম্না রত্ন থোক্লকপগে হায়না হংলম্মী

কনাগুম্বা মী অমত্তনা পাংখুম পীবা ঙম্মদে। খুদক অদুমক্তদা মহর্ষি পরাশরনা রাজ সভাদা লেংলক্লম্মী। রাজানা অমুক হন্না মহর্ষিদা বাহং অদু হংলমই। মহর্ষিনা হায়রকই রাজন বেদ পুরানশিংদা রত্নগী মতিক মগুন য়াম্না শুগাইনা ইরি। শমতক্না রারী অদু মহারাজদা লিগে তাবিয়ু নোংমগী সুমিত্তা শিংবগী মফমদা পাক্ক্ত্তৌনা বাহং অনিমক হংলম্মী। প্রভু মনি, রত্ন, উপরত্ন, সঙ্গ, হায়রিবা রত্নশিং অসি মত্তৌ করম্না ওই-

বক্লিবনো ? রত্ন অমসুং গ্রহশিংগা করি করি মরী লৈনবগে ? শিবনা হরাওনা পার্ব্বতীদা মনি-রত্নগী বারী লিরক্লে।

চাওরাক্লা রত্নগী কাংলুপ অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই। মহুদি :— স্বর্গ লোককী রত্ন, পাতাল লোককী রত্ন, অমসুং মর্ত্ত্য লোককী রত্ন অসিনি :—

স্বর্গলোক্তা মনি মখল ৪ লৈ। মখোইগী মমিংদি মথংথংনা ১। চিন্তামনি ২। কৌস্তুভ মনি ৩। রুদ্রমনি ৪। স্যমন্তক মনি।

১। চিন্তামনি :— মচু ঙোই। মনিসি ব্রহ্মানা শিজিন্নই। মনিনা মরম ওইরদুনা ব্রহ্মানা অপাম্বা পোৎ মখল খুদিংমক পী।

২। কৌস্তুভ মনি :— থম্মাল মচু শুগনই। নুমিৎ কোটি কয়ামকম-শুম্না ঙাল্লি অমদি লই। মসি সমুদ্র নৈবা মতমদা লক্ষ্মীগা লোয়ননা সমুদ্রদগী থোকলকই। বিষ্ণুগী লৈতেং ওইবা মনিনি।

৩। রুদ্রমনি :— মসি চুমপা শুগ্না লংই। মচুদি নাপুনি। ইন্দ্র-লোক্তা লংই। মাগী মপুদি সূর্য্যনি। সত্রাজিৎকী বারীদা মাস য়াওরি। ইন্দ্রগী লৈতেং ওইবা মনিনি।

পাতাল লোককী রত্ন

পরাশরনা পাতাল লোককী সূর্যমনিগী বারী লিরক্লে। পাতাল লোক্তা লিন জাৎ মাপল লৈ। মখোইগী মচুসু তোঙাল তোঙাল্লি। হায়রিবা লিনশিং অসিদা য়াম্না লংলবা মনি যাওরি। হায়রিবা লিনগী লংবা মনিশিং অসি পাতাল লোককী বাসুকী নাগ হায়না কৌবা লিন অহুগী অধিকারদা লৈ। মখোই অহুগী মঙাল অহুনা লিনশিংনা থবক পাং-থোক্লিবনি।

মর্ত্ত্যলোককী রত্ন

মহর্ষিনা অম্বরীষনা বারী মথা চঙনা লিবা হৌরক্লে। হে রাজন মর্ত্তালোককী রত্ন, উপরত্ন, সঙ্গ পথর অমদি মোহরাশিংগী বারী লিরগে তাবিরো।

ভগবান বামননা অবতার তৌদুনা বলিবু পাতালদা নমথখি বলিগী

মশা অতুবু শকক ২১ থোক্না য়েখোকখি।

১। মানিক ২। মোতী ৩। প্রবাল ৪। পন্না ৫। পুখারাজ ৬। হীরা ৭। নীলম ৮। গোমেদক ৯। লহসুনিয়া ১০। ফিরোজা ১১। চন্দ্রকান্তমনি ১২। ঘৃতমনি ১৩। তৈলমনি ১৪। ভীস্মক ১৫। উপলকমনি ১৬। স্ফটিকমনি ১৭। পারস মনি ১৮ উলুকমনি ১৯। লজ্জাবর্ত ২০। মাসর মনি ২১। ভীষ্মপাষান সঙ্গ মাতৌ অতুমনা রাজা বলিগী মশাদগী মনি ২১ থোকখি।

কায়বা : — মবম অতুনা মনি রত্ন চিংবা শিজিন্নরবদি মনুং মতম চাদনা শিগ অমদি লাইবক ফত্তবা থোদোক কয়াদগী লায়না ডাকপোকপা ঙমই। নিংবা থু ই মচাক মরল চংই। পুন্সি লুংশাংবা অমদি য়াইফবা পী।

রত্নুনা মীওইবদা কান্নবা পীবগুম্না রত্নগী মশক ওইরবা কলাকারশিং অমসু সমাজ সেবীশিং অসিনা সমাজদা কান্নবা পী। ভারত অমসুং পৃথিবী মফম মফম শুদিনক্তা ঐখোইগী কলচরবু শন্দোক্লি। ঐখোইগী সমাজবু অরাংবা থাক্তা থাঙংলি। মরম অতুনা মখোইগী তৌবিমল শংবা ঐখোয়গী ইপোনি। মথ্রাই পাম্মুদনা সমাজ চাওখৎনবা হোংনবিমলিবা "নিংতম লান্মী" শিংগী মফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি কচ্চরি। মখোইনা "ভূসিগী অঙাং হয়েংগী লুচিংবা" ওইগদৌরিবা মীরোল কয়াদা অচৌবা পারা কয়া তশীরম্মী।

অবিবা পুয়া-পুরান কয়াবু থিজিনবিরিবা মাইচৌশিংগী তৌবিমল কাওজদে। লৈগা সঙ্গ তৌরুরগা লুংশিবা মনম অতু ঈশিংদা, ফিদা, পোৎচৈশিংদা পকহৌই। মাইচৌশিং অসিগা সঙ্গ তৌজরুবদগী লৈগী মনম পকপগুম্না মখল মখা কয়ামরুম কান্নবা পী। ওইপ্রবা, ওইরিবা অমদি ওইরক্দবা থৌথোক কয়া লাইনা থংবা ঙমই। লৈপাক্কী অরা-অনা জারবা মতমদা কোরুবা ইরাং থোনি তৌতুনা অরা অনাদগী কনবি।

অশৈবা অমদি অইবীসু সমাজদা চাওনা থোদাং য়ারিবা মীশক্নি। লাইনিংনা লৈপাক অসিগী ইরাৎ থৌনি, থৌরম কয়াদা অমাইবসু চাওনা মফম লৌরিবা মীশক্নি। মখোই অসিনা লৈপাক্কী অরা-অনা, দশা তাক্লবা কয়াবু কোকহন্দুনা লৈবাক মরা ওপহল্লি মরম অদুনা মীরোল কয়ানা মখোইগী লমন তোল্লিবনি।

গৌরীয় সম্প্রদায় কলাকারশিং ঃ — লাইরিক থিবা, পুংয়বা, ঈশৈ শকপা, শকপী, তুহারনচিবা কলাকারশিং অসিসু হৌজিক্কী সমাজদা চাওনা মফম কল্লিবা মীওইশিংনি। মরম অদুনা মখোইগী তৌবিমল কাড়দবা ঐখোইগী ইথৌনি। মখোই অসিনা নট সঙ্কীর্ত্তন হায়না কৌবা কলাদিদোবু পাক চাওনা শন্দোক্লি। মসিগী দমক্তা থোইদোক্না থাগৎ-নিংঙাই ওইবনি।

হায়রিবা সম্প্রদায় অসিগী মনুং চননা লৈরিবা রাস ধারী অমসুং সূত্রধারিনীগী সমাজদা চাওনা থোদাং যারি। হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরগী পৃথিবীগী কোনা কোক্সিল খুদিংমক্তা শক খংহনলিবা আস মখোইননি।

মাইবা (বৈদ্য) গী থোদাংসু মণিপুরী সমাজদা চাওনা মফম কল্লি। মখোইনা মীওইবগী পুন্সিবু ঙাক শেল্লিবনি। মরম অদুনা মাইবদু তুংগী চারোল কয়ানা কাওফম থোক্কে।

মৈতৈ লৈপাক্তা গৌরীয় ধর্ম্ম প্রচার তৌরিবা, শলশেম্বা অমসুং গৌরলীলা তম্বীবা ওজাশিংগীসু মথক্তা পনখ্রবা সম্প্রদায় অসিগী কলাকারশিং অমত্তনি। মখোয়গুম্ব সমাজনা তরাইনা তৌফম থোক্কে।

হায়রিবা কলাকার ময়াম অসি মানা মানা হৈজবা থরদং শকচ-শোঙ্ঘ ফংগা কান্নবা ফংই। সমাজ সেবীশিং অসিগী ওইনদি করিগুম্বা মথল অমত্তগী কান্নবা ফংনিংঙাই লৈতমাল্লে হায়না নিংই। মৈতৈ পাউরোদা— কোঙ্জেং কোকফাইনা নোম্বনথে নোঙ্গগা মনঙলদা কাখল্লুনা মরুম থুই"। হায়না হায়ননা অনা লৈ। মখোয়গী পুন্সিদা করি কান্নবা ফংবগে? "ঐনা হয়েং শিরগা লাইগী প্রসাদী থুল্লু" হায়বতু নিংশিংদবা ঙমদে।

নপুন্সি অমদি মথাই কথোক্লুনা সনাজগী সেবা তৌবিবা ফ্রিদম ফাইটর অমসুং সোসিয়েল ৱার্কৰশিংগী মফমদা তৌবিমল উৎপগা লোইননা চারোল শুরোল খুদিংমক্তা কথোকপা অমদি থাদোকপা। ডম্বা ইচা ইশু কয়া পোক্লকপা ঐখোইনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজবি।

অইবসু সমাজ যাম্না থাক ৱা না লৈ। কবিগী অতোপ্পা মমিং অমবু সৃষ্টি কর্ত্তা হায়না কৌই। মখোইনা কলমগী মংং লোঠুনা সমাজগী সৃষ্টি তৌরি। মরম অদুনা অইবশিংগী মফমদা তৌবিমল থৎবা উৎপগা লোইননা ইকোক নোঞ্জরি।

৪ বা মণিপুরী কলাকারদা "বন্তু ৪১" গী পুন্সি ৱারী ইজদুনা সমাজদা লাপ্তোকচবি। বিদ্যাগা মান্নবা সংসার অংং কবি লল অমা লৈরিবগে? মরম অদুনা "বিদ্যা-কামদুহা" হায়নরিবনি। মানা ঐখোয়দা পু ডাইহল্লি, মি চং ফ হল্লি অমসুং অবান খুভম ফ হল্লি। বিদ্যা কামদুহাগী মপু ওইরিবা "বন্তু ৭১" গী মফমদা নোল্লুকচবি। চারোল শুরোল কয়ানা মখোয়বু কাউদনা শিদবা মি চংকী উরোং থিন্দুনা লৈহৌবা ওইসন্নু হায়না ঈশ্বরদা চংজবি।

সম্পাদক

তাং ১৫।৫।৮১ ইং

# হিরম লামাই

## হিরম লামাই

## শ্রীলাইখুরাম ও খগেন্দ্রজীৎ সিংহ

( ক্রিদম ফাইটর )

ইং শোক ১৮৮৫গী সেটেম্বরগী তারিখ ১৩ লাংবন থাগী ৫নি পানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা, ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা খগেন্দ্রজীৎ সিংহ পোকখি। অপোকপগী মিংনা লাইখুরাম শেঙ্গোয় সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। খগেন্দ্রজীৎ সিংহবু খ্বায়না ইবুংঙোহল হায়নসু কৌনৈ। খগেন্দ্রজীৎ পোকপা চহী অহুমক্তদা অপোকপা অমদি মপুবোক লৈখিদ্রে। অসুম তৌনা মমা লুপ্রাবীনা নাওয়োকখি। ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চিঙ্গাংবম পঙ্গোই সিংহনা খগেন্দ্রজীৎপু য়োকপিখি।

**শিক্ষা :—** খগেন্দ্রজীৎ সিংহ অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক য়াম্না তমলমদে। তৌইগুম্বসু হোংনবা কনবদগী বাঙ্গলা সাহিত্য নিংথিনা তমখি।

**থাং তা :—** নহা ওইরিঙৈদা মৈতৈগী থা, তা, গদা নচিংবা অহৈবা মী অমা ওইনা মমি চংহল্মী। অদুগা শগোল তোংহুনা অরাম্বাই হুনবদদি মহাকবুম্বা মী মশীং য়াম্নমদে। মতম অদুদা মহাকপু মনিপুর সরকারনা শগোল তোংলগা অরাম্বাই হেন্দো য়ান্দুনা চংপা য়াহল্লম্মী।

মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা নিংথেম পুথ্রী মপান্দা লৈবা কাংঙবম তুলসি হদা থা, তা, গদা, অরাম্বাই হুনবনচিংবা মৈতৈগী হুয়েন লালঙগী মরমদা কুপ্পা তম্লম্মী।

**পাঞ্জী তম্বা :—** খাংহৈবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার রামসনা সিংহদগী পাঞ্জী তম্লম্মী।

মৈতৈ মাইবগী মরমদসু য়াম্না কুপ্পা তমখি। অফাওবা ওজা কয়ামরুমগী মফমদা শিন্দম ফংখি।

**অরিবা মৈতৈ সাহিত্য ঃ** — মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য, তোক-পিয়া পণ্ডিত্তগী য়াম্না নিংথিনা শিন্দম ফংখি।

**লমকোয়বা ঃ** — ওজা অসিনা ই শোক ১৯২৫দগী ভারতকী তীর্থশিং কোয়রুনবগীদমক মনিপুর থাদোকখি। কাছাড়দা মতম খরা অনাবা লাইয়েংদুনা শেল তাম্লগা নবদ্বীপ্তা চৎখিলম্মী। নবদ্বীপ্তা লাইয়ে বা হৌরকপদা প্রজা মীয়াম্না ওজাগী সেবা অতুবু পেনীখি। অনাবা শনা পরুক্কবদগী লাইয়েংবদা মাই পাকখি। মতম অদুনা মফম অদুদা মমিং চৎলম্মী।

মতম অদুদা ত্রিপুরাগী কোন্নু দা ত্রিপুরাগী মহারাণা শ্রীমতি বড় মঞ্জুরী দেবী অনাবা মু ভাইরমদে। ত্রিপুরাগী মহারাডনা সংল. সিঙ মহারাণীগী অনাবদু লাইয়ে নবগীদমক টৌনগ্রামনা খগে দ্রজীৎ সিংহনা পাও পীবরুম্মী। পাও হেক ফংবগা খগেন্দ্রজীৎ সিংহনা আগরতলাগীদমক খো শাম্লম্মী। আগরতলাদা মহারাণীগী অনাবদু লাইয়ে লম্মী অমসুং য়াম্না থুনা ফহলম্মী আগরতলাগী মী পুম্নমক্না শিবগনি হায়না। নিংনম্লবা অনাবদু ওজা অসিনা লাইয়েংদুনা ফহম্লকপদা মীয়াম্না ওজা অসিবু থাগৎনখি। মনিপুরগী দেবেন্দ্র মহারাজগী মচা ইবেম্মা ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জরী হবা নবগী ভমথৈ লৈখিদ্রে। মচা পোক্তবী, লুখ্রা ওইবগী অহলগী মতম অদুনা মহারাণীনা তাংনা তোংবা কাব অদুগা থায়দগী মমল য়াংবা ইনাম অমগা মেডল (লুপা) অনিগা সার্টিফিকেট অমগা লোয়ননা খগেন্দ্রজীৎ সিংহদা পীবিখি। লোয়ননা "জ্যোতিষ-রত্নাকর" হায়বা মিংথোল অসি পীবিখি। মহারাণীনা তলব পীদুনা থবক তৌহনখি। লোয়ননা ওজাগী ইমুং মনুংগী তলব পীখি। খগেন্দ্রজীৎকী মমা রাজকুমারী থরোম্না দেবী অমদি মহাকী সেবক খরসু আগরতলাদা কৌরগা মখোয় পুম্নমক্না লোয়ননা মহারাণীনা ভারতকী মরু ওইবা তীর্থ কয়ামুক কোয়মিন্নরম্মী।

**ৱাজনীতি ঃ—** ইংশোক ১৯২৮ মহাৱাণীগা লোয়ননা অনিবক শুবা তীর্থ কোয়বদা খগেন্দ্রজীৎ সিংহগী ইমুগী মী পূম্নমক অমসুং মহাক্কী সেবক কয়ামুকসু লোযনবম্মী। কলিকতাদা থা ৭ লৈৱিবগী মনুংদা ভারত কংগ্রেসকী কলিকতা সেসন যাওখিৱম্মী। সেসন অদুগী থৱচকীদমক মহাৱাণীনা অঙম্বা দান তৌখি। খগেন্দ্রজীৎ সিংহসু ভিজিটৱ অমা ওইনা সেসন যাওখি। সেসন অদুদা গান্ধীজীগী ভাষন তাবদগী খগেন্দ্রজীৎ সিংহগী থম্মোইদা ৱাজনৈতিক্কী মক হুনখি। গান্ধীজী অমদি মোতিলাল নেহরু উন্নদুনা ৱাজনৈতিক্কী ৱাফম বযা নৈনখি। সেসন অদুদা মণিপুৱ-দগী মীশক অমা যাওবা অমসুং ৱরায যাওবদু উবদা ভারত কংগ্রেসকী নেতাশিংনা ওৱাম ফাবম পৌবিখি। মথমংদা মহাৱাণীনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমলমদা চংনকপা মতমদা কংগ্রেস কর্ম্মীশিংনা তৌৱম্বা সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী থৌৱম কযাদা মক ওইনা স্কুল লিংখৎপা, লাযবৱা ছাত্রগী মতেং পাবা, ঈথৌ থোখোং শেম্বা, অসিনচিংবা থবক কযাদা মহাৱাণীনা দান যাম্না তৌবম্মী। পূম্নমক অদু ওজা অসিগী থোইনশিননি। ইংশোক ১৯৩০ দা মাণপুৱদা চহী অমৱোম লৈৱম্লগা ইংশোক ১৯৩১ দা মহাৱাণী ব্রিন্দাবনদা লৈখিদ্রে।

**ধর্ম্ম সভা লিংখৎপা ঃ—** ওজা অসিনা অহানবমক্তদা "গৌৱ সম্প্রদায মহা সভা" হাযবা ধর্ম্মগী সভা অমা শেমলম্মী। মথংদা "আসাম মণিপুৱ বানিজ্য সমিতি" হাযবা অমা লিংখৎখি। মসি আসাম অমদি মণিপুৱদা লৈৱিবা ললোন ইতিক তৌবা মৈতৈ মচাশিংগী ওইবা সমিতিনি।

**সমাজ সেবা ঃ—** ইংশোক ১৯৩১ দা "নিখিল মণিপুৱ প্রজা" কৌবা ৱাজনীতি দল অমা লিংখৎখি। দল অসিনা অহানবা থবক ওইনা ঈশিং খাজনা কোৱবা আন্দোলন অমা হৌৱে। আন্দোলন অদুদা মী কয়ামুক জেলদা থমখি। ঈশিং খাজনা হন্থহনখি। সৱকাৱবু খাজনা

হুন্নবগী নোটিশ অনিরক থোকহনখি। অনিরক শুবদা একাগাড়ী খাজনা কোক্লবা আন্দোলন হৌখি। খাজনাদি কোকখিদে অদুগা মফম্ মতম নাইদনা পংফা ফাবদি হৌহনখিরে। অদুম শুবদা ইংশোক ১৯৩৫ দা নেতা অসিনা লুচি দুনা অচৌবা বিভোলুসন অমা হৌখি। বিভোলুসন অদুগী মরু ওইবা দাবীদি মণিপুরদা ভোটিং সিষ্টেম চংহন্দুনা ষ্টেট দরবারগী জদিসিয়েল মেম্বর ভোটনা খনগদবনি। প্রজাগী মীহুৎ য়াওহনগদবনি, ঈশিং খাজনা, একাগাড়ী খাজনা কোক্কদবনি, রাইস মিল থিংগদবনি। কো-ওপরেটিভ সোসাইটি লিংখৎকদবনি, ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স শেমকৎদবনি হায়না দাবীশিং অসিগীদমক হৌবা বিভোলুসন্নি। বিভোলুসন অদুদা বিপ্লবী অসিবু আই, পি, সি, সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৫১৭ কী মতুংইন্না থা ৬ জেল পীখি।

ইং শোক ১৯৩৬ কী এপ্রিল থাদা জেলদগী হেক থোক্লকপগা ইরাবত সিংহগা উনহুনা মণিপুরদা হেন্না মপাঙ্গল কনবা রাজনীতি দল অমা লেংহন্নবা নৈনখি। নিখিল মণিপুরবা বর্মী কয়া "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা" য়াওশিনখ্রে।

ইং ১৯৩৮ দা বিপ্লবি অসিসু মহাসভাদা য়াওরে। হান্না কলচরেল ওর্গেনাইজেশন ওইনা লৈরম্বা মহাসভাদু রাজনীতি দল ওইরক্লে। খীসিংহনা "নিখিল মণিপুরী মহাসভা" "মণিপুর কৃষক সভাগী," "মণিপুর প্রজা সম্মেলনি" অমসুং ",মণিপুর প্রজা মণ্ডলগী" ৱাকিং কমিটিগী মেম্বর ওইখি। দলশিং অসিগী আন্দোলনশিংদা মহাক্না অচৌবা শরুক য়ারকখি।

ইং শোক ১৯৪৬ তা শিলচরদা ফমখিবা "কাছাড় জিলা কৃষক সম্মেলন্দা" মণিপুর প্রজা মণ্ডলগী মীহুৎ ওইনা য়াওক্লই। মতুংদা কাছাড়গী প্রজাশিংগীদমক্তা হোজাই যমুনামুকী মাইল ৭ শাংবা লম অদু কাছাড়গী প্রজাশিংদা ফংহনখি।

**শিক্ষা :—** শ্রীবিজয় সিংহ ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্‌খি। ছাত্র ওইবিঙৈদা কম্না নাবদগী মহৈ তম্বা লেপখি।

**সমাজ সেবা :—** নহা ওইরিঙৈদগী সোসিয়েল ওর্গেনাইজেসন কয়াদা অকংবা থৌদাং লৌতুনা য়াওবকখি। ইং শোক ১৯৩৯ দগী "নিখিল মণিপুরী মহা সভা"গী কর্মী অমা ওইনা য়াওরকখি।

**রাজনীতি :—** ইং শোক ১৯৩৯ গী অরোয়বদা নুপী লান তৌখিবা মতম অতুদগী রাজনীতিদা অচৌবা শরুক য়াবকখি। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহনা নুপী লানগী সিমপেথি পীতুনা মুভমেণ্ট তৌননবগীদমক ওর্গেনাইজ তৌখিবা "মণিপুর প্রজা সম্মেলনিগী সেক্রেটরী" ওইনা থবক পুখি।

মহাক্না মণিপুর প্রজা সম্মেলনিগী সেক্রেটরী ওইনা মতম অতুদা তৌখিবা নন-কো-ওপরেসন অমদি সিভিল দিস ওবিদিয়েন্স মুভমেণ্ট অতু নিংথিনা পাংথোক্লবগীদমক ফজনা ওর্গেনাইজ তৌখি। ইং শোক ১৯৪৭ দা ভানিশুবা পৃথিবীগী লান্না গী মতমদা মণিপুরদগী আই, এন, এ, দা মী কয়া য়াওননবগীদমক থৌরাং তৌখি। মতম অতুদা কাছাড়দা লৈখিবা শ্রীইরাবত সিংহকুম্না আই, এন, এদা য়াওননবগীদমক চত্তুনা হাযখিবানী। অদুম তৌনা মহাক্না মী কয়ামুক্তা পাওজেল পীরম্লগা পোংশ বম ভোমাল সিংহগা লোয়ননা ইং শোক ১৯৪৪ গী মার্চ তাংদগী আই, এন, এ য়াওরুনবগী যুম থাংদোকখি। মায়কৈ কয়াদা চাং য়েংওবা মতমদা মার্চ ১৭ তা মোইরাংদা আই, এন, এ, কেম্পতা য়ৌথি। মো-ইরাংদা কোলোনেল মালিক অমসুং কেপটেন শাকি অহমদ উনতুনা আই, এন, এদা য়াওখি।

জলাই থাদা আই, এন, এনা লান হন্দোকপা মতমদা ব্রহ্মা দেশ লোমদা চংখিবদগী ব্রিটিশকী প্রিজনর ওইনা লৈখিরম্মী। ইং শোক

১৯৭৬ তা প্রিজনরশিংবু থাদোক্লবা মতমদা ইফালদা হল্লকখি। ইফালদা হল্লক্লবা মতমদা মহাক্না হান্না রাজনীতিদা থাজনা লোয়নরম্বা শ্রীইরাবত সিংহনা হায়বা মতুং ইন্না শ্রীবিজয় সিংহ কমিনিউষ্ট পার্টিদা যাওখি। কমিনিউষ্ট পার্টিনা তৌখিবা আন্দোলনশিংদা যাওখিবদগী অণ্ডর গ্রাউণ্ডা মতম কয়া লেনখি। মমৈথংদা ফোংনা তৌবা প্রোগ্রাম বয়াদা অচৌবা শরুক য়াখি।

মহাক কো-ওপরেটিভ আন্দোলনদা থাজনা নোম্বা মী অমা ওইবম্মী। লোংজম লৈবক কঞ্জুমর্স কো-ওপরেটিভ সেসোইটিগী মেনেজমেন্টকী থবক্তা সেলস মেন ওইনম্না কন্না থবক তৌবম্মী। মমৈথংদা য়া নাবগী লাই-নানা ডিব্রুগড়দা মতম থবা লাইয়ে লৎপগা। হল্লক্লুনা মতম খরা হিংত্রুনা লৈরিংউগী মতমদা মৈতৈলংনা শাবা ফি শেংপা মখুৎনা ফুরিং ত্নুনা লিংপা অভাংশিংবুসু মৈতৈ লংগী ফিরোল থোনবিবা অসিনচিংনা অসি মহাক্না অপাম্নগা লোযননা তৌবম্মী। অসুম তৌনা মহাক্না অচৌবা শরুক্তা দেশকী সেবা তৌরম্লগা। ইংশোক ১৯৫৪ গী এপ্রিল তাং ১৯ নিংথৌকাবা কুমিত্তা সংসার থাদোকখি। অমেৈবা মণিপুর অমা শেম্বদা শ্রীসি হগুম্বা নীশক দরকার ওইরি। ইমা লৈবাক্কী সেবাদা অমুবক হন্না য়াওবা ওইসন্নু।

শ্রীলোংজম বিজয় সিংহ

## শ্রীকিয়াম ৬ গোপাল সিংহ

( ফ্রিদম ফাইটর )

শ্রীকিয়াম গোপাল সিংহ থাইনগী নিংথৌ পাল্লম্বা সংস্কৃতিগী পুকৈ ওইজরিবা মোইরাংগী ফম্নাইবা ইমুং অমদা পোকখিবনি। অপোকপগী মিংনা তোম্বা সিংহ "খম্নাকপা" মোইরাংদা মণিপুর মহারাজ চুড়াচান্দ

**কলাকার ঃ—** শ্রীসিংহ অসি মরক মরক্তা লৈমীগী থবকশু তৌবম্মী। অদুগা ঈশৈশু তৌবম্মী। ইং শোক ১৯৪৬ তা মৈতৈ পাদোনা পুয়াগী ঈশ শবপাদা ঃহু মু ঃহুাংবা ঈশৈ হনবনি। মৈতৈ মযেক থৌগল মরুপকী অহানবা সভাপতিনি। মৈতৈ লাইনিং মরুপকী অহানব সভাপতিনি। মৈতৈ মযেক য়াকশংনবা হোৎনবদা, মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল লিংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। মতুংগা লোয়ননা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোল শন্দোকপদসু অচৌবা শরুক য়ারম্মী। মহাক্না লুচিংজুনা কোংলম্বা লৈশেমলে ন হরিবা, বামোন খুন্থোকলোন ইতিহাসকী কান্নববা মচাক্নি।

**মীরেপ ঃ—** ইংশোক ১৯৭৮ দা তৌখিবা মণিপুরগী অহানবা বিধান সভাগী ইলেকশনদা মণিপুর কৃষক সভাগী কেণ্ডিডেট ওইনা ৱাংখৈ কেন্দ্রদা লেপখি, ইলেকশন অদুদা বাবা চুমখিদে।

খগেন্দ্রজীৎ সিংহনা মহাক্কী পুন্সিগী অবোয়বা মতম কাওবা রাজনৈতিক, ধর্মনৈতিক, অর্থ নৈতিক, সমাজিক অমদি কলচরগী মাইকৈদা মবৈবাক্কীদমক চুমজবমখৈ হোৎনবনগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টম্বর তাং ২৭ দা তোংবানবা মপুগী খুয়া ঙানখি। ওঝা অসি লৈবাক্না শকথংলবা সমাজ সেবী অমনি।

লাইখুবান ঃ খগেন্দ্রজীৎ সিংহ

## শ্রীচিংঙাখম স্নাজাওবা সিংহ

(ড্রিদম রাইটর)

শ্রীচিংঙাখম্ স্নাজাওবা সিংহ নম্বোল কাংঙমোংদা পোকই। মহাক অসি মচিন-মনাও অহুম পোকমিন্নবগী অতোম্বনি। মহাক্কী মচানুপী অমগা নুপা অমগা পোক্ই। নচানুপাগী মমিং মধু সিংহ কৌই। হৌজিক অৱাং পোৎশংবমদা লৈ। মহাক্না লমাবম লৈকাইদা লৈবা

শ্রীওইনাম থম্বো সিংহগী মচন নুপী লৈমজাওবী দেবী লৌই। মরম অহুনা লমাবন লৈকাইদা লৈ। মধু সিংহ লৈমজাওবী দেবীনা পোকপনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতমদা ব্রিটিশকী মহেং পাংদুনা লান য়াও-নবা মী লৌরকপা মতমদা নম্বোল নায়কৈদা মশানা য়াদবা মীশক কয়া ফাদুনা পুনবা তৌরম্বদগী হাংনা শুনবগী ইরাং অমা থোকখি।

শ্রীম্নাজাওবনা তাঞ্জা অহুনা ব্রিটিশকী মথক্তা পেন্দবা কয়া লৈদুনা লান হৌগদবগী লৈরবা কুকিগী মরু ওইনা চিঙ্গশিংদা তাঞ্জা চারে, লান হৌবনা ফরে হায়না পাউজেল পীরগী। কুকি লান লোইশিল্লক্লবা মতমদা ব্রিটিশনা ফাদুনা মহাকপু জিলা থাদিন তৌখি। ব্রিটিশনা মহাক্কী ইমুং মনুংদা কয়া য়াম্না ওংনৈখি। খুদম ওইনা হায়রবদা মহাক্কী মচানুপা মধু সিংহ অসি ইং শোক ১৯৫৮ কাংদা চিংঙাথমনি হায়বা তাক্লনা মশাক লোত্তুনা লৈরম্মী।

শ্রীম্নাজাওবা সিংহ হৌজিক ফাওবা হিংলিব্রা মতমগী শিংথ্রা হায়রা খংনদনা লৈরি। শ্রীসিংহ অসি নরেবাক মজাতিগীদমক্তা মাগী লৈজবা পূম্বা কথোক্লবা অমদি থাদোক্লবা মীশক্ অমনি। ইনা নৈবাক্তা মাগুম্বা কয়া হন্না হন্না পোকপা ওইসনু। তুমিং থানা লৈরিনবথ মাগী মিংচং মুংলরোই।

শ্রীচিংঙাথম ম্নাজাওবা সিংহ

## শ্রীলোংজম বিজয় সিংহ

(ক্রিদম মাইটর)

শ্রীলোংজম বিজয় সিংহ ইং শোক ১৯০৬ কী নবেম্বর তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকই। পোক্লফম্ লমদম্ কৈশামথোং লোংজম লৈরক্কনি। অপোকপা মেরা সিংহ অমসুং অপোকপগী মমানা ইবেন্দ্র দেবী কৌই। মচিন মনাও ৯ গী মনুংদা য়াইমনি

সিংঙগী অচানবা ফম্লাইবা অমদি মনাইনি। শ্রীগোপাল সিংহ কেথোক্ক মৌগোক্কা নিংঙোল মরক্তা যোকলকখি।

শিক্ষা ঃ— মোইরাংদা মহৈ মশি নিংথিনা তম্ফম শঙ্‌ নৈতবদগী ইম্ফালদা থাদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী বেঙ্গলী স্কুলদা মহৈ তম্বা হৌখি। মহাক্না এনট্রেন্স পরীক্ষা থাননবা শিলদা চত্নুনা লাইব্রিক্‌ তম্লখি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা সমাজ সেবাদা পুক্নিং লুপচবা অমসুং অরা অনা কযাগী মতেং পাংবদা অচৌবা শকক য়ারকখি। শিলংদগী হল্লক্লবা মতুংদা মপানগী ই-পাও অমদি পৃথিবীগী রাজনীতিগী য়াওল পুন্নমক অসিনা মহাক্কী থম্মোইগী দা অকনবা লোচৈ নু শিংকুম য়ৈখি। ভারতকী স্বরাজ ফংননবগীদমক্তা হৌনক্লবা খোন্থাং কয়া লাউরক্লিবা মরৈবাক নিংবগী খোঙ্গেল খোল্লাও অমসুং সহীদশিংনা মরৈবাক মঙ্গাতিগীদমক থরাই কংখিবা পুন্নমক অসিনা মহাক্কী থম্মোই তপথহনবা ঙমলমদে। অহোইননা মরৈবাক মণিপুরগীদমক অচৌবা থৌদা লৌরগে লেপখি।

রাজনীতি ঃ— নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ডিসেম্বর তাং ৩০। ১৯৩৮ ই দা ফমখিবা সেসন্দা মহাসভা অসিমক পোলিটিকেল পার্টি অমা ওইরে হায়দুনা রাবেপ লৌখি। অদুগা তুংদা নিখিল মণিপুরী মহাসভা হায়না কৌনবা সংস্থান অসিমক্তা অচৌবা পোলিটিকেল ফোর্স অমা ওইবক্নি হায়বসি মতম অদুদা কনা অমত্তনা মঙ ফাওবা মংলমদে। অদুবু তপ্না তপ্না মীয়ামগী পুক্নি চংশিনফম ওইবা অচৌবা রাজনীতিগী প্লেট ফোর্ম ওইরক্লে।

বিপ্লবী ঃ— নিংথৌগী মায়যোক্তা অওনবা বিপ্লবী ওইননবা অচৌবা থৌদাঙ্‌ লৌরক্লে। ইং ১৯৪৯ মার্চ থাদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মীকম্‌ ফমবা মোইরাংদা শিনখি। মতম অদুদা কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা মোইরাংদা নিংথৌগী মাইয়োক্তা অমদি মোইরাং ফম্লাইবশিংগী মমাংদা

ইচঙ্ খৌনা মাইরোঙ্ য়াবা ভমলমদে। শ্রীকিয়াম গোপাল সিংহনা মপা খত্রাকপগী মাইয়োক্তা লেপ্তুনা হায়রিবা সভা অসি ফম্নবগীদমক্তা শ্রীহিজম ইরাবত সিংহবু বাৰ্ত্তন তৌখি। মসিনা মহাক্কী রাজনীতিগী খোঙজংগী অচৌবা অমদি অহানবা ল'নজংনি হায়বা য়াই। মরমদি মহাক মশামক সরকারগী ওফ্সা ওইবা থাদোক্তুনা অমসুং পোষ্ট মাষ্টর ওইবা তোথোক্তুনা মরৈবাক মজাতিগীদমক্ মনিং মথা ওম্নবগীদমক্তা হোৎনরকপা থৌদাঙদা অচৌবা শরুক য়াবা তৌখি। মপানা নিংথৌগী মাইকৈদা মীচং চংতুনা অরা-অনা চৈথক কয়া পিরক্লবসু নোংক্সা মাইরোঙ্ য়াখি।

**আই, এন, এ, ঃ**-- পৃথিবীগী অনিশুবা লান্তাংগী লানৱদা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোসনা লুচিংবা আই, এন, এ দা ই শোক ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাদা মহাক মশামক য়াওরে অমসু ভারতকী মনিং ওম্বা লানফমদা অচৌবা শরুক য়াবা হৌবক্নে। আই, এন, এ অমসুং জাপানীজ লাম্মাশিংগা লোয়ননা মণিপুরগী মফম কয়াদা কোঙনা অমসুং নোম্না থবক কয় পায়খৎপা হৌখি। মতুংদা বৃটিশনা ভকশিল্লকপা অমদি আই, এন, এ শিংগী কেম্প কয়া থুগাইরকপদগী মখোই লৈবা য়াবক্তুনা মণিপুর থাদোকপা তাখি। মতম অহুদা মোইবাংদা আই, এন, এ গী হেড ক্বাটর ওইরম্মী। শ্রীগোপাল সিংহনা মহাক্কা লোয়ননা হান্নগী মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রী ওইরম্বা (১) শ্রীএন, কোইরেং সিংহ (২) শ্রীলাইক্রাবপম স্নাবা সিংহ (৩) শ্রীহেমাম নীলমনি সিংহ ডিপুটি লানথৌব অমসুং অতৈ কয়াগা লোয়ননা বর্ম্মা কলিমিয়োগতা লৈবা "এনজু কেম্পতা" জুলাই থাদা থুখি: অদুবু লম্বীদা অরা অনা কয়া নংবা অমসু বর্ম্মাগী শোংলবা জঙ্গল কয়া খোঙনা কোয়হুনা লম্বীদা নারক্তুনা হায়রিবা কেম্প অসিদা শ্রীগোপাল সিংহ নোঙখি। মতম অহুদা মহাক্কী চহি ৫৫ রোম শুখরে। আই, এন,

এ অমসুং জাপানীজগী ফোস'না শ্রী৺গোপাল লৈতবগী অরোইবা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

মণিপুবগী ফ্রিদম ফাইটবশিংগী মনুংদা শ্রীকিয়াম গোপাল সিংহগী মফম চাউনা লৈ হাযবা য়াই। হৌরক্লিবা মীরোন্না মজাতিগীদমক্তা আত্মা বলিদান তৌখিবশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপা অমসুং দেশকীদমক্তা মশাগী ওইজবা থাদোকখিবা অথৌবশিংবু মতিক চানা সন্মান উৎপা মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌনি। অসিগুম্বা মীওইশিংদা থাদোকপগী গুন্ অসি পোকপদগী লোইনবরুবনি। অনৌবা মীরোন্না নহাক্কী মীংলেন শকশোনবা ওইসনু।

শ্রীকিয়াম ৺ গোপাল সিংহ

## য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র

(অইবা/অরিবা থিজিনবা)

য়ুন্নাম বুদ্ধিচন্দ্র ইং শোক ১৯২৪ জানুৱারী তাং ১২ দা পিশুম নিংঙোম্বম নৈকাই ইম্ফালদা লাযববা লৌমীগী ইমুং অমদা পোকই। অপোকপগী মি না তুথোৎ সিংহ অমসু অপোকপীগী মিংনা ভানুমতি দেবী কৌই। মচিনমনা ও—নুপা ৩ নুপী ৪গী মনুংদা শ্রীবুদ্ধিচন্দ্রনা মরীশুবনি।

**শিক্ষা ঃ—** মহাক কৈশামথোং এল, পি, স্কুলদা অমসুং চৌংঙা ইউঃ পিঃ স্কুলদা লাইবিক তম্লকই। ত পোকপগী মতেং পানবগীদমক্ মহৈ তম্বা থাদোকখি। তৌইগুম্বসু, স্কুলগী অবাংবা থাক্কী মহৈ তম্বা ফংজদ্রবসু য়ুমদা লনাই হোৎজব অমসুং নৈনজবগী পাঙ্গলনা মৈতৈলোন, ইংলিশ, সংস্কৃত, হিন্দী অমসুং বাঙ্গলা হায়রিবা লোলশিং অসি ইবা পাবা ওমখি।

**হুমশাংনবা :—** ইং শোক ১৯৫২ দা মশাগী চহী ৫২ শুবদা পোৎশংবম চন্থু তোম্বীয়াইমগা লোয়নননা লুহোঙখি। মচাম্নুপা ৪ মুপী এ লোকই।

**সমাজ সেবা :—** মশাগী চহী তরানিপাল শুরকপা ইং ১৯৩৮ দা "নিখিল মণিপুরী মহা সভা" গী ভলন্টিয়ার অমা ওইখি। সভা অসিগী পিক্তম ত্রাক্কী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী ওইমা মীয়ামগীদমক থবক মোম্বা হৌখি। ইং ১৯৩৯ দা চেঙ্ তাঙবগীদমক হৌখিবা, "নুপী লাল" হায়রগা খঙনরিবা ইমা ইবেলশিংগী ঈহৌ অহুদা ভলন্টিয়ার অমা ওইনা অকনবা থৌদাং লৌখি। ইমা-ইবেলশিংগী ঈহৌ অহুবু শোগৎনবা নিখিল মণিপুরী মহা সভানা থম্নরকপদা কাঙবু থরনা য়ামত্রবদা শোগৎপা পাম্বা কাঙবুনা "মণিপুব প্রজা সম্মিলন্নি" কৌবা পার্টি অমা শেমহুনা ইমা ইবেলশিংগী ঈহৌ অহুবু শোগৎখি। ভলন্টিয়ারশিংগী মীহুৎ অমা ওইনা বুদ্ধিচন্দ্রসু "প্রজা সম্মিলন্নিগী" বার্কিং কমিটিগী মেম্বর অমা ওইখি।

প্রজা সম্মিলন্নিনা অকনবা ঈহৌ শোগৎপগা লোয়নননা মখাগী থবকশিং অসি পাংথোকখি :—

১। খাজনা থিবা ইংখোলদা হৌবা তেরা পাম্বীশিং অহু সরকারগী মপোৎ ওইরম্মী। ইংখোল মপুনা য়ানবা অমদি মপাল হেকপা য়াররদে। ঈহৌ অসিনা হায়রিবা আইনশিং অহুবু চৎহনখিদে অমসুং ইংখোল মপুশিংগী মপোৎ ওইহন্খি।

২। সরকারনা থোং শাবা ঙমদবা মফমশিংদা নীলাম তৌহুনা ঠিকাদার-শিংদা মোনোপোলি পীথোক্লমই। ঠিকাদারশিংনা উরোকথোং শাহুনা অজগা হি থমহুনা অয়ানবা মীশিংগী পাই অমা, নত্রগা মতেক অমা থেবা (হি অয়ানমল) লোরমই। হায়রিবা আইন অহু ঈহৌ অহুনা ককথৎখি।

৩। মতম অহুদা লৌ ইখোলগী খাজনা খোমগৎনবগীদমক মৱকাৱন্না, লৌরুংশঙগী মোহোৱীশিং থুজংশিংদা কোয়না খাৱমই। থুলগী য়ুম অমগা মঙানি তবানি লৈহুনা খাজনা খোমগৎলি। খোমগৎলকপা শেল অমসুং মোহোৱীশিং অহু শংননবা থুলগী মী মঙা মঙা, তৱা তৱা নোংমগী পাৱি নাইনা থাহুনা মৈৱিংহল্লি, (য়াইৱেক শন্ত্রী তৌহল্লি)। করিগুম্বা হুৱাঙ চীনথি লুট পাট লাক্কুনা শেল যাংলবা অমসুং মীশি মীনা থোক্লবদি পাদ্দি তানিবা থুপ্পাশিং অহুদা তাইনবী। অসিগুম্বা খুদোংথীবশিং অসিদগী থুঙংগী মীয়াম্বু কন্ননবা সৱকাৱগা লানথেংনখি। ঈহৌ অসিনা নমথেক্কুনা মৈবি বগী (য়াইৱেক শন্ত্রী) আইন চৎনহনখিদে।

৪। তোতি ঈশিংগী খাজনা লৌদনবা, ফোৱেষ্টকী মাশুল লৌদনবা অমসু নিংথৌনা ইস্তোক ইনশিন তৌহুনা ত্তিন্নবা তোংনবা য়াদবা, অমাং অশেংগী এবমদা অচৌবা ৱাথোক ওইহন্দুনা মীয়াম্বু ওং নৈবনচিংবা হিৱম কয়াদা, মণিপুৱ প্রজা সম্মিলনীনা অকনবা লাম্পেংনৱমই। ঈহৌ অসিদা বুদ্ধিচন্দ্রসু পার্টি অসিগী একজিকুটিভ কমিটিগী মেম্বৱ অমা ওইনা থোদাং য়াখি।

ইং ১৯৭২ দা ইণ্ডিয়ান নেসনেল আর্মি অমসুং জাপান এলাইভ ফোর্স মণিপুৱদা বোম থাদৱবদা, বুদ্ধিচন্দ্র মহাক্কী ইমুং মনুংগা লোয়ননা কবোৱাকচিংদা লানচেন্দুনা লৈখি। মতম অসিদা সুভাষচন্দ্রবসুনা চিঠি ১১ থক থাবকখি। চিঠি অহু নেতাজীগী লেটৱ হেডতা বাঙ্গালী লোন্দা থুংনা ইবনি। চিঠি অহু গুপ্ত মাইকৈৱোমদা সৱকাৱগী ডাক্তৱ ওইনা থবক পুহুনা লৈবা ডাঃ গুলাপচাও সিংহগী খুত্তা নিংতম্বা পাম্বা মৱৈবাক নিংবা মণিপুৱ মচা থিৱগা পীয়ু হায়না শিন্নৱকখি। চিঠি অহু মণিপুৱ প্রজা সম্মিলনিগী লুচিংবশিংগী খুত্তা য়ৌবকখি অমসুং বুদ্ধিচন্দ্রসু চিঠি অমা কংখি। সম্মিলনিগী মেম্বৱশিংনা জেংবাংনমবা নেতাজীগী মনাক তাম্না চংখি।

বৃটিশকী মেলেরিয়ানা কয়া নাত্তুনা লৈবদগী য়াওবা শুমৃখিদে। ভাবতনা শিংতম্বা কংলবদা চিঠি অমু মৈতে লোন্দা হন্দোক্তুনা প্রজাবা কোঙদোকখি।

ইং ১৯৪৩/৪৪ দা বৃটিশ লাম্নিগী কম্পানী নম্বর ১৪৪ সি, আর, ই,গী মোটোর ভেহিকল ইাকতা মেকানিক্স অমা ওইনা থবক তৌত্তুনা লেমখি।

নিংতম্বা কংগ্রিভৈগী মমাংদা মণিপুর অমস্তং ভারতকী ষ্টেটশিংদা "নেটিভ ষ্টেট কনফরেন্স" কৌবা ষ্টেট ৬৬৫ গী অপুনবা ওর্গেনাইজেশন অমা লৈরম্মী। বুদ্ধিচন্দ্রসু ওর্গেনাইজেশন অসিগী মণিপুর ব্রাঞ্চকী মেম্বর অমা ওইরম্মী। নিংতম্বা পীগ্রিভৈগী মমাংদা মণিপুরগী লনাই কনষ্টীটিউশন্ অমা শেম্নবগীদমক চৌকীদার অমনা কোনবা লমদমগী প্রজাগী মীহুৎ অনি অনি থারক্লবা সরকারনা লাওথোক্লম্মী। মীহুৎশিং অত্তু ভোট পীত্নুনা মেম্বর থরা থল্লগা কনষ্টীটিউশন মেকিং বোর্ডী অমা শেমত্নুনা মণিপুবগী লনাই কনষ্টীটিউশন শেমখি। মত্তুদা খাগেমপন্নি পনখাগী, প্রজাগী মীহুৎ অনি খনবদা বুদ্ধিচন্দ্রসু মীহুৎ অমা ওইনা খনখি।

ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৪ গী অহিং নো.যাইদা ভারত ১স্তং মণিপুরনা নিংতম্ব ফংলবদা লৈপাক ঙাকহোনবগীদমক থনখিবা ইন্টরিম কাউন্সিলগী মেম্বর (মিনিষ্টর)শিং অত্তু নীয়াম্না নি বা থুংদবদগী মতম অত্তুগী কংগ্রেস দল অনি থোক্লা কায়খি। মেম্বর মখল অত্তুবু যানিংদবা কাংবুনা অচুম্বা পাম্বা কংগ্রেস হায়না মমিং থোন্দুনা অকনবা আন্দোলন তৌখি। আন্দোলনগী পান্দমদি ইন্টরিম সরকার থুগাইত্তুনা প্রজানা শেমখিবা কনষ্টীটিউশন অত্তুগী মত্তুংইন্না ইলেক্সন তৌত্তুনা প্রজাগী শাসন লি.গদবনি হায়রবসিনি। আন্দোলন অত্তুদা বুদ্ধিচন্দ্রসু অকনবা থোদাং য়াখি।

ইং ১৯৪৮ দা ভারতকী অতৈ মফমশিংদা লৈবা অত্তুগুম্না মণিপুরদসু কংগ্রেসকী মরুংদা লৈনা লৈনা কংগ্রেস সোশিএলিষ্ট কৌবা দল অমা শেমখি। মখাকসু সোশিএলিষ্ট পার্টিদা য়াওখি। মতুংদা অচুম্বা পাম্বা

কংগ্রেসনা কিষান মজতুর প্রজা পার্টি হায়বা দল অমা ওয়োকখি। মতুংদা কিষান মজতুর পার্টিগা সোশিএলিষ্ট পার্টিগা পুন্দুনা প্রজা সোশিএলিষ্ট পার্টি কৌবা দল অমা শেমখি। মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনগ্রবদা মণিপুর প্রজানা শেমজবা কনষ্টিটিউশনগী মতুং ইননা লিংখৎচবা হায়না লৈজরম্বা মণিপুর প্রজাগী শাসন গনতান্ত্রিক সরকার অমা মুত্থৎতুনা মণিপুরনা ভারতকী পার্ট সি: ষ্টেট অমা ওইখি।

ইং ১৯৫৭ দা পার্ট সি: ষ্টেটকী শাসন মুৎথত্তুনা প্রজাগী শাসন (লেজিস্লেটিভ এ সেম্বলী) লিংনবগীদমক প্রজা সোশিএলিষ্ট পার্টিনা তৌখিবা সত্যাগ্রহ আন্দোলনদা বুদ্ধিচন্দ্র পার্টি অসিগী একজিকুটিভ কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা অকনবা থৌদাং লৌখি। আন্দোলন অসিদা মহাক অনিরক হুন্না জেলদা চংখি। অহানবগী থোংফমদা সরকারগী আইন থুগাই হায়বগীদমক মাজিষ্ট্রেটনা মিয়াদ পীদুনা থা অহুমলোম জেলদা থমখি। অনিশুবা থোংফমদা জেলদগী থাদোক্লকপা কুইত্রিদৈদা ডাক্টর রাম মনোহর লহিয়াগা লোয়নননা মিটিং তৌরিদৈদা আইন থুগাই হায়বগীদক মণিপুর পুলিশনা ফাদুনা অণ্ডর ট্রায়েল প্রিজিনর ওইনা থা মথায় অমরোম জেলদা লৈখি। কেশ ট্রায়েলদা মরাল লৈতে হায়না মণিপুরগী জুদিসিএল কমিশনারনা বুদ্ধিচন্দ্র অমসুং মহাক্কী লোয়নবশিংবু থাদোকখি। ইং ১৯৫৪/১৯৫৫গী সত্যাগ্রহ আন্দোলন লোইরবদা প্রজা সোশিএলিষ্ট পার্টিগী কর্ম্মীশিংগী মত খেন্নরক্তুনা পার্টি অনি থোক্লা কায়খি। মতম অতুদা ভারতকী রাজনীতি লুচিংবশিংগী রাখল লমজিং মণিপুরগী ওইরক্লিবা ক্লিবম অমসুং তুংদা ওইরকদোরিবা মণিপুরগী লাইবক নিংবা থুংনবা, থাংওমত্রবা পেন্দবা পোকখি। ওল ইণ্ডিয়া পার্টি শেম্বনা মণিপুরগী লাইবক কনবা ওমরোই হায়বসি বুদ্ধিচন্দ্রগী থম্মোইদা ফাওখি। পার্টি কায়বা থোংকম অমুগী মহাক পার্টি অমদা রাজনীতি থাদোক্তুনা তুমিন্না লৈখি

ইং শোক ১৯৬৭ তা লিংখৎখিবা মণিপুরগী ওইবা (লোকেল পার্টি) রাজনীতি দল মণিপুর পিপল কনভেন্সন্দা বুদ্ধিচন্দ্র চহী ১২ রোম রাজনীতিগী পোথাক্নবা তুংদা একজিক্যুটিভ কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা মীয়ামগী থৌগল তৌখি।

কলচর ঃ— চহী অমবোম পোথাক্নবা মতুংদা মহাক্না মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা পৈশিন্দুনা থম্বীরম্লিবা ললগৈরোমদা চংশিন্দুনা কয়ি কয়ি লৈবগে হায়না থিজিনবা পামলকখি। ইং ১৯৫৬ তগী মৈতৈগী অরিবা লাইরিক ময়েক তমহুনা অরিবা পুয়া, পুরান কয়া পাহুনা নৈনবা হৌখি। মহাক্না মৈতৈগী অরিবা নৈনবা পাম্লকপসি মতম অহুতদা পাম্লকপা নত্তে। লৈখিদ্রবা পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মানা য়াকাইবিরম্বনি। মমাংগৈ মহাক্না পণ্ডি বাজনা ইবা "মণিপুব ইতিহাস" কৌবা লাইরিক অমগা মতুংদা "পাথংবা" কৌবা লাইরিক অমগা পাখি। লাইবিক অহু পাক্নবদগী মহাক্কী থম্মোইদা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক লাইশু নৈননিংবগী ইহুল ফাওখি। মৈতৈগী অরিবা লাইরিক লাইশুশিংদা ইপা ইপুশিংনা তানশিল্লম্বা হৌ-য়াইগী ললগৈ চোম্না লৈরে হায়বসি উবা ফংখি। মরম অসিদগী পণ্ডিত রাজনা মহাক্কী মিং পাংহখিবনি হায়না লৌরি।

ইং ১৯৫৭ তগী খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎনবা ডিভেলপমেণ্ট কমিটিগী চিয়ারমেন ওইনা ইং ১৯৬৮ ফাওবা খুঙ্গংগী শেমৎ শাগৎপগী থবক পুরকখি।

ইং ১৯৬৮ দা "ময়েক লুপতিন" কৌবা অচৌবা লুপা অমা শেমহুনা, অরিবা মৈতৈ ময়েক পুথোক্নবা অমসুং চৎহন্নবগীদমক ইং ১৯৬১ ফাওবা চহী অহুম চংনা থিজিন হুমজিন্দুনা নৈনরগা মৈতৈ ময়েক্কী মরমদা বারেপ লাইরিক অমা পুথোকখি। মহুনা লৈপাক অসিদা নৌহৌনা মৈতৈ ময়েক্কী ইহৌ অমা শাগৎখি। হায়রিবা লুপতিন (কমিটি) অসিগী

জোইন্ট সেক্রেটরী ওইনা বুদ্ধিচন্দ্রস্থ মরু ওইবা থৌদাংলৌখি ।

ইং ১৯৬৬ তা "মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড 'রিসর্চ' এসোসিয়েশন" ইম্ফালনা শিললাংদুনা তৌখিবা পণ্ডিত সম্মেলনদা ডিলিগেট পণ্ডিত অমা ওইনা মহাকস্থ শরুক য়াখি ।

ইং ১৯৬৭তগী ১৯৬৮ফাওবা থা অমা চ না পাংথোকখিবা, কাইখিয়োন ইয়েক্লা শিল্লাংবা "পুয়া হোঙবা অমসুং মৈতৈ ময়েক পুখৎপা" হায়বা চাওরবা ফেষ্টীভেল অদুদা মহাকস্থ শরুক য়াখি ।

ইং ১৯৬৮ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৩২ শুবা [illegible] মীফমদা "অরিবা মণিপুরী সাহিত্য" হায়বা অকক্লবা হিরম পীদুনা বুদ্ধিচন্দ্র না ঙাংখি ।

ইং ১৯৬৯ দা মৈতৈ ময়েক্কীদমক লৈপাক খুপ্পা তিন্দুনা নৈনখিবা "ময়েক্কী কনফরেন্সতা" জজ কাংলুপ পণ্ডিত কাংলুপ, অমসুং ডিলিগেট কাংলুপ হায়না কাংলুপ অহুম থোক্লা খায়দোকপা চাওরবা মীফম অদুদা, বুদ্ধিচন্দ্রস্থ পণ্ডিত কাংলুপকী পণ্ডিত অমা ওইনা মরু ওইবা থৌদাং য়াখি।

ইং ১৯৭১ দা জবাহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমীনা শিল্লাংদুনা পাংথোকখিবা "মণিপুর ডান্স সেমিনার" হায়বা নৈনবগী চাওরবা মীফম অদুদা বুদ্ধিচন্দ্রস্থ ডিলিগেট পণ্ডিত অমা ওইনা মরু ওইবা থৌদাং লৌখি ।

ইং ১৯৭২ দগী মণিপুর নর্ত্তনালয়গী এডভাইজর পণ্ডিত অমা ওইনা খনখি অমসুং থবক পুরকখি ।

ইং ১৯৭৬ তা মণিপুর সনা কোংসু পণ্ডিত লোয়শঙগী এডভাইজরী বোর্ডকী এডভাইজর মেম্বর অমা ওইনা এক্স মহারাজ ওকেন্দ্রনা খনবিরক্লুনা এডভাইজর পণ্ডিত অমা ওইখি ।

ইং ১৯৭৬তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংবা "টিচিং ওফ মণিপুরী ডান্স" হায়বা সেমিনারদা ডেলিগেট পণ্ডিত অমা ওইনা শরুক য়াখি ।

ইং ১৯৭৮ দা মহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা শিল্লাংবা সেমিনার "মণিপুরী সাহিত্য অমসুং মাগী মনল লেপ্পা" হায়বা হিরম অসিদা পাঙ্থোকখিবা চাওরবা মীফম অসিদা বুদ্ধিচন্দ্র ডিলিগেট অমা ওইনা শরুক য়াখি।

চহী অসিদা ঈয়েক কাঙলোন তম্না থোয়াংবা কাঙ্লুপ্পা শিল্লাংবা "ফম্বে মীফম" কৌবা অটৌবা মীফম অতুদা মৈতৈ ময়েক লেপ্পনবা ক্রাইটরিয়া শেম্বদা মহাক্না ড্রাফ পুথোকখি। ফমথো লুপ কৌবা লুপ অমা শেমখি। লুপ অতুদা মহাকসু ফমথো অমা ওইখি।

ইং ১৯৮০ দা উমং লাই ঙাক শেনবা লুপ (প্রোটেক্সন কমিটি) অমা সরকারগী মাইকৈদগী শেম্লবা অমসুং মতুগী এক্ট অমা শেন্নবা চীফ মিনিষ্টরগী বাঙ্গলাদা ফমখিবা মীফমশিংদা মহাকসু শরুক য়াখি।

চহী অসিদা মনিপুর মহারোল সাহিত্য সভানা শিল্লাংবা "ফোক-লোর লেকচর সেরিজ" ১২ শুবা মীফমদা "মৈতৈ থৃমুং জগোই হৌরকফমগী মওং" হায়বা অকরুবা হিরম অসি মাঙোন্দা পীতুনা হিরম অসিদা মহাক্না ৱা ঙাংখি।

**কলাকার ঃ—** বুদ্ধিচন্দ্র অইবা (রাইটর) অমা ওইবতা নত্তনা মশামক আর্টিশ অমনি। মহাক নহা ওইরিঙৈদা ড্রামা প্লে কয়াদা মরু ওইবা পার্ট লৌতুনা ষ্টেজ কুমলকখি।

**অইবা ঃ—** ফোঙপ্রবা অমসুং ফোঙদ্রিবা লাইরিকশিং :—

১। ইমোইন্সু অহোঙবীগী ভুঙনযম হোঙপ্রবা

ছাপা নমদ্রিবা অমসুং লীলা ওইনা শাম্নপ্রবা ভোলুমশিং :—

২। মহাপ্রভু মাণ্ডল লৌবা ইং ১৯৬১

৩। গুন পরিক্ষা ইং ১৯৬১

৪। পুনমচীং ইং ১৯৬২

৫। কাংথোন মথোঙ মরি ইং ১৯৬৩
৬। কবুই কৈওইবা ইং ১৯৬৩
৭। থয়্ং ভুম্বা ইং ১৯৬৪
৮। মিনিষ্টর চাককোষা ইং ১৯৬৫

## শান্নত্রিবা ভোলুমশিং :—

৯। অমংবা নোং ইং ১৯৬৭
১০। মুমিং কাপ্পা ইং ১৯৬৮
১১। প্রায়শ্চিত ইং ১৯৭১

শ্রীবুদ্ধিচন্দ্রনা মাগী লীলা অমা ড্রামা কাংবুদা শান্নবা পীরমদে। মাগী অপাম্বদি খুঙ্গং অমসুং চীংখোং চীংয়া কাচিন কোয়াদা লৈরিবা শোথহৌরবা মীয়ামদা মহাকী পাওজেল অসি য়োহনবা পামজবনি।

চয়োলগী, থাথায়গী, থাগী অমসুং চহীগী ওইনা কোঙবা পাওজেল চেশিংদসু ঝারেং অমদি শৈবেং কয়া ইত্নুনা সাহিত্য সেবা তৌরি। অইবা অমা ওইবতা নত্তনা ঝা ভাংবদসু শিংথানবা যাববা মীশক অমনি।

স্কুল, কলেজ কয়া লিংখৎপদা মেম্বর অমা ওইনা থৌদাং য়াহ্নুনা সমাজ সেবা য়াওরকপা মীশক অমনি।

ইং ১৯৬৮ দগী খুৎশা হৈবগী থবক্লা (টিন, স্মিথ ইণ্ডষ্ট্রি) লেখক অসিবু থাকলি। শ্রীবুদ্ধিচন্দ্রগুম্বা লাইয়রবা সমাজ সেবী অমবু য়োকখৎপা ঐখোয়গী ইথৌ অমা ওইগনি। লোয়ননা অরিবা থিজিনবা মীশক অমা ওইনা সমাজনা শক খংলবা মীশক অমনি। মানা খংজরিবা থরদং অসি লৌহৌবদা সমাজদা মতম অমদা য়াম্না কান্নগনি। মাগী মতিকচাবা মথৌ পীবদা ঐখোয়গী অমাংবা ওইরোই।

## শ্রীচরোইবম্ ইবুংতোহল্ সিংহ
(অমাইবা)

ইং শোক ১৯১৪ এপ্রিল থা কালেনগী ৭নি পানবা লৈপাক পোকপা লুমিত্তা খাই ললাম্বুং মখোং নাওশেকপম্ লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং স্নাজাওবা অমসুং অপোকপীগী মমিং তম্পাকলৈ দেবী কৌই। অপোকপা অসি বোধচন্দ্র মহারাজগী স্না হাকতক্তা পণ্ডিত ওইরম্মী। মপুবোক ৮ চাওবা সিংহসু মহারাজ চুড়াচান্দ স্না হাক্তক্তা পণ্ডিত ওইরম্মী।

**শিক্ষা ঃ—** মপুবোক ৮চাওবা পণ্ডিত্তা মৈতৈ ময়েক মপী তমখি। মশানা হোৎনজবদগী বাঙ্গালী ইবা পাবা থোকই। অপোকপা অমসুং মপুবোক্তগী মৈতৈগী লাইনিং লমচৎ পুয়া-পুরাম্নচিংবা নিংথিনা তমখি।

ইং শোক ১৯১৫ দা মশাগী চহি ১২ শুরকপদা মপুবোক্তা কোথা খুল্লাকপদা শিল্পবিদুনা পুয়া অমদি তান্ত্রিকী মরমদা তমখি। মথংদা ইং শোক ১৯২৮ দা ছাওবিজম মন্ত্রি কৌবা লোইতাং খুনৌদা লৈবা ওজা অসিদা থম্লখি। ওজা অসিনা মপুক্লিং পেনবিবদুনা পুয়া-পুরান, অমসুং অনা লাইয়েংবগী হিদাক লাংথক্লচিংবা কয়া তম্বীখি।

**য়ুমপানবা ঃ—** ইং শোক ১৯৩০ দা মশাগী চহী ১৭ শুবদা থাংমৈবন্দগী তখেল্লম্বম নিংঙোল অমা লুহোংদুনা লৌখি। শোক ১৯৪০ দা মশাগী চহী ২৯ শুবদা খোয়াথোংদগী নিংঙোল অমা লৌখি। পণ্ডিত অসি হৌজিক য়ুমপানবগী লম্বী অসি থাদোক্তুনা লাইনিং লম্বীদা চংশিনবা হৌখি।

**কলাকার ঃ—** ইং শোক ১৯৩২ গী ফেব্রুবারী থাদা মশাগী চহী ১৯ রোম শুবদা শ্রীতখেল্লম্বম তোম্বী সিংহ, খুরাই কোংপান্দা লৈবা খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওঝাদা নিংথৌরোল শকপা তম্বা হৌখি। পণ্ডিত

অসি মতম অহুদগী ইমা ইবেলশিং, পাখং-লৈশাবীশিংনা য়াওশং মতমদা খাবক চোংবগী খোলোক য়ৈবা অমসুং ঈশৈ হনবা নেকরম্মী মৈতৈ সাহিত্য নৈনবগা লোইননা খোংজোম পর্ব্ব শরুপা অমা ওইনা প্রজাগী সেবা তৌরম্মী ।

ইং শোক ১৯৪৭ তা চুরাচান্দপুরদা লৈবা হৌখি। মফম অসিগী বিসর্চ তৌরম্মী। মফম অসিগী প্রজা কয়ামুক লাইযেংহুনা অমাইবা অমা ওইনা সেবা তৌজরকখি। ওজা অসিগী সেবকশিং থরা মথাদা ইজরিঃ—

সেবকশিং ঃ— ১। হেমাম মধু সিংহ (মোইরাং) ২। চবুংবম ভুবন সিংহ (ফুবালা) ৩। লৌরেম্বম গন্ধ (মোইরাং খুনৌ) ৪। শগোলশেম বাবু সিংহ (মোইরাং খুনৌ) ৫। চনম্বম ইবোহল সিংহ (ফৌগাকচাও ইখাই) অনাবা অমসুং অঙাওবা লাইযেংবগী মহৈ মশীন্ তম্বখি।

মৌনব্রত ঃ— ইং শোক ১৯৫৩ দা মশাগী চহী ৪০ শুবকপদা মৌনব্রত তৌখি। চহী অসিদা মণিপুরী নোংপোক থংবা সিমানাদা লৈবা অঙ্গো চীংদা লাই নিংহুনা লৈরবা মতুংদা নোংমাইজিং শুকং অমসুং কৌব্রু শুরুংনচিবা চংহুনা লাইনিং লম্বীগী বিসর্চ তৌবকখি। শোক ১৯৫৪ গী মার্চ থাদা কাছারদা ভুবোন চীংগী বাকুনী শুকংদা চত্তুনা লাইনিং লম্বগী মরমদা থিজিনবা হৌখি। থা অহুমলোম মফম অসিদা লৈহুনা মৌনব্রত তৌখি।

ইং শোক ১৯৫৫ দা কালেন থাদা ককচিং খুনৌদা লৈবা য়েংখোম অমুগী য়ুমদা চহী অহুমলোম লৈখি। ক্ষাইরেম্বম নিংঙোল মনী দেবী (মোইরাং) বু লৌহুনা লোয়নবী অমা ওইখি। মচা নিংঙোল অনি পোকখি। ইং শোক ১৯৫৯ শজিবু থাদা মোইরাং খোইরু লৈকাইদা ইংখোল লৈহুনা য়ুম শাহুনা লৈখি।

**সমাজ সেবা ঃ—** শোক ১৯৬৬ তা ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটিগী মেম্বর অমা ওইখি। শোক ১৯৬৮ দা "কায়বিরোন" কৌবা রিসর্চ এসোসিয়েশন অসিগী পণ্ডিত ওইরম্মী। ইং শোক ১৯৭৭ তা ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী মেম্বর অমা ওইখি। মিনবেল রিসর্চ এসোসিয়েশনগী প্রেসিডেন্ট ওইবি।

**উপাধি ঃ—** ইং শোক ১৯৬৯ গী মাচ তাং ১৬ তা ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটিনা ওজা অসিবু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "বৈদ্য ভূষন" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

ইং শোক ১৯৭৩ দা পণ্ডিত অসিগী পোক্লফম্ থাই ললাম্বুং মখোংদা অমুক হঞ্জিন্দুনা লৈখি। ইং শোক ১৯৭৬ তা ললাম্বুং কৌবা মৈতৈগী পুয়া পুরানগা মরী লৈনবা পুং অসি কোল্লিবা উমং লাইগী ওইবা লাইশঙ্ অমা লৈকায়গা লোইনা শাদুনা কংখি। কমিটি অসিদা পণ্ডিত অসিবু লাই পানবা হাপখি।

**পণ্ডিত ঃ—** তাং ৮।৪।১৯৭৬ ইংদা মণিপুর স্না কোন্নুংগী পণ্ডিত ওইনা হাপখি। ইং শোক ১৯৭৮ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংদুনা পাংথোকখিবা কংলৈ হারাউবা ফেষ্টীভেলগী সব কমিটিগী মেম্বর অমা ওইখি। হরাওবা অসিদা পণ্ডিতকী থৌ পুখি।

ইং শোক ১৯৭৯ দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী লেকচর সেরিজদা লাই হরাওবগী মরমদা বা ঙাংখি।পাণ্ডিত অসি মাইম্নাম ইবোপিশক (কাসিফাই) মণিপুর ষ্টেট কলা একডেমীগী ফেলোশিপ ইন ওল্ড লিটরেচরগী গাইড গুরু ওইরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্‌কী জেনরেল বোর্ডীগী মেম্বর অমা ওইরি।

## চোংথাম ইবোয়াইমা সিংহ

### (অমাইবা অইবা)

শ্রীচোংথাম ইবোয়াইমা শকাব্দ ১৮৩৫ দা পোকই। অপোকপা ৺মনিচাঁদ সি হ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৺নাহেকপীসা দেবী কৌই।

**পোক্নফম লমদম ঃ—** উরিপোক লম্বোই খোংনা মখোং ইম্ফাল-দনি। মচিন মনাও মুপা ৩ মুপী ২ পোকই। ইবোয়াইমানা মুপীরোম-দগীনা য়াইমা মুপারোমদগীনা অহল্নি।

**শিক্ষা ঃ—** নৌনা অহল লমন কায়খিবদগী মহৈ নিংথিনা তম্বা ঙমখিদে। মতুংদা মতোনশিংনা নাওকোনখি। উরিপোক য়াম্বেম লৈকাইদা লৈবা শোরাম অমুবা সিংহ কৌবা ওজাদা লাইরিক তম্বা হৌথি।

**কলাবিদ্যা ঃ—** ঈশৈ তৌহুনা গৌরলীলানচিংবা য়াওহুনা কোইনা চৎলম্মী। ঙামঙোম ৺যুগিন্দ্রো সিংহদা ঈশৈ তমলম্মী। ওজাগী মতুং ইন্দুনা মতম কুইনা ওজাগী থৌগল তৌজরকখি।

**য়ুমপানবা ঃ—** মশাগী চহী ২৩ শুরকপা মতমদা অল্লাং পল্লিদা লৈবী লাইকংবম নিঙোল মনি দেবীবু লুহোংহুনা লৌখি। ১৯৪৩ ইংদা শিবসাগর জিলা মণিপুর বস্তি ববকুলাদগী লৌক্রাকপম্ নিঙোল ইবেম্মচা (পিশক) দেবীবু লুহোংহুনা লৌখি। পিশক দেবী অসি মচানুপা অহুম মুপী অহুম পোক্লগা লৈখিদ্রে।

**পণ্ডিত ওইবা ঃ—** মহারাজ ওকেন্দ্রজীৎ সিংহনা লাইরিক তম্বা লোইহুনা লেংথোক্লক্লে। মহারাজনা মেমো নম্বর ১১০/১৯৭০ অসিগী মতুংইন্না পণ্ডিত অমা ওইনা হাপ্লীখি। মতম অহুদা শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহনা পণ্ডিত অচৌবা অতুগা লাইখুরাম ভোলমুনা পণ্ডিত য়াইমা ওইনা থবক পুরম্মী। মতম থরা লৈরগা তোলমু সিংহ পণ্ডিত য়াইমা লৈখিদ্রে। মেমো নম্বর ১১২-১৯৭১ ইংদা পণ্ডিত য়াইমা ওইনা হাপীখি।

তাং ১৯। ৯। ১৯৭১ নম্বর ১১২ গী মতুংইন্না শ্রীইবোয়াইমা সি হবু পণ্ডিত অচৌবা হাপপীখি। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ফমদনী পোখখি। মতুংদা লোইশঙ্গী থবক লেপপা য়াদবা মরমদগী থাংমৈবন্দ লৈবা শ্রীকোন্‌শম শঙ্গাইনা পণ্ডিত য়াইমা অমসুং ফুরিংশাবম তোমচৌবু পণ্ডিত নহা ওইনা লোইশংগী থবক পুনবা পণ্ডিত হাপখি।

**অইবা :—** তাং ১৮। ৮। ১৬৯০ ইংদা "মৈতৈ য়েক্ ৭ শলাই ৯" কৌবা লাইরিক অমা কোংদোকখি।

তাং ২০। ৫। ৬৫ ইংদা "মৈতৈ ময়েক্কী মপী লাইরিক" কৌবা অমসু কোংগ্রে।

হৌজিক "লাশৎ লায়োল" হায়না কৌবা লাইবিক অমা ফোংলে।

**ফোংদ্রিবা :—** "মপুবোক্কী ৱারী" কৌবা লাইরিক অমসু ইবা লোইরে।

হৌজিক পণ্ডিত সভাগী প্রসিডেণ্ট ওইবি।

## শ্রীভাগ্য য়েংখোইবা

(অইবা/পণ্ডিত)

ইং ১৯০৩ ফাইরেন্থাগী ১১ নি পানবা (শকাব্দ ১৮২৪ মাঘ শুক্লা একাদশী) বকুচিং লোখোন্না চৈথাবা নিংথৌ চুড়াচাঁদনা পানবা মতমদা চজিংদা লৈবা য়েংখোই শ্রীতোন্দোন সিংহ হবিলদার, লুখাইপুরেনগী অমসুং থৌনাওজম নিংওোল লুরাং লৈমা চাউবীগী ৬শুবা মচানি। পিক্লি-চৌদা অহল লমন্না মাগী মমিং ফৈকো সিংহ হায়না থোল্লি।

**শিক্ষা :—** মঙাশুবা পরিক্ষা থাবদা শ্রীসলাম গুলাপ সিংহ হেড পণ্ডিতনা "ভাগ্য" থোনবীখি। শিলোং পাঠশালাসি মণিপুরগী ২০ শুবা পাঠশালানি। মতম অসিদা সবকারনা চে, শিলেপ, কলম অমসুং

ফোঙ্গাকা ঃ — চহী ৩৬.রোম থবক ভেরোপা মতুংগী' থ্রান' মাম অফিসরশিং য়েক.খাওজা ফাকাই মতুংদা থবকশী লোখাখি।

সমাজ সেবা ঃ — ডাক্তর অসিনা জিরিবামদা লৈরিংই মতমদা এল' পি. স্কুল অমা থাজাগী মতেংপা লোইনবা লিংখৎখি। ইং ১৯৩৬ দা লিলোংদা এম, ই. স্কুল অমা লিংখৎপদা চহী মাপল চুপ্পা থাদা পুপা ৫/৫ দান তৌখি। ইং ১৯৩৫ দা ককচিং এম, ই, স্কুল লিংখত্নবা মহুগী ৱার্কিং কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ওইখি।

ইং ১৯৩৭–৩৮ দা মোইরাংদা লৈরবা মতমদা মোইরা ড্রামাটিক সভা লিংবা অমসুং স্কুল লিংবগী থবকশু সভাপতি ওইনা থবক পুখি। ইং ১৯৩৯-৪০ বিষ্ণুপুরদা লৈরগা বিষ্ণুপুরগী এম, ই, স্কুল লিংখৎপদা মশাগী মতেং অমসুং সেলগী মতেং পীখি। স্কুল অদুগী ৱার্কিং কমিটিগী সভাপতি ওইখি। ইং ১৯৬০ দা মোইরাংথোম শ্যামা সখি লিংবগী ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইখি। ইং ১৯৪৩-৪৪ অসিদা থানলোন্দসু S.D.O. মিষ্টর য়ংগা লোয়ননা মখোয় অনিনা লুপা ১০০/১০০ পুথোক্লগা থানলোন এম, ই, স্কুল লিংখৎখি। ইং ১৯৫১ দা মেডিকেল সভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি।

ড্রামাগী লমদা ঃ — ইং ১৯১৮ অদুবাইদা এডুকেশন অফিসনা লাংথবান কোম্নুংদা মৈতৈলোনগী ড্রামা উংখি। মহু উকরগা ডাক্তর অসিনা ড্রামাগী লাইরিক মচা অমা ইরগা চজিংদা ড্রামা উংখি। ইং ১৯২৭ তা হিজম ৮ অঙাংহল কহিরগা তিমরগা "গৌরাঙ্গ লীলা" কৌবা ড্রামা অমা কোম্নুংদা উংখি।

ইং ১৯৩৯-৪০ দা বিষ্ণুপুরদা ড্রামা পার্টি লিংহুনা চাওখৎনবা হোৎনখি। ইং ১৯৩৯-৩৭ তা ড্রামা মোইরাং পার্টি লিংবদা মক ওইনা থবক তৌখি। ইং ১৯৫৫-৫৬ তা মণিপুরদা অহানবা ওইনা মেডিকেল ড্রামা তৌখি। ড্রামাদু কাংলোইদা চৎহানবা হৌহোকলকপনি। ডাঃ ম্যাণ্ডু ওআইরোকম অবুহুন

ওইনা ড্রামাগী থৌনক্ পুখি। মেডিকেলগী কল্লেজগী অনাবা য়েংবনচিংবা অসিগী মরমদা ড্রামা ওইনা পুথোকখি। ইউনিয়ন তোমমিনিষ্টর অমৃত কৌর, গভর্নর শ্রাইনা সাহেবস্থ মাগী ড্রামা মিৎয়েং তাবিখি। মতুংদগী তানবা লুপা ৫০০০ (লিশিং অছুমলোম) ইণ্ডিয়া রেড ক্রোস্তা দান তৌখি।

ইং ১৯৭০ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী গভর্নিং বোডি মেম্বর অমা ওইনা লৈখি।

সাহিত্য সেবা :— ই. ১৯১৮ দা ডাক্টর অসিনা মাগী উপন্যাস "চাওবী" ইখি। ১। "লৈথক লৈথারোন" কৌবা লাইরিক অমস্থু সম্পাদন তৌখি। ২। 'মেলেবিয়াগী" মবমদা ইছুনা লাইরিক অমস্থু ফোংখি। ৩। মৈতৈ মযেক্কী মপী লাইরিক" অমস্থু ফোংখি। ৪। "কাইবরোন কৌবা" কৌবা ব্যাকরন অমস্থু ফোংখি।

ফোংদ্রিবা লাইরিক :— ৫। "মৈতৈলোন, ইংলিশ, হিন্দী ডিক্সনরী" ৬। "শ্রীমদ্ভাগবত" অধ্যায় ১২ মক মৈতৈ লোন্দা হন্দোকলে। ইং ১৯৭৫ দ। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা চহী অমগী সভাপতি ওইনা খনখি। নহা ওইরিঙৈদগী "য়াকাইরোন" ভাগ্যবতী পত্রিকানচিংবগী চেকোংদা অইবা অমা ওইনা লাবখি। সাহিত্য পরিষদকী ডেলিগেট ওইনা নাগাও, হোজাই, কাছাড়গী মফম অযাম্বদা অমসুং ত্রিপুরা, শিবসাগবদা হন্না হন্না চৎখি। ইং ১৯৭৬ তগী ইং ১৯৭৯ ফাওবা চহী ৩৩ রোম অতৎ অথম নাইদনা সাহিত্য পরিষদকী ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইনা লৈখি। ৬৫/৬৬ তা প্রেসিডেন্ট ওইখি।

উপাধি :— ইং ১৯৭৩ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "সাহিত্য ভুষন" উপাধি পীখি।

**আকাশবানী কলাকার :— ইং ১৭৫৪ দগী হৌনা গৌহাটি রেডিও ষ্টেশনদা লেখ পাবা হৌখি। ইং ১৯৭৬-১৯৭৭ তা আকাশবানী**

প্রোগ্রামগী কনস্ক্লেশন মেম্বর ওইনা চহী অনি য়াওখি। লৈবাক্কা অবিবা পুয়াদা খোংদাক্লিবা মীশক অমা ওইনা শক খংলবা মীশক্কি। ডা: অসিদগী সমাজগী কান্নবা মথল কয়া ফংগনি নি.ই।

## শ্রীসঞ্জেনবম নদীয়া সিংহ

(শৈরে, ইবা)

শ্রীসঞ্জেনবম নদীয়া সিংহ ইং শোক ১৯১৭ কী নবেম্বর থাগী তাং ৮দা পোকই। অপোকপগী মিং সঞ্জেনবম ইবোতোন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং থৌনাওজম নিংডোল তোম্বী দেবী কৌই। পোক্কফম লমদম শগোলবন্দ শয়াং পুখ্রী মপাল ইম্ফালদনি।

**শিক্ষা :—** অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইবিক লাইশু য়াম্না তমজনিংবা হৌরকখি। অহুবু ইমুংগী লৈত লায়রা অমদি খুদোংচাদবা কযানা মহৈ তম্বদা অপনবা অমা চাউনা পীখি। খুদোংথীবা কয়াগা মাযযোক্লনা মহৈ তম্লিংবগী অকনবা ঊথিল অমা মাগী থম্মোয়দা ফাওখি। তেবাকৈথেল এল, পি, স্কুল, থাংমৈবন্দ ইউ, পী, স্কুলদগী হৌবক্লগা জোহনষ্টোন হাই স্কুলদা দা ক্লাস টেন ফাওবা তম্লগা পোথাখি।

**য়ুমপানবা :—** ইং শোক ১৯৩৭ কী ফাইবেল থাদা য়ুমপানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা হৌখি। মনাই মুপীগী মমিংদি কোম্থৌজম নিংডোল ইবেমশিপক কৌই। মপারী অমা অমসুং মমোম অমগা তাংনা ফংখি। লুহোংলবা মতুং চহী খরদি কয়া খুদোংচাবা থবক ফংদবনা য়ুমপানবগী অরাবা কয়া মায়োক য়াখি।

**থবক তৌবা :—** ইং শোক ১৯৪৬ তা গভর্নমেন্ট প্রেস্তা চঙ্বা হৌখি।

**লাইরিক ইবা :—** নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা শৈরেং ইবা, পাবা য়াম্না পামজরকই। মসিদা নত্তনা ঈশৈ কয়াম্সু ইবা হৌখি। অশুম্না নহা ওইরিঙৈদগী ঈশৈ অমদি শৈরেংনচিংবা ইবা হৌরক্লবসু তশেংনা সাহিত্যগী জগত্তা খোঙ থাংজিনবা হৌবদি ইং শোক ১৯৫২ দগীনি।

**মনা :—** ইং শোক ১৯৫২ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্না পাঙ-থোক্‌খিবা কবিতা কম্পিটিশনগী থৌরম্ অমদা অথোইবা মনা ফংখি।

মসিদগী কবিতা ইনিংবগী য়াথল পোকখি।

**লমচংপা :—** আসামগী কাছাড় জিলাদা পাঙথোকখিবা সাহিত্যগী মীফম কয়াদা কবি অসিনা শরুক্ য়াখি।

**সমাজ সেবা :—** অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শেমগৎ শাগৎনিংবগী য়াথল চেল্লকখি। লৈকাইগী অমদি সমাজগী চাউখৎ থৌরাং কয়াদা লম-জিংবা অমা ওইনা হৌবকই। মহৈ তম্ফমশঙ, ঈশৈগী সংস্থান লিংখৎখি। চাউখৎ থৌরাঙদা খোং থাংজিনবদা মীরা মীশা কয়া তাখি। ঙসি ফাওবা শৈরেং ইবা লেপ্পা লৈতনা চৎখি।

**আকাশবানী :—** ইং ১৯৫৮ দগী হৌনা আকাশবানী গৌহাটিদা শৈরেং থিবা হৌখি। ই ১৯৬৩ দা আকাশবানী ইম্ফালগী কেন্দ্র হাংদোক-খিবদগী ঙসি ফাওবা (১৯৮১) শৈরেং থিবা লেপপা লৈত্রি।

## ডাঃ শ্রীমোইরাংথেম কীর্তি সিংহ

( অইবা/ওজা )

শ্রীমোইরাংথেম কীর্ত্তি সিংহ ১৯৪৩ গী ফেব্রুবারী তাং ১ দা কোংবা উচেকোন লাইপ্রাম পণ্ডিত লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺বরাজাউ সিংহ ( লাইরিক থিবা ) অমসুং অপোকপীগী মিংনা কোজম

নিংছোল অমুদোম্বী দেবী কৌই। মচিন মনাও ৭ মুপা অনি অমসুং মুপী মঙানি। শ্রীকীর্ত্তি সিংহ না অতোনবা মচানি।

**শিক্ষা**ঃ—ডি, এম, কলেজদগী ১৯৬১ দা বি, এ, ওনর্স পাশ তৌখি। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী এম, এ, এল, এল, বি পাস তৌখি। অমসুং পি এইচ, ডি, তৌখি। হৌজিক রাঞ্চি বিশ্ববিদ্যালয়দা ডি, লিটকী রিসর্চ চথরি। মৈতৈ পুয়া অমসুং জ্যোতিষ শাস্ত্রনচিংবা কম্না নৈনৈ।

হৌজিক তৌজিকমক যুম পান্দ্রি।

**থবক তৌবা**ঃ—ইং ১৯৬৪দা ইমফাল কলেজদা দর্শনগী শঝা ওইখি। মথং মথং ওইনা জি, পি, উইমেন্স কলেজ, ডি, এম, কলেজ, ডি, এম, কলেজ আর্ট অমসুং কমার্সকী ওঝা ওইরি। হৌজিক সেনিয়র লেকচরর অমসুং হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ফিলোসোফি ওইরি।

**অইবা**ঃ—হৌজিক ফাওবদা মৈতৈলোনগী লাইরিক ৬ অমসুং ইংরেজীদা ৩ কোংপ্রে।

**মৈতৈ লোনগী লাইরিকশিং**ঃ—১। ময়াম মমাঙদা রা ঙাওবগী আর্ট ২। মণিপুরী সমাজ হৌগংলকপা অমসুং চাওখংলকপা ৩। দর্শনগী মিংথেলদা মফম অমসুং মতম ৪। শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী দর্শন বিচার ৫। মণিপুরদা জনেলিজমগী ইতিহাস ৬। হুরান চিন্থি ঙাকপা মীওইশিংগী খওবদা কান্নবা।

**ইংরেজী**ঃ—১। কলেক্টেড এসেজ ২। ইন ফিলসোফি এণ্ড রিলিজন ৩। অসপেক্টস ওফ রিলিজিয়স থোট এণ্ড রেলিজিয়স ডিভেলোপমেন্ট ইন মণিপুর।

**কোংথ্রিবা**ঃ—১। ষ্টডিজ ইন ডি কলচর এণ্ড হিষ্টরী ওফ মণিপুর ২। ফোক মণিপুর। ৩। ক্রিয়েটিভ রাইটিং।

ভারত অমসুং পৃথিবীগী মীতিন কয়াদা পাক্লবা হিরম কয়াগী ইংরেজীদা ইবা পেপর ৪০ মুক লৈরি।

মৈতৈ লোনগী মেগাজিন অমসুং খবরশিংদা আর্টিকল কয়ামরুম ফোংগ্রে।' মপালগী অখন্নবা জর্নেলশিংদা ফোংথিবা ইংরেজীদা ইবা পেপর ১০ মুক হেল্লে।

মনা : — ছাত্র ওইরিঙৈদা রচনা ইবদা ফার্ষ্ট তাদুনা (১৯৬০/৬১) মনা কয়ামরুম ফংখি। ই ১৯৪৯—৫৬, ১৯৫৯—৬১, ৬১—৬৩ মচিংবদা বৃত্তি ফংদুনা মহৈ তমখি।

লম কোয়বা : — ভারতকী মমিং চংলবা বিশ্ববিদ্যালয় অয়াম্বদা সরকারগী মীহুৎ অমা ওইনা কোইরুরে। ডেলিগেট ওইনা মণিপুরগী শক্লক যাকনবা পৃথিবীগী মীতিন অযাম্বদা মণিপুর সরকারনা খরচ তৌদুনা থাই। দিলি, বোম্বে, মদ্রাস অমসুং কলিকতানচিংবা মক ওইবা সহরশিংদা চংলুরে।

সমাজ সেবা : — মৈতৈ ইনাৎ কনবা কৌবা সংস্থান শেম্বদা অঙম্বা শরুক যাবা, মহু মণিপুরগী মপান্দা খঙহনবা মশাগী মুংঙাইরবা মথৌনি। মণিপুরদা লৈবা মকওইবা সংস্থান অয়াম্বদা ইরোই লোইনৈ। মণিপুরগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী কাংলুপ পুম্বা য়াউদুনা সমাজগী সেবা তৌরি। ভারতকী মশক নাইরবা আর্ট অমসুং সাইন্সকী কংগ্রেস অযাম্বগী লাইফ মেম্বর ওইরি। মমিং পল্লবদা : — ইণ্ডিয়া ফিলোসোফিকেল কঙ্গ্রেস, ওল ইণ্ডিয়া ওরিয়েণ্টেল কনফরেন্স, ইণ্ডিয়া সাইন্স কঙ্গ্রেস এসোসিয়েশন, ইণ্ডিয়া ফিলোসোফিকেল কার্টরলি এসোসিয়েসন অমসুং ইণ্ডিয়া এসোসিয়েশন ফোর হিষ্টরী এন্দ ফিলোসোফি ওফ সাইন্স। শ্রীকীর্ত্তি সিংহ ভারতকী শক্লাইবা অইবা অমা ওইবকখিগনি হায়বদা হায়নবা থোকলোই।

## শ্রীথোকচোম কোমোল সিংহ

### (অইবা/ অরিবা থিবা)

শ্রীথোকচোম কোমোল সিংহ ইং ১৯১৪ দা ময়াং ইম্ফাল কোমচাক মখা লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিংনা থোকচোম ৺ বীরহরি সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা থোকচোম ওংবী ৺হেমোলতা দেবী কৌই। মচীন মনাও মুপা ৭ মুপী ৩নি। কোমোল সিংহনা য়াইমনি।

**শিক্ষা:** — ময়াং ইমফাল এল, পি স্কুলদা মঙাশুবা পরিক্ষা পাস তৌখি। খুদোং থিবদগী মখাতানা তমথবা ঙমখিদে।

**কলাবিদ্যা:** — থোংনাং ফৈদেকপীদা লৈবা খোইস্নাম তোম্বা সিংহ ওজা অসিদা ঈশৈ (নট সঙ্কীর্ত্তন) তমখি। মথংদা লমাবম লৈকাইদা লৈবা নোংমাইথেম তোম্বা সিংহ ওজাদা শাই তমখি।

চবুং কম্পানীগী ওজা শাপম অঙাহলদা মৈতৈ পুয়াগী ৱারী তমখি। অদুগা গৌর ধর্ম্মগী শাস্ত্রনচিংবা তম্বনা শনশম ওজা গন্ধার সিংহ রসার্ণব সাগরদা অনি শুবা লাঞ্জাও মতুংদা তমহৌই।

**য়ুম পানবা:**—মশাগী চহী ১৮ রোম শুরকপদা লৈমপোকপম ইবেমহল দেবীগা য়ুমপানবদা খোংদামিন্নখি। মচা মুপী অমদগী হেন্না পোক্কে।

**লাইরিক ইবা:**—মথাগী লাইরিকশিং অসি ফোংব্রে। ১। ভক্তিসার সংগ্রহ বৈষ্ণব কণ্ঠহার ২। সতী খোংনাং ৩। লৈশাবী ৭ কৈনা চাখিবা ৪। পঞ্চতত্ত্ব লুক ভোজন।

**কোংব্রিবা:**—১। গৌর ধর্ম্মগী ঈশৈ লাইরিক ২। সঙ্কীর্ত্তন অংশী বৃন্দাবন রস সংগ্রহ ৩। মৈতৈ জাতি খুন্দাবা ৪। মৈত্রবাকী শগোল কাংজৈ ৫। মৈত্রবাকী লাইগী থোং কাংজৈ ৬। মৈত্রবাকী

মীমী থোং কাংজৈ ৭। মৈত্রেবাক্সী মুক্তা লৌরোন ৬৪। লংথবাল লম্মিংলোন ৯। চহী তরেৎ খুত্তাকপা ১০। মৈত্রেবাক্সী লাইহৌরোন ১১। গরীবনিবাজ (পামহৈরা) উতোংচাক চাবা ১২। বৈরাগ্য মন্ত্র ১৩। নাটক লীলা।

সমাজ সেবাঃ—হৌজিক ময়াং ইম্ফাল মনোহর শাই পালাগী সেক্রেটরী ওইরি। বৃন্দাবন অমসুং নবদ্বীপ চৎপগী লুচিংবা অমা ওইনা চহী ৫/৬ সেবা তৌখি। চহী ৭/৮ লোম বাক্সীলিবা অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌখি। মাইবীশিংদা লাই হরাওবগী লাইরোন তম্বীরি। হৌজিক শাস্ত্র অমসু মৈতৈ পুয়াগী মরমদা হৌজিক ফাওবা থিজিনবা লেপত্রি।

ওজা অসি মাইকৈ ভশোনগী মচিন তোংবা মীশক অমনি। মঙোন্দগী সমাজগী কান্নবা শোয়দনা ফংগনি।

শ্রীথোকচোম কোমোল সিংহ

## খাংজম চন্দ্র সিংহ

(অইবা/আববা থিবা)

শ্রীখাংজম চন্দ্র সিংহ শকাব্দ ১৮৫০ গী ফাইরেন থাগী পানখৎলকপা য়ুমশকৈশ নুমিৎতা পোকই। অপোকপীগী মিংনা ৮ মোধু সিংহ শেল্লুংবা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৮ স্না দেবী কৌই। পোক্লফম লমদম কোংবা তোকপম লৈকাইদনি। মচিন মনাও মবীগী মনুংদা শ্রীচন্দ্র সিংহনা য়াইমনি।

শিক্ষাঃ—বাংখৈ প্রাইমারী স্কুল তম্বা লোইরগা মোইরাংখোম উচ্চ প্রাইমারী স্কুলদা মখা তমথখি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন ফাওবা তমহৌই। মহৃদগী ইমুং মনুংগী ফিবম ফত্তবনা মরম ওইরদুনা স্কুলদা তম্বা তোক্কনা কুরাচান্দ প্রিন্টিং প্রেস্তা কম্পোজীটর ওইখি।

**ধর্ম্ম শাস্ত্রনচিংবা তম্বা :—**শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম মদন মুহন শর্ম্মা শাংমন মংজিন্দা লৈবদা সারস্বত ব্যাকরন, গীতা, চানব্য শ্লোক, সময় প্রদীপ অমসুং ভক্তি কাব্যনচিংবা তমখি। শ্রীলৈথ্রাম শীতোল সিংহ কোংবদা লৈবা ওজাদা রামায়ণ, ভারত অমসুং বাঙ্গালী লাইরিক করামরুম তমখি। শ্রীগুরুময়ুম কন্থাই শর্ম্মা ম.জিন্দা লৈবা ওজা অসিদা বেদ-বেদান্ত, কুমার সম্ভব, রঘুবংশ, ছন্দমঞ্জরী, তর্কসংগ্রহ, পঞ্চতন্ত্রনচিংবা সংস্কৃতকী লাইরিকশিং তমখি। অদুগা লোইননা খুন্নকী ওজা কয়ামরুমদা হিন্দী মৈতৈ ময়েক, তন্ত্র-মন্ত্র, হিদাক লাংথক মৈতৈগী লাইয়েংগী মরমদা তমখি।

**ধুমপানবা : —** মশাগী চহী ২৪ চংবদা লাইশ্রম নিংঙোল মনিলৈমা দেবীগা লোইননা লুহোংখি।

**থবক তৌবা : —** পৈশা তানবগী থবক্তা চংশিন্দুনা ওসি প্রেস্তা মতম কুইনা থবক তৌরমই। মতু দা গভর্ণমেন্ট প্রেস্তা চহী থম্রা থবক তৌনা তৌনা শ্রীঅধিকারী ময়ুম অমুবা শর্ম্মাদা পাঞ্জী তমখি।

**অইবা : —** ইং ১৯৭১দগী অইবশিংগী কম্পিটিশন অমা য়াওরুই মখুদগী লাইরিক ইবা হৌখি। অইবগী ফোংলবা লাইরিকশিংগী মমিং :—

১। শ্রীকৃষ্ণগী বাবী ২। অশম্বা মৈতৈলোনগী মহাভারত ফোংগ্রে।

**ফোংদ্রিবা লাইশিং : —** ১। পোকপা শিবগী নৈনবা ২। পঞ্চতন্ত্র ৩। রঘুবংশ ৪। কুমার সম্ভব অসিনচিংবনি।

**পাঞ্জী তম্বা : —** মশাগী চহী ৪৭ শুবদা অপোকপা লৈখিদবগা লোইননা পাঞ্জী তম্বা হৌখি। পাঞ্জী তমখিবা ওজাশিংগী মমিং : —

১। শ্রীগুরুময়ুম গোপীমুহন শর্ম্মাদা মুগ্ধবোধব্যাকরন তমখি। ২। অচোম নিমাইচান্দ সিংহ তেরা কৈথেল ৩। শ্রীঅরিবম মনি শর্ম্মা তেরা কৈথেল ৪। শ্রীশগোলশেম মুহোরী সিংহ শোইবম লৈকাই ৫। শ্রীবাবুরান সিংহ সোইবম লৈকাই ৬। শ্রীচন্দ্রো সিংহ নোংমৈজু অসিনচিংবনি।

লমকোয়রবা : —মশাগী চহী ৫০ শুবদা জিলা তেরাপুর, শোইনাই বড়থান, হোজাই, লক্ষীপুর, শিলচরনচিংবা চম্ভুনা কোয়রগা লোইননা মাইবা তমথি অমম্তুং পাঙ্গী অমদি অনাবা লাইয়েংলুই।

## শ্রীচন্দ্র সিংহদগী মাইবা তমথিবা সেবকশিং : —

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীশনশম য়াইমা সিংহ | নোংথোম্বম লৈকাই |
| ২। | শ্রীঅজি সিংহ | থিমুঙৈ |
| ৩। | শ্রীঅশেম কোমন | ওইনাম শওম্বুং |
| ৪। | শ্রীখরিবম মতুম | লাইক্রাকপম |
| ৫। | শ্রীতালিপ আল্লি | ওইনাম |
| ৬। | শ্রীইবোতোন আল্লি | ক্ষেত্রিগাও |
| ৭। | শ্রীশনশম অঙৌ | বাংজিং |
| ৮। | শ্রীথম্বাল মৈতৈ | চজিং |

শ্রীচন্দ্র সিংহ নহা ওইজরবহূ অরিবা পুয়াদা খোংদারিবা মীনা মশক খংলবা মীশক অমনি।

শ্রীথা জম চন্দ্র সিংহ

## শ্রীমোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ

(অইবা/অরিবা থিবা)

শকাব্দ ১৮৫০ আষাঢ় ১৪ নি পানবা থাংজা মুমিত্তা শ্রীমোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা অমসুং অপোকপীগী মিংনা কোঙ্গ্রেংবম নিংঙোল পতি দেবী কৌই। পোকুকম লমদম থোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাইদনি।

**শিক্ষা :** — ১৯৫০ ইংদা মেট্রিক পাস তৌখি। হিন্দী প্রবেশ কাওবা পাস তৌখি। মাম্না নৌনা অহনশিংদগী (অপোকপা ১দি মপুবোক্তগী) মৈতৈ ময়েক অমদি পুম্না কয়ামকম তমহৌই। ছাত্র ওইরিঙৈদা গেম এণ্ড স্পোর্ট পাম্না হৌরকই।

**লুম পানবা :** — ১৯৫৪ ডিসেম্বর তাং ২৯দা মন্ত্রিময়ুম নিংঙোম্ব রাজ কুমারী স্নাতোম্বীগা লোয়নন্না লুহোংখি। মচানুপা ৩ নুপী ২ পোকই।

**থবক তৌবা :** — মেডিকেল ডাইরেক্টোরেটকী ইউ, ডি, সি ওইনা থবক তৌরি।

**সমাজ সেবা :** — ১৯৬৭/৬৮/৬৯ চহী অহুম চুপ্পা খোংমন ষ্টুডেণ্ট ক্লবকী সেক্রেটরী ওইরম্মী। খোংমন ইউনাইটেড কোর পোরেশনগী চহী অনি চুপ্পা প্রেসিডেণ্ট ওইরম্মী।

**অইবা :** — ১। "খো জোমনুবী নোঙ্গাবোল" হায়না কৌবা লাইরিক অসি শ্রীনরেন্দ্রনা সম্পাদন তৌবনি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবনি। ২। লা লোন। লাইরিক অনি অসি ফোংলে।

**ফোংদ্রিবা লাইরিকশিং :** — ১। "মৈতৈ লাইনিং" ২। "প্রমান পাউবৌশিংগী ৱারী" ৩। মোইরাং কংলৈবোন অসিনচিংবা

**লম কোয়বা :** — ই, ১৯৮০/৮১গী হিষ্টরীকেল কঙ্গ্রেসকী মীফমদা কলিকতাদা চৎলুরে। জিরিবাম, কাছারনচিংবা লমদমশিংদা রিসর্চ তৌবা চৎলুরে।

**সেমিনার :** — মণিপুরী মহাবোল সাহিত্য সভানা শিল্লাংবা কোকলোর সেরিজদা চে পারুরে। লোয়ননা ৬বা মাইচৌ ভেদা চে পাখি।

## শ্রীলোংজম মনি সিংহ
(লাইরিক থিবা/অইবা)

শ্রীলোংজম মনি সিংহ শকাব্দ ১৮২৯ দা পোকই। অপোক্লকপগী মমিংনা মুক্তা সিংহ (তুহার) অপোকপীনা থম্বাল দেবী কৌই। অহল অনিমক লৈখিদ্রে। মচিল মনাও মুপা অহুম পোকখি। ওজা অসিনা যাইমনি। ওজা অসি অহানবদা থা.মৈবন্দা লৈরম্মী। হৌজিক উদ্দিপোক পোসেম লৈকাইদা লৈরি।

শিক্ষা ঃ — চহী ৭ শুরকপা মতমদা প্রথম শ্রেণী পাস তৌখি। স্কুল তম্বা তোক্লগা সারস্বত ব্যাকরণ তমখি। মথাগী চহী ১৬—১৭ ফাওবা লাইরিক থিবা তনাখ। আদি শিক্ষা গুরু শ্রীঙা.বম গৌর সিংহ (মবাই) দা তমজে। মথ দা হাওবম মরক্তা লৈবা ওঝা শ্রীমাইবম শাজৌবী দা মতম খরা তমখি। মথংদা কোংবা নোংথোনবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীশনশম নেত্র সিংহ "স্বর সিদ্ধান্ত রাগ, রাগিনী, শিরোমনি" দা তমখি। ওজাগী কৃপাদগী রাগ পুরুষ ৬ রাগিনী ৩৬, উপরাগ ২৭ অসি ওঝা ইবুংঙোদগী তমজতুনা হৈখি। মথংদা চিংঙা মখা চনম পুখ্রি মপান্দা লৈবা শ্রীলোংজম গোপালমচা (মগুরা) দসু মতম খরা তমহৌই। মথংদা উরিপোক হাওবম দেবাল লৈবাইদা লৈবা ওঝা শ্রীপুত্রম্বম বাপুদা মতম খরা তমজহৌই।

মুমপানবা ঃ — চহী ২০ শুবদা মুমপানবগী থবক্তা খোংজাখি। ওজাগী মুপী ২ শুই। শগোলশেম নিংঙোল লৈরেনমচা দেবীনা মচানুপা অমা পোকই অমসুং খুন্দোংবম নিংঙোল বাধে দেবীনসু মচানুপা অমা পোকই।

কোক্সুংদা লাইরিক তাবা ঃ- ইং শোক ১৯৫৪ ইংদা মণিপুরেম

মহারাজ বোধচন্দ্রনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রদা দক্ষত্মগা লোয়মনা চহী ১ থা ও চুম্না মণিপুরগী লাইরিক থিবা হায়বা ওঝাশিং কৌথতুনা মহাভারতকনচিংবা বীররস, ভক্তিরসকী ওইবা গ্রন্থশিং তাথি। মসিগী অশিন লৈবাংবশিংগী মমুংদা ওজা অসিমু য়াওখি।

লাইরিক থিবা হায়বা লোইরবা মতুংদা ওজাশিং অসি "ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ" হায়বা কমিটি অমা শেমখি। হৌজিক ফাওবদা ওজা অসি কমিটি অসিগী থবক পুরি।

**উপাধি :—** মহারাজ বোধচন্দ্রনা পেনবীহুনা ওজা অসিবু "স্বর সিদ্ধান্ত চূড়ামনি" হায়বা মিংথোল অসি পীবিখি। হুকুম নম্বর ৫ পেলেস ১৯৫৪-উপাধি অসিগা লোয়ননা স্না খুজি, তাল থামেন চংপা ফরাংজি জিদা য়েশোম ফুরিৎনচিংবা মনা মথুম পীবিরম্মী।

**মেদল :—** শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজীগী অগ্রদা থা অমা চুপ্পা চৈতৈন্য চরিতামৃত থিখি। মহুদা গোবিন্দগী থৌশিল্লিবা কমিটিনা পেনবিহুনা মেদল অমা পীবিখি।

**লাইরিক ফোংবা :—** ১। ইংশোক ১৯৬৬তা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি চরিত ১বা শরুক ফোংখি। ২। ইংশোক ১৯৬৭তা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান ভাগ্য চন্দ্রচরিত ২বা ফোংখি। ৩। ইংশোক ১৯৭১ দা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান গম্ভীর সিং নরসিং চরিত ৩বা শরুক ফোংখি। ৪। ইংশোক ১৯৭৩ দা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান চন্দ্রকির্ত্তি চরিত ৪বা শরুক ফোংখি। ৫। ইংশোক ১৯৭৫দা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান শুরচন্দ্র কুলচন্দ্র চরিত ৫বা শরুক ফোংখি। ৬। ইংশোক ১৯৬৮ দা লাইরিক থিবগী রাগ রাগিনী ফোংখি। ৭। ইংশোক ১৯৮০ দা শ্রীকৃষ্ণ বাক্য গরুড় পুরান ফোংখি। ৮। ইংশোক ১৯৮১দা শ্রীরাধা গোবিন্দ শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল ফোংখি।

লমকোয়বা : — নবদ্বীপ, জগন্নাথ ক্ষেত্র, বৃন্দাবন, জয়পুর, আগ্রা হরিদ্বার, ত্রিবেনী সঙ্গমনচিংবা ভারতকী লাইফম অয়াম্বা হুম্না ২ কোয়রুরে।

শ্রীলোংজম মনি সিংহ

## শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা

(জগোইগী ওজা/অইবা)

শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা য়াইস্কুল মোইরাংখোম চিংঙাখম লৈরক্পা তাং ২২। ৪। ১৯২৩ ইংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা চাউবা শর্ম্মা অমস্বুং উত্রানী দেবী কৌই।

শিক্ষা : — ইয়োর হাইস্কুলদা ক্লাস এইট ক্লাওবা পাস তৌখি। মমৈদা সংস্কৃতনুচিংবা তমখি।

কলাবিদ্যা : — মশাগী চহী ৮/৯ অহুবাইদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী গোষ্ঠ লীলাদা গোপ শাহুনা খোগল তৌরকই। অদুম্না ২/৩ লক য়াওখি। মথংদা য়াইস্কুল মোইরাংখোমদা ব্রজনাথগীদা শনশেনবদা শ্রীশর্ম্মানা শ্রীদাম (মকোকচিংবা) শারকই। অদুম্না য়াওকুবদগী কলাবিদ্যা অসি পামশিনখি।

এসরাজ খোংবা তম্বা : — মবুখো গোপাল শর্ম্মা (অপোক-পীগী মামা) দা এসরাজ তমহোই।

জগোই তম্বা : — মশাগী চহী ১৪/১৫ শুরবপা অহুবাইদা মণিপুর ললিত কলা ভুবন্দা জগোই তম্বা হৌখি। মথংদা ওজা তখেনচংবম ৺ রাসবিহারী শর্ম্মা, নোংমাইথেম ৺ সুধীর সিংহ, তখেনচংবম ৺অমুদোন শর্ম্মাদা জগোই তমলকই।

নাট্য : — ইং ১৯৪৩দা ওজা চোংথাম ময়ুরধ্বজ সিংহনা "নিউ ইমফাল থিয়েটর" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎখি। মসিদা ডাঃ কমলগী

মাধবী ড্রামাটাইজ তৌত্নুনা শাল্লখি। মসিদা শ্রীশর্ম্মানা বীরেনগী পার্ট লৌখি। ইং ১৯৪৪/৪৫দা মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নদা য়াওজরগে হায়না দরখাস্ত থাজবদা য়াবিরক্লুনা মেম্বর ১ ওইনা মিং চন্দুনা য়াংখি। মথংদা সংস্থান অসিগী কমিটি মেম্বর ওইখি। মতম অসিদা সংস্থান অসিগী জগোইগী শরুক মখৈ শর্ম্মানা তম্বীবা হৌখি। মতম খরা লৈরগা সংস্থান অসিগী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইখি। এম. ডি, ইউদা সিফাই শাবা হৌবক-পদগী অচৌবা পার্ট কয়া লৌখি। আলেকজেণ্ডর, রানা প্রাতাপচিংবা লীলাশিংদা আলেকজেণ্ডর, রানা প্রাতাপ শাখি।

শকুন্তলাদা দুষ্যন্ত, বিশ্বামিত্র লীলাদা বিশ্বামিত্র শাখি। অসুম তৌনা পাওনা, নরসিংহনচিংবা শারকই। ডিরেক্টর বোর্ডকী মেম্বর ময়াম্না ডিরেক্টর হাপপীত্নুনা লীলাগী ডিরেক্সন কয়া তৌরকই। অতৈ অতোপ্পা সংস্থান কয়াদা ডিরেক্টর ওইনা থবক পুখি।

**মাইবী জগোই তম্বা ঃ**— ই, ১৯৫৩/৫৪ দা স্না কোম্নুং মাইবী লোইশঙদা চত্নুনা মাইবী জগোই তমখি।

**থবক তৌবা ঃ**— ইং ১৯৫৭ তা মণিপুর ডান্স কলেজগী ওজা ওইবা হৌখি। হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী সিনীয়র গুরু (লাই হরাওবা) ওইবি। এ. আই আর. গী আর্টিশ (এসরাজ) ওইরম্মী।

**লম কোয়বা ঃ**— ডান্স কলেজনা চহী খুদিংগী ভারতকী ষ্টেট খরা কলচরেল একচেঞ্জগী থৌরম পাংথোকপদা এসরাজ খোংবা অমা ওইনা শরুক য়াখি। ১৯৬৪ গী জানুৱারী/ফেব্রুৱারীদা ভারত সরকারনা কলচরেল ডেলিগেসন মেম্বর অমা ওইনা থনবিত্নুনা বর্মাদা চংপা য়াংরুই। ১৯৬৫ ইংদা ভারত সরকারনা কলচরেল ডেলিগেসন মেম্বর অমা ওইনা শ্রীলঙ্কাদা থাবিখি।

পুক্লিং চংবা মীশক অমা ওইরকখি। মশাগী চহী ২৫/২৬ শুবকপা মতম অতুৱাইদগী হৌনা ড্রামাগী ষ্টেজদা মখল মখা অয়াম্বা শক্তমদা কুপা হৌরকখি। কলাকার অসিনা মহাক্কা পুন্সিদা ইহান হাম্ন। পৃথিরাজ কৌবা নাটক কুমখি। নাটক অসিদা "যোধমল" কৌবা মরৈবাক নিংবা পাখং অমগী শক্তমদা কুমখি। নাটক অসি য়াইস্কুলগী নহারোলশিংনা শিল্লাংহুনা শাল্লখিবনি। শক্তম অহুদা নিংথিনা কুমখিবা মতৌ অত্থু উবদগী মতম অহুগী ড্রামাগী মশক নাইবা ভদ্রলোক শ্রীসরংখাইবম ৺ ললিত সিংহ অমসুং হিজম ৺ অঙাংহল সিংহ কবিরত্ন অসিনচি বনা থৌগৎপীবা অহুগ কলাকার অসিনা হান্না ড্রামা পামজবগ্না মপা চাহুনা "ড্রামাগী জগত্তা" মপুং ফানা শক্তম কয়াদা কুমখি।

কলাকার অসি মশক নাইবা লীলাগী মেইন রোল সাইড রোল কয়া কুমহুনা ড্রামাদা মপুন্সি কখোকচনা লেপ্লকই। ঙসি ফাওবদা ড্রামা মগী ৭৪/৭৫ রোমদা শক্তক য়াহুনা কুম্বদা লৈবাক্লা শক থ বিখি।

সমাজ সেবা: — কলাকার অসিগী পুন্সিদা "জুয়েল ওফ থিয়েটারস" কৌবা সংস্থান অমা ব্রহ্মপুরদা লি খংখি। মহুদা ফাউণ্ডর মেম্বর অমা ওইখি। ইং ১৯৩৫।৩৬ তা "শিভজ'ম ড্রামাটিক ইউনিয়ন' কৌবা সংস্থান অমা লিংখংখি। মহুদা মেম্বর, ডিরেক্টর ওইনা ইং ১৯৪২ ফাওবা সেবা তৌখি। য়াইস্কুলদা "চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির" কৌবা সংস্থান লিংখং পদা শক্লক য়ারকখি। ইং ১৯৪৩গী জুলাই থাদা কলাকার অসিগী মমাং শঙ্গোইদা হৌজিক মণিপুরগী অচৌবা হোল অমা ওইরিবা "রূপমহল" হায়বা অসি লিংখংনবা ভলণ্টরী কনভেনর অমা ওইনা, ফাউণ্ডর মেম্বর অমা ওইনা লিংখংখি। ঙসি ফাওবদা রূপমহলগী কলাকার অমসুং ডিরেক্টর অমদি এডভাইজর ওইনা ড্রামাগী থোংদা প্রজা সেবা তৌরক্লি।

**য়ুম পানবা :**— ইং ১৯৪৮ গী ফেব্রুৱারী তাং ২২ দা কলাকার অসি শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম নিংথৌজম ইবেতোম্বী দেবীগা লোয়ননা লুহোংখি। মচানুপা ৫ মুপী ৪ পোকই। হৌজিক ব্রহ্মপুর নহাবম, মহাবলী লম্বী ময়াদা লৈরি।

**লাইরিক ইবা :**— কলাকার অসিনা ইবা নাটক "নিংঙমদবা" শীংজমৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন্দা মশীং থংদনা শান্নখরে। বি, এ, থিবা কৌবা নাটক (ছাপা তৌরবা) অমসু রূপমহলদা কয়ারক হন্না শান্নখ্রে। নাটক অসি কলাকার অসিনা ডাইরেক্সন তৌবনি।

**আকাশবানীগী কলাকার :**— কলাকার অসি ষ্টেজদদা কুম্বা নত্তনা আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমসু ওইরি। ঙসি ফাওবা আকাশবানী ইম্ফালদা নাটক ৭৯/৮০ রোম শান্নবদা য়াওখ্রে।

**মণিপুরী ফিল্ম :**— মণিপুর ফিচর ফিল্ম অনি "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" "ঙকইদকো নংসে" দসু কুমখরে।

**উপাধি অমদি মনা মথুম :**— কলাকার অসিগী পুনসিদা মখল মখা অয়াম্বা মনা মথুম অমসুং অমসুং উপাধি কয়াসু ফংখ্রে। ফোংখাবা লৈতনা থিয়েটর অমসুং শুমাং লীলা চাওখৎনবা হিরম কয়াদা থৌদাং লৌতুনা লাকই। কলাকার অসি ইং ১৯৭৩ দা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ৩৮ শুবা সেসন্দা "নট্যবিশারদ" হায়বা উপাধি পীতুনা ইকায় খুম্নখি। '৭৮দা একাডেমী এৱার্ড ফংখি।

**মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মেম্বর :**— ইং ১৯৭৮/১৯৮০ ফাওবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী কাউন্সিলর ওইরম্মী। মহাক্কী কলাদা থরাই য়াওজবা অমসুং পোংখাবা লৈতনা নোমজবা অসি উবদা একাডেমী একজিকিউটিভ কমিটি, ফাইনান্স কমিটি, পেন্সন কমিটি, সেলেক্সন কমিটি ফোর ফেলোশিপ এণ্ড স্কোলরশিপ অমসুং ষ্টেণ্ডিং কমিটি ড্রামা

এগু যাত্রা অমসুং অতে সব কমিটি কয়াদসু মেম্বর ওইনা থৌদাং পুরম্মী। কপ অমসুং সিল্ড ফংখিবা ইংশোর্ক মখাদা মথং মনাও নাইনা ইরি:—

১। ইং '৫১ দা লৈপাগী তকমাল অমা (বেষ্ট এক্টর মণিপুর) মণিপুর ইণ্ডষ্ট্রিয়েল এণ্ড কলচরেল একজিবিশন।

২। ইং '৫৪ শেঙ্গেংগী তকমাল অমা—মণিপুর হিল এণ্ড প্লেন একজিবিশন ড্রামা (বেষ্ট এক্টর)।

৩। ইং '৬৬ তা সিলভর কপ অম—"হুরানবা" প্লেদা হুরানবা শাবদা মণিপুরগী জুডিসিয়েল কমিশনার শ্রীবজ্ঞভি রূপসিংহনা পীখিবা।

৪। ইং '৬৬ তা সিলভরগী কপ অমা—মণিপুর জুডিসিয়েল ওফিসারস ক্লবনা থাইদগী ফবা এক্টরনি হায়না পীখি।

৫। ইং '৬৬ তা লৈপাগী সিল্ড অমা—ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেলদা বেষ্ট এক্টরশিংদগী অথোইবা এক্টরনি হায়না পীবিখি।

৬। ইং '৬৯ দা রনিং সিল্ড (সিলভর) অমা — ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেলগী বেষ্ট এক্টর অমা ওইনা পীবিখি।

সার্টিফিকেটসশিং —

(১) ১৯৬০—বেষ্ট এক্টর—"বি,এ, থিবা"—ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেল

(২) ১৯৬১— ,, —"নো দম — ,, ,,

(৩) ১৯৬৪— ,, —"হুরানবা — ,, ,,

(৪) ১৯৬৫— ,,সপোর্টিং এক্টর "মমিদা খোশাবা ,, ,,

(৫) ১৯৬৯— ,, বেষ্ট রাইটর - ওল মণিপুর যাত্রা ,,

(৬) ১৯৬৯ — ,, বেষ্ট এক্টরশিং দগী অথোইবা—ওল মণিপুর যাত্রা ,,

(৭) ১৯৭০— ,, বেষ্ট এক্টর — ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেল

বেষ্ট এক্টর ইন মোর্ডন কটেগোরী ইন ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেল ১৯৭০।

লম কোয়বা :— ইং ১৯৫৮ দা কলিকতাদা কাঃ ড. মিস্তগী আর্টিশ অমা ওইনা অদুগা ইং ১৯৬৯ দা ফিল্মীকা ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ষ্টেশনদা মণিপুরগী ড্রামা ট্রুপতা য়াওবা চংলুই।

(ii) থবক তৌবা :— ইং ১৯৫৬ তা সদর পঞ্চায়েত কোর্টকী থবকলী চৈয়াপ কোর্টতা মথংদা ডিষ্ট্রিক্ট এণ্ড সেশন জজ কোর্ট মণিপুর কী কেরানী মথং ১৯৭৮ দা জুডিসিয়েল কমিশনার কোর্ট মণিপুর, মথং ইং ১৯৭১ দা গৌহাটি হাই কোর্ট, মণিপুর ব্রাঞ্চকী একাউন্টেন্ট ওইদুনা পুন্সি লেনখি। ইং ১৯৭২ দাগী এপ্রিল থাদা মশাগী চহী ৫৮ শুরদুনা থবগী পোৎথদুনা হৌজিক পেন্সনার অমা ওইনা কলাবিদ্যা নৈনদুনা প্রজাগী সেবা তৌরি।

শ্রীলাইশ্রম নেত্রজীৎ সিংহ

# শ্রীবাংময়ুম রাহমদ সাহ

## (অইবা)

ইম্ফাল শহরদগী কিলোমিটর ৩৭ লাপ্পা লোয়া হায়না কৌবা মুসলিম খুনং মচ. অমদা ইং লোক ১৯৩৯ মেয়া থাদা পোকই। অপোকপা তোম্বা সাহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা খুৎলৈবম নিংথোল বাংময়ুম ওংবী খদিজান কৌই। রাহামদ অসি নিচৌবা ৪গী মরুংদা ভাংনা কংজবা অচাংনি।

শিক্ষা :— মশাগী চহী ৫ শুরকপদা লোয়া এল, পি, স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। ইং লোক ১৯৬৮ দা রাহামদ সাহ মেট্রিক পাস তৌখি।

রাহামদ সাহ অঙাং ওইরিঙৈদগী শিনাই শনবা অমসুং শৈরেং শাবা ইকাইখিবা শারখি। মুলগী কংশনবা মশাগা ইজবা শৈরেংশিং শারোকখি। লোরজিনলি কোংখিদে। রাহামদ সাহ অগোলনা তৌরকপা রামা কনোমা ইহু। মোং কাইতে অমসুং মুক্লানচিংথদু অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্মা শাকখরকই।

থাং তম্বা : — রাহামদ সাহগী মপাগা পোকমিন্নবা মপম্মো বাংমমুম তোম্বাক সাত মতম অতুগী থাং হৈবদা মীনা শিংথানৈ। রাহামদপু য়ায়া পিন্নিতৈদগী হৌনা য়াংহনা শাবা থাং পাইহন্দুনা খাং হাইবা চুমিদা' থুদিংগী তম্বীখি। মরম অতুনা রাহামদনা থাং হৈখি।

লাইরিক ইবা : — মহাক্না ইহান হাননা (i) "চিন্তামণি" কৌবা খণ্ড কাব্য অমা ইখি। (ii) "মচু অহুম" হায়বা উপন্যাস অমা ইখি। মথংদা (iii) "পিরাংগী ইফুং" কৌবা উপন্যাস ইখি। (iv) 'অরোনবা মপারা' নোভেল (v) "শৈনন শৈরেং" অমসুং (vi) "শিরোই লিলি" কৌবা নাটক ইখি। হৌজিক "শগোলশেম খম্বাল অমসুং উসমান চাউবা" গী মরমদা ইরি।

অফোংবা : — "পিরাংগী ঈফুং" '৭৯ দা ফোংলে।

ইং শোক ১৯৬৮ দা রাহামদ সাহনা মেট্রিক পাস তৌবগা চগী অসিগী ডিসেম্বর তাং ২ দা ডিঃ এনঃ কালেজদা ইয়ার ফোর্স থনবগা পাউ ফংখি। মহাক্না য়ায়া পামজবা শিনফম অতুদা য়াওনবগীদমক্তা মমুমদা তাক্লমদনা লোয়না চেত্না কেডিডেট ওইখি। লাইবক যবদগী ওফিসার-শিংনা মহাকপু ইয়ারফোর্সকী রিক্রুইট অমা ওইনা থনাখি। মহাক্না হুরাংবগী ওয়েবৈ লৈখিদে। মসিদা মাগী পুন্সিগী শিনথম ওইয়ু হায়না ঈশ্বরনা তম্বীরমদনাদ্রে। খুদক্তা অহল মনন অনি লাতুনা বকথনবা হায়নখি। ওফিসারশিংনা মপা মমা অনিগী বাকৎ লৌদুনা মাবু ককথৎখি। অসুম তৌনা রাহামদ সাহ "ইয়ার ফোর্স" কী রিক্রুইট ওইখিদ্রে।

মুম পানবা : — ইং শোক ১৯৬৯ আগষ্ট তাং ১৮ নিংথৌকাবা চুমিন্তা রাহামদ সাহনা মহাক্কী লোয়নবী থাংখোং'মমুম নি ঙোল বসিরন বেগমবু মমুমদা পুশিল্লকখি। চুমিং অসিদগী হৌনা মপা মমা অনিগী থমোইপুংদা শাগৎচরম্বা বাংকবা বিদ্যা মন্দির ১চেং ২ য়ানা বিথখি।

ঃচানা ফনা লন হেন্দুনস্ন তাংনা কংজবা মচান্নুপাবু নোংমতস্ন চৈ থাংখিদে। অন্নুম তৌনা য়ুন পাকবগী ঃ স্নীদা খোংলাখি।

য়াহামদ সাহনা মপাদি ভিন্নদবা ঃমাদি থিবা ময়াম্বা মুহম্মদ বসেরুদ্দিনগী য়ুমদা ংজকম পীত্নুনা লৈখি। মমা মপা অনিনা ময়াম্ববু চৈবিবদগী সাহনা ত্তোপ্পা লৈখি। মতম অসিদা সাহগী মথুত্তা পৈশা অডাংবী অমা ফাওনা পায়রমদে। য়াহমদ সাহনা লৌশিং পাস্তা বুংত্নুনা জীবিকাগীদমক্তা ঙা থিবা (ফাবা) হৌখি। মত্নুনা য়াম্না য়ানা জীবিকা ওইরম্মী।

ময়ুমদা হন্জিনবা ঃ— নোংমা য়াহামদসাহনা মপা ইবুঙো কম্না শাবগী পাও তারম্মী। সাহনা বেগম পুত্নুনা মখোয়গী মরাল কয়াবু ঙাকশিন্নু হায়না খুকনজখি। মপানা মচা মমো অনিবু লৌখৎপিখি। মপাগী অনাবা হেক্তিল্লক্নুনা জেনেরেল হোসপিতাল লমফেলদা থ. ২ চুপ্পা লাইফন্নখি। মানা মপা অসি থা ৬ তগী হেন্না হিংলরোই হায়বা থংখি। শোক ১৯৭১ গী সেপ্তেম্বর তাং ৩ ইরাই থুমিংকী অয়ুক পু ১১.৩০ তাবা মংমদা সাহগী মপা অসি লোঙ্গাখি। মপানা লৈখিদ্রবদা ইমুং মন্নুগী ওার অপুম্বা মশাক্কী মথক্তা তাখি। সাহগী মচান্নুপা ২ পোকলে।

শেল তানবা ঃ— উপায় লৈত্রবা য়াহামদ সাহনা মোবেদা লৈবা ময়াম্বা খোকপা অমগী মনাক্তা লৈত্নুনা শেল তানবা হৌখি। মতম অসিদা ১৭৬৩ হান্না ইথ্রবা "পিরংগী ঈধুং" ইথি।

স্কুল ওজা ঃ— সাহনা লৈরিবা অসি মোরে মুসলিম নগরদনি। মফম অসিদা প্রাইভেট এল, পি, স্কুল অমা লৈরম্মী। খুপ্পানা সাহবু ওজা ওইনা হাপখি। লোয়ননা সেক্রেটরীগী থবকপু পুহনখি। ইং ১৯৭২ দা স্কুল অসি রিকোগনাইজ তৌখি। সাহনা অনৌবা কমিটি অনা শেম্নগা স্কুলগী থবক কমিটিদা শিন্নয়ন্নগা থবক্তগী পোখাথ।

**পুলিস ঃ—** ইং শোক ১৯৭৩ গী জানুৱারী তাং ১ দগী পাক্লেদা পুলিস ট্রেনিং য়াওখি। মহাক্না ওইনা ৱাইফল ক'প্নদা অহুকী মতিক পুনা কাপপা অহু উরগা ট্রেনিং ইন্সপেক্টরনা থাগৎপিরম্মী। মাহনা পুলিস সার্ভীস্তা লৈরিঙৈদা মথক্তা হায়রিবা পনথবা "অরোনবা মপারী" অমসুং "শৈদম শৈরেং" ইখি। ইং শোক ১৯৭৮ দা পুলিসকী থবক থাদোকখি। মথক্তা পনথবা শিরোই লিলি অসি থবক্তগী পোথারবা মতুংদা ইবনি।

**ৱাইটরস এসোসিয়েশন ঃ—** ইংশোক ১৯৮০ দা ৱাইটরস এসোসিয়েশনদা মিং চন্দুনা লাইফ মেম্বর অমা ওইখি। মাঙোন্দা মসিমক্না ইবগী থবক্তা হেন্না খুদোংচাবা অমা ওইনা থোকখি।

**সমাজ সেবা ঃ—** "সোরা য়ুথ এসোসিয়েশন" হায়না কৌবা কমিটি অমা শেমখি। মাহনা সেক্রেটরী ওইনা থবক পুরি। এসোসিয়েশন অসিনা মতম অসিগী চাওখৎ থোরাংদা প্রজাগী সেবা তৌরি।

শ্রীবাংময়ুম রাহমদ সাহ

## শ্রীনিংথৌজম খুঞ্জাও সিংহ

(অশৈবা)

ইং শোক ১৯১৫ কুম্বী অহোংনা চৈথাবা কুমদা শ্রীনিংথৌজম খুঞ্জাও সিংহ পোকই। অপোকপা শ্রীনিংথৌজম ৮ দেব সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা অঙোম নিংঙোল নিংথৌজম ওংবী লৈরি দেবী কোই। পোক্লকম মতম ক্যাংচুপ রোড কাইয়েংদনি। ইচিন ইনাও মুপা ৩ মুপী ১ পোকই। ওজা খুঞ্জাওনা অহলনি। ইচিন ইনাও ৪ মক হেক্ক কায়দনা লৈরি।

**শিক্ষা ঃ—** ওজানা চহী ৭ শুরকপা মতমদা অঙোম জাম সিংহ হায়না কৌবা ওজা অসিদা মৈতৈ ময়েক মরবোন নৈবা তমখি।

পেনা তম্বা ঃ — চহী ১৫ য়োম শুরকপা মতমদা শ্রীঅঙোম উদর সিংহ হায়না কৌবা ফায়েংদা লৈবা ওজা অসিগী মকমদগী পেনা বোরিহুনা তম্বা হৌখি। মথংদা অঙোম লোইম্লে সিংহ হায়না কৌবা ফায়েংদা লৈবা ওজা অসিগী মফমদগী লাই হরাওবা অমসুং ফমশক অনিমক তম্বা হৌখি। মথংদা কৌক্রক ওজা ৮ রুপো সিংহদা পেনা অমদি মোইরাং লাংওনগী মরমদা ৱারী ৱাতাই খরা তমখি। অদুগী মথংদা লুংগোই ওজা নিংঙোম্বম মেরা সিংহদগী লৈরোন তমখি। চহী অনি অহুমলোমগী মমাংদা উয়ালগী ওজা ইবোমচা সিংহদা মোইরাং থোংলেনগী শাইওন তমখি।

ম্নুম পানবাঃ — মশাগী চহী ২০ শুরকপদা অঙোম নিংঙোল মংলেমতোন দেবীগা লোইননা লুহোংখি। মচা ১০ পোকখি। হৌজিক নিংঙোল ৩ পিবা ১ তা মঙাইরে।

পেনা শকপা ঃ— অন্দ্রো, খুরুখুল, ফায়েংনচিংবা নোংচুপ মাইকৈগী খোগল তৌরি। ওজা অসি চকপগী অশৈবশিং মনুংদা অথোইবা কলাকার অমনি।

মনা মথুম ঃ — ওজা অসিগী সমাজ সেবাদা খোইজংবা মতৌ অসি উবদা ইম্ফাল রেষ্ট স্লোকনা রেশম ফুরিৎ অমা মনা ওইনা পীখি।

আকাশবানী ঃ — ওজা অসি আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনা ঙসিদগী চহী ১০ রোমগী মমাংদা আকাশবানীগী সেবা তৌহুনা লাক্লি। ওজাগী চহী ৬৬ যোম শুরে। মশা মউ ফনা লৈরি।

শ্রীনিংথৌজম খুম্বাও সিংহ

## শ্রীৱাংখৈময়ুম থম্বাল অঙৌ সিংহ
(অশৈবা)

শ্রীৱাংখৈময়ুম থম্বাল অঙৌ সিংহ ইং শোক ১৯২৬ তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৮ থৌবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা য়ুম্নাম

নিংথৌল ৬ নেম্বী দেবী কৌই। পোক্লফম লমদম লমদে অৱাং লৈকাইদনি। অহল লমম্না মতোম্মতা পোকই।

**শিক্ষা :** — চহী ৭ লোম শুরকপা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। আদি গুরু রাজকুমার সেতুম্নানি। মথংদা মৈতৈ ময়েক শ্রীভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহদা তম্বা হৌখি।

**পেনা তম্বা :**— চহী ১/২ রোম শুরকপা মতমদা অৱা সেকমাইদা লৈবা গোপাল সিংহদা বোরিছুনা আদি গুরু ওইনা পেনা তম্বা হৌখি। মথংদা য়ুমলেম্বম ভোম্বী সিংহ ও ৱাং সেকমাইদা লৈবা ওজা অসিদা পেনা তম্বা হৌখি।

**সেকমাই হরাউবা :** — অৱাং সেকমাই হৰাউবগী পেনা খোংবা তম্বীখিবা ওজাশিংদি :— চমুপা খংবকপা, অমসুং তোললৈ অৱাং সেমাই মখা লৈকাইদা লৈবা ওজা অনি অসিনা তম্বীখি। ওজা অসি মশাগী চহী ২৩ শুরকপা মতমদা লমদেদা লৈবা চন্দ্র সিংহ হায়না কৌবা ওজা অসিদা লাই হবাউবা (কংলৈ)গী ঈশৈ, খুংলোন, খো লোন তমখি। মথংদা ওক্রম থোইবা হায়না কৌবা অৱাং পোৎশংবনদা লৈবা ওজা অমদি হৈবোংপোকপী বস্তিদা লৈরম্বী মমৈথ দা নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবী য়ুম্নাম ওংবী তোম্বু মাইবীদা হরাওবাগী অকুপপ। মাইবী মরোল, তমখি।

**পেনা ফমশক :** — চহী ২৫ রোম শুবকপা মতমদা য়ুম্নাম কাহ্নাই (থৌবাল কাহ্নাই) সিংহ ওজা অসিদা ফমশক তমখি। ওজা অসিদগী লৈথিবা, লৈলাংবা, লমজেল, কাউ ফাবা, শামুখোংদা য়েৎপা, কবোলোই থাবা, লোই কাবা, লোইথুংবা, কংলা বিচার, কৈ ফাবা, নোংবান শিবা, খম্বা থোইবী থুংনবা, খম্বাগী মচাগা (খম্বা মোংয়াং ওম্বা মসি থোইবীনা পোকপা মচাদি নত্তে) নোংবানগী মচা (নোংবান চারাবাগা) চাইনা

খোংত্রেন হানবা (থশ্তিতা) নচিংবা তমখি। ঈশৈ অসি শকহৈদে হায়না ওজানা তাকপিরমই। মরম অদুনা কারবস্থ ঈশৈ অসি শকখিদে। পুরেনবনা পুরেনবা কৌদ্রিডৈ, খোংলেন্না খোংলেন কৌদ্রিংড চাওবনা চাওবা কৌদ্রিডৈগী মতমগী ঈশৈনচিংবা তম্বীবমই। ক্রমশকী শৈহো, শৈশক, হেপলি মপুং, হেপলি থাংযৈ, শিকপলোন (ডউম অথো, নি থৌনচিংবা শৈশক থাবা) কালেন শৈজিং, কালেন থাংযৈ, মোইরাংগী শৈশক খুলঙ ঈশৈ, মনা পীবগী মরোল, অযাংলৈমা শৈশরচি বা তমখি।

**যাত্রারালী ঃ—** ওজা বহ্নাই সি হনা যাত্রারালীনচি বা তম্বীরমই। ওজা থম্বাল অঙৌ অসি লাঞ্রম ৺ বাবুসিংহ খোংলেন শাবগী পার্টি (নাওরেমথোং) দা যাওরম্মী। ওজা অসিনা থম্বা, নোংবান, থোইবী, মনাও ইবুংঙো, মোইরাং নিংথৌ, তম্পাযুম হঞ্জবনচিংবগী পার্ট লৌবা ডমই।

**লম কোয়বা ঃ—** হোজাই, আসাম, বিসগাঁর ত্রিপুরানচিংবা চত্তুনা পেনা ঈশৈ শকখি। দিলীদা টেলিভিজন প্রোগ্রাম ১৯৭৭ তা উংখি। ৮১ দা দিল্লী চংলুই। মণিপুরগী নফম কযামকমদা ঈশৈ শকখি।

**থবক তৌবা ঃ —** ১৯৭৭ তা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী এসিস্টেন্ট ভিজিটিং গুরু ওইনা থবক তৌবি।

**মাইবা ঃ—** পণ্ডিত থোঙাম ৺ মাধব সিংহনা নোঙ্গৌরোল (কৈলগী) অনম অথো কোকপা, শাগৈগী লাইগী থৌবনগী ইরাং থৌনি-নাংবা তম্বীখি। পণ্ডিত যাইমা রাংখেন ৺ চাওবী সিংহ অমসুং পণ্ডিত বুদ্ধচন্দ্র সিংহনা মাইবগী লাইশোন অমসুং অপোবপা খুকস্বনাচংবা তম্বীখি।

**লাই হরাউবা ঃ—** অঙোম পিশক সিংহ যায়েংদা লৈবা ওজা অসিদগী লাই হরাউবা অরিবা-চাকওক জগোই, ঈশৈ, লাইবৌনচিংবা

তমখি। ওজা অসিনা ঙাংবম রোমোন সিংহ খুরুখুল সেবক লৈকাইদা লৈবা অসিগী মফমদা পাঞ্জীনচিংবা তমহৌই। ওজা অসিনা পুন্না থরম্ন পীখিরমই। থম্বাল অঙৌ সিংহ সমাজনা মশক খংলবা পেনা অশৈবনি। শিংগুমলোন, পোইবৈত্তোন খুম্বোকপানচিংবা অরিবা থৌরমশিং অসি হুইকপকী ওজা তমফাজাওনা তম্বীরমই। খাগেমপল্লিদা লৈরম্বা ওজা তোলচৌগা লোইননা পেনা-খোংরাংনচিংবা শকখি।

শ্রীরাংখৈমযুম থম্বাল অঙৌ সিংহ

## শ্রীয়েন্দ্রেম্বম নীল সিংহ

(অশৈবা)

শ্রীযেন্দ্রেম্বম নীল সিংহ ইং শোক ১৯২৭ (শকাব্দ ১৮২৭ শজিবুগী ১৮নি পানবা) দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺শ্রীযাইমা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা অমুবী দেবী কৌই। কলাকার অসি মচিন মনাও অনিদংগী মমুংদা অহন্নি। মনাও মুপা অত্তুম্ন ভন্না লৈখিদ্রে। অপোকপম্ন য়াম্না ভন্না লৈখিদ্রে। অপোকপম্ন অশৈবনি।

**পেনা তম্বা ঃ** — অপোকপগী রাখল মতুং ইন্না শ্রীনীল সিংহ অপোকপদা য়াম্না নোনা পেনা খোংবা তমখি। মথংদা ককচিং খুলেন পাঙ্গি লৈকাইদা লৈবা ওজা ক্ষেত্রিময়ুম রাঙু চাওবাদা চংহুনা চহী ২৪/২৫ চুপ্পা তম্বগা লোইননা তুংইন্দুনা পেনা শকখি। মথংদা উচিরাগী ওঝা তোলমুদা চহী ২৪/২৫ চুপ্পা হিরমসিদা তমশিনজহৌই। অত্তুগী মরক মবক্তা শ্রীক্ষেত্রি ঙাংবসিংহ ককচিং শাবল লৈকাইগী ওঝা অমদি শ্রীক্ষেত্রি শাজো ককচিং লাইথগোল লৈকাই হায়রিবা ওঝাশিং অসিগী মখাদম্ন

পেনা ঈশৈ কয়া অমা তমখি। অসুমনা ৱসি ফাওবদা লেপ্লুনা পেনা-ঈশৈ তমশিনবা অমদি থিজিনবা লেপত্রি।

**য়ুম পানবা ঃ—** মশাগী চহী ২৫ শুরকপদা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নিংথোল ককচিং ময়াই লৈকাইদা লৈবীগা লুহোংহুনা ৱসি ফাওবা হেক্ক কায়দনা পান্নরি। মচানুপা ৫ নুপী ১ পোকই।

**হৌরাওবা অমদি লাইশোল ঃ—** পেনাগা মরী লৈননা লাই হরাওবা অমসুং অতৈ লাইগী মথৌ মওম পুন্নবদা শৈশকলোন, লাই-ৱোন, নিংথৌৱোল, খুম্নংলোন, লৈরোই, নোংলোল অমদি কংলৈরোন-নচিংবা খুদংমক মংক্কী ৱাখল শিংগী তুং ইল্লরক্লুনা তমজখি অমসুং থৌগল ফংজখি।

**থবক তৌবা ঃ—** ককচিং সঙ্গীত একাডেমীদা পেনাগী ওঝা ওইনা থবক তৌরি। ওঝাশিংনা মতম চাদনা থুপখিবনা ককচিংগী মাইব লোইশংগী পেনা শঙলাবপা ওইরি। মরম অদুনা নিংথৌ ফি (মনা ফি) শুনা ফংখি।

**লমচংপা ঃ—** য়াম্না নোনা মণিপুরগী অয়াম্বা মফমদা লাইগী থৌগল তৌজরক্লি। মরক মরক্তা বর্মা দেশকী মফম কয়ামরুম হায়বদি মোলাই, মন্দলে অমসুং পিয়াংগো নচিংবদা চত্তুনা প্রজাগী সেবা তৌরক্লি।

**সমাজ সেবা ঃ—** রাইটর্স এসোসিয়েশন ককচিংগী টার্ম ৩ লক হন্না হন্না নোমিনি মেম্বর ওইনা সমাজগী থবক তৌরি। ইং ১৯৫০-১৯৭৩ ফাওবা ককচিং ড্রামাটিক ইউনিয়নগী মেম্বর অমা ওইনা অমসুং ম্যুজিক ডাইরেক্টর অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরি। ইং ১৯৬২দগী মৈতৈ চংনবী লোয়শঙ ককচিংগী হঞ্জবা ওইনা থবক পুরবই। চীং তম য়েক শলাই সনা কংলৈপাক লাইনিং মৈতৈ সনা লৈপাক্কী শৈশকপা ওইনা ইং ১৯৪৭ তা হাপখি।

**থুৎশা হৈবগী থবক্তা প্রমান-পত্র :** — শ্রীনীল সিংহ লোমী অমা ওইবগা লোইননা থুৎশা হৈবগী ককচিংগী মরু ওইবা থবক য়োং শুংবগী থবক শুবা মীশক্নি। ইং ১৯৬৯ দা মোইরাংদা পাংথোকখিবা রুরেল ইণ্ডষ্ট্রিজ পোজেক্টকী মেলাদা "মেরিট সার্টিফিকেট" ইহু আইরন স্মিসচকী মিংদা ফংখি। ইং ১৯৪৬/৫০ দা কার্পেন্টরী কম ব্লেকস্মিথ কো: ওপ: সোসাইটিগী চেয়ারমেন ওইখি। অশৈবা অসিনা লেপ্পা লৈতনা হৌজিক ফাওবা হিরমসিদা (পেনা-ঈশৈ) থিজিনবা লেপ্লি।

শ্রীয়েন্দ্রেম্বম নীল সিংহ

## শ্রীথৌনাওজম ৺ কুঞ্জকিশোর সিংহ

(কলাকাব/অইবা)

শ্রীথৌনাওজম ৺ কুঞ্জকিশোর সিংহ ই. ১৯১১ গী জুন থাগী তাং ১৫ নিংথৌকাব, মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মমিংনা ৺ পুর্ণ সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা — চিংঙাথম নিংঙোল ৺ ইবেমহল দেবী কৌই। হৌজিক ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাইদা লৈরি। পোক্লফমদি ৱাংখৈ হাইথকম কোম্নুং মমাংদনি। ইচিন-ইনাও মুপা ৫ অমসুং মুপী ৪ নি। ওজা অসিনা অহলনি।

**শিক্ষা :** — চহী ৫ শুরকপদা বিদ্যা তম্বা হৌখি। জোনষ্টোন হাইস্কুলদা ক্লাস ৮ ন ফাওবা তমখি।

**মুম পানবা :** — চহী ২১ শুরকপা মতমদা বজনী দেবীগা লোই-ননা লুহোংখি। মচা মুপা ৪ মুপী ৫ পোকই। মুপা অহুম মুপী অমা লৈখিদ্রে।

**থবক তৌবা :** — চহী ২০ শুরকপা মতমদা পুলিশ ডিপার্টমেণ্টতা থবক তৌরম্মই। এ: এস: আই: ফাষ্ট গ্রেড ফাওবা ওইখি। চহী ১২

থবক তৌরবা মতুংদা ওজাবু পোকপা ইমানা থবক অসি পামজদবদগী থবক তোক্তুনা কলাবিদ্যাদা ওনশিনখি।

**কলাবিদ্যা :—** অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মুপা মচা পালা, কাং ঝুলনচিংবদা শরুক য়ারকখি। শ্রীশগোলশেম ৺ তোমচৌ সিংহ থাংমৈবন্দ লৈবা ওজা অসিদা বোরিক্তহুনা "জুগাই শাবা" তমখি। ওজাগী মবাই থোকপা স্নাজাওবা সিংহ ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈবদা বোরিহুনা "মাধাই" শাবা তমখি।

**কলাদা থোংদাবা :—** ওজাগী চহী ৪২ শুরকপা মতমদা "কংশ" "ৱাবন" নচিংবা শুগাং লীলাদা শাখি। গৌরলীলা, উদুখল লীলা, ৱাখাল লীলা' (ষনশেনবা) নচিংবা লুচিংবা অমা ওইনা শন্দোকখি।

**মনা মথুম :—** শ্রীকুঞ্জকিশোর সিংহনা কলা বিদ্যাদা থোংদাহুনা মখাগী মনা মথুমশিং অসি ফংখি। মহারাজ চুড়াচান্দনা লৈথিদবদগী ঙসি ফাওবা চাওরাক্না চহী ৪৮ ফাওবসি নন্দ শাহুনা লাক্লি। থামেং-চপপা, লমথাং খুলক, সনা খুজি, ৱেশম ফুরিৎ, তালনচিংবা মনা শুনা ফংখি।

**একাডেমী এৱার্ড :—** ১৯৭৮ ইংদা সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা ওঝা অসিবু শুমাং লীলাগী তথোইবা কলাকার অমনি হায়না শক থংবিহুনা তাম্রপত্র অমসুং লুপা ৫০০০,০০(লিশিং মঙা) পীবিখি। তাং ৬।৫।১৯৭৯ ইংদা ১। ষ্টেট কলা একাডেমী ২। জৱাহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমী ৩। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয় ৪। মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ ৫। কলচরেল ফোরম মণিপুর ৬। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনচিংবনা শিল্লাংহুনা ওঝাবু ওকপা থৌরম অমা পাংথোকখি।

**ষ্টেট এৱার্ড :—** ইং ১৯৭১ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা

তাম্র পত্র অমগা লোইননা লুপা ১০০০.০০ (লিশিং অমা) পীহনা ইকায় খুম্নখি।

উপাধি :—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওজাবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা "নাট্য বিশারদ" হায়বা মিংথোল অসি পীখি।

অঙোংবা লাইরিক : — "ভক্ত সনাতন সঙ্গ" হায়বা লাইরিক অসি ঙোংখ্রে। ঙোংদবা ইবা লোইববা লাইরিক অনিস্থু লৈরি হায়না তাকপীরকই।

শ্রীথৌনাওজম ৮ কুঞ্জকিশোর সিংহ

## শ্রীলোংজম তোমপোক সিংহ

(শনশেনবা তম্বীবা ওজা)

শ্রীলোংজম তোমপোক সিংহ শকাব্দ ১৮২৪ গী ইঙাগী ২০ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৮ তোমপীশক সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা ওংথাম নিংঙোল থম্বাল দেবী কৌই। মচিন মনাও ৮ পোকপগী মনুংদা ওজা অসি ৫ শুবনি। পোক্লফম লমদম নোংমৈবুং বাংখৈরাকপম লৈকাইদনি।

শিক্ষা : — শ্রীশামুরাইলাৎপম বিদ্যা সুন্দর শর্ম্মদা লাইরিক তমখি। মথ দা শ্রীয়াইখোম থরোজাও সিংহদা নিতিচার, অষ্টকাল লীলা-রচিবা তমখি। শ্রীশামুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মদা ব্যাকরণ তমখি।

বাদ্য শিক্ষা : — অপোকপদগী পুং তমখি।

কলাবিদ্যা : — শামুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্ম সোইবম লৈকায়দা লৈবা ওজাদা ১। বসন্ত রাস, ২। নটরাস ৩। কুঞ্জরাস ৪। মহারাস তমখি। হোদাম লৈরক্তা লৈবা শ্রীফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মদগী রাস লীলা ৪গী অকুপ্পা বারী বাথোং তমখি। সোইবম লৈকাইদা

হাওরম ইবোয়াইংগা সিংহ ওজাদগী শনশেনবা অমসুং উদ্দুখোন লীলা তমখি। লীলা অনি অসিগী মরমদা এলাংবম লৈকাইদা লৈবা ওজা মোংজম তিলক সিংহদা কুপ্না নৈনখি।

**খুবাক ঈশৈ :** — শ্রীঘুম্নাম ৮ নাতুম সিংহ শগোলবন্দ লৈবা ওজাগী মফমদগী মুপা অমদি মুপী খুবাক ঈশৈ তমখি। শ্রীনোংমাইথেম চাইকোই সিংহ ওজাদগী মুপা পালা অমদি মুপী পালা অনিমক তমখি।

**যুমপানবা :** — মশাগী চহী ৩৭ শুরকপা মতমদা মাইবম লৈকাইদা লৈবী চবুংবম নিংভোল ইবেমচাগা লোয়ননা যুমপানবগী থবক্তা খোংদাখি। মচামুপা ১ মুপী ২ পোকই।

**গোবিন্দগী সেবা :** — ওজা অসিগী মশাগী চহী ৪৬ শুরকপদগী হৌনা শ্রীনি থৌজম ওঝা থম্বৌ সিংহ অমসুং শ্রীচকপ্রম ওঝা তোমাল অনিগী তু ইনদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী শনশেনবা তম্বীবা হৌখি। মথংদা ওঝাশিং অসিনা লৈখিদ্রবদা ওজা অসিগী চহী ৫২ রোম শুরকপা অহুবাইদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী যনশেনবা তম্বীবগী ওঝা ওইখি।

**মনা মথুম :** — ওজা অসিগী চহী ৬০ শুরকপা মতমদা বোধচন্দ্র মহারাজনা খামেনচপ্পা, কোয়েৎ, স্না খুজি, তাল অমদি লমথাং থুল্লক অসিনচি বা মনা মথুম পীবিখি।

**এৱার্ড :** — ১৯৭৬ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা এৱার্ড পীবিখি।

**পেনসিন :** — ইং ১৯৮০-৮১ দগী হৌনা মণিপুর ষ্টেট কলা একা-ডেমীনা থা থাগী ওইনা পেনসিন লুপা ৭৫.০০ (হুমফুতরামঙা) পীবিরি।

**লম কোয়বা :** — ইং ১৯৬৯ দা বৃন্দাবন, জগন্নাথ ক্ষেত্রনচিংবা কোয়রুরে। হৌজিক ফাওবা ওজা অসিগী হকচাং ফনা লৈরি।

# শ্রীক্ষেত্রি ধাকা সিংহ

(পুং য়েবা)

শ্রীক্ষেত্রি ধাকা সিংহ শকাব্দ ১৮৪২ চাইরেন তাত্র সিংহনা চৈথাবা কুম, ইঙাগী নোংমা পানবা ঈমাই নুমিস্তা ককচিং খুলেন মখা লৈবাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ক্ষেত্রি তোলেন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা নোংমাইথেম নিংঙোল অমুবী দেবী কৌই। পোকমিন্নবা ময়াম্বা অনিনি, কলাকার অসিনা অতোম্বনি। ময়াম্বা অনিনা মনাঙবু নাম সংকীর্ত্তনগী মায়কৈদা য়াম্না পুক্লিং থৌগৎপিখি।

**পুং তম্বা ঃ** — চহী ৭ শুরকপদগী পুং তম্বা হৌখি। পুংগী ওজানা ক্ষেত্রি খেলবাপুনি। শিক্ষা গুরুনা শ্রীক্ষেত্রি অবের সিংহনি। কলাকার অসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা অবা অনা কযামরুম মাইযোরদুনসু অচেৎপা রাশক অমগা লোইননা কলাবিদ্যা সাধনা তৌরবখি। মহাক্কী হোৎনজমন্না ঙসিগী মণিপুরগী মৃদঙ্গ জগত্তা মফম চাউনা কনবা ঙমলিবনি। মানা চহী ১২ চম্না অথাংকনবগা লোইননা বিদ্যা তমখি। ওজা গুরুগী কৃপাদগী য়াম্না নগা ওইনা লৈবাক্লা শক খংলবা কলাকার অমা ওইখি। শিক্ষা গুরু অবেব সিংহদগী মুদ্রা মবোল নিংথিনা তমখি।

**য়ুম পানবা ঃ** — শ্রীক্ষেত্রি ধাকা য়াম্না নৌনা মশাগী চহী ১৭ শুরকপদা লুহোংখি। মচানুপা অমা তাংনা কংজখি। কলাকার অসিগী সহধর্মী অসি কলাদা থোইদোক হেন্দোক্লা পূক্লিং লুপচবী অমনি।

**মনা মথুম ঃ** — খৃ: ১৯৪১ দা রাংথৈ ব্রহ্মপুর সংকীর্ত্তন সভানা মতিক চারবা কলাকার অমনি হায়না সনাগী তকমান অমা পীবিখি।

**ঈশৈ হনবা :** — শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র স্না হাক্তক্কা লাংথবান কোম্নুংদা সংকীর্ত্তন ঈশৈ ফাংনবদা ঈশৈ হনবা অমা ওইনা শরুক য়াখি। ওজা গুরুগী থোজালদগী কলাকার অসিনা থাং হাইবা চোলোম হৌদোকখি। হৌজিক চৎনরিবা লোংহুন চোলোম অসিস্তু ওজাশিংগী কৃপাদগী মৃদঙ্গ জগত্তা অনৌবা দান অমনি। ফমহুনা থানরম্বা মেন তানচপপু হৌগত্তুনা থাবা অসিস্তু কলাকার অসিগী অনৌবা খুদোননি।

**লমকোয়বা :** — কলাকার অসিনা মণিপুরগী মফম খুদিং শিন থুংনা মীয়ামগী সেবা তৌবতা নত্তনা কাছাব, আসাম, হোজাই, কালিনগর তখেল, ভানুঘাটনচিংবা মফমশিংদা পুংয়ৈহুনা প্রজাগী সেবা তৌখি।

**অধিবেশন্দা অইবা চে পাবা :** — ককচিংদা পাংথোকখিবা ৩৩ শুব' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অধিবেশন্দা কলাকার অসিনা পুংগী মরমদা অইবা চে পাহুনা সভাগী থোগল তৌজখি।

**পানা পুংয়ৈবা :** — কলাকাব অসি হৌজিক হৌজিকমক "কৃষ্ণচন্দ্র নগারপ পানা"গী পুংয়ৈবা হঙ্কবা অমা ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌজ্রব।

শ্রীক্ষেত্র শাক্য সিংহ

## শ্রীথোইদিংজম হেরামোৎ সিংহ

### (পুং য়ৈবা)

শ্রীথোইদিংজম হেরামোৎ সিংহ শকাব্দ ১৮২৯ কাইরেন থাগী ৮ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺ মাঙ্গোলজাও সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা ৺ চাওবী দেবী কৌই। মনাও ৮ — মুপা ৪ মুপী ৪ পোকপগী মনুংদা অহলনি।

**শিক্ষা ঃ** — চহী ৫ শুরকপা মতমদা শ্রীকোনসম তোম্বা (মাতুল) দা বিদ্যারম্ভ তৌই। মৈতৈলোল, বাঙ্গালী, সংস্কৃতনচিংবা নিংথিনা ইবা পাবা হৈ।

**কলাবিদ্যা ঃ** — চহী ৬ লোম চংলকপগা লোইননা শ্রীকোম্থৌজম থম্বৌ সিংহ ওজা ইবুংঙোদা আদি গুরু ওইনা পুং তম্বা হৌখি। মথংদা শ্রীশাপম অঙাতোন সিংহ, শ্রীনোংথোম্বম চিংলেন সিংহ, শ্রীবাংলেম্বম পাকা সিংহ, নিংথৌ সিংহ, শ্রীখুমন্থেম নিংথৌঙ্গাও সিংহ, শ্রীলৈচোম্বম ৺ কোইবেং সিংহ, শ্রীথোকচোম তোম্বী সিংহ, শ্রীথোকচোম ইবোতোম্বী সিংহ ওজাশিং অসিদগী অকবা পুংলোন, তাল, মাত্রা, নচিংবা কুপ্পা তমজখি। শ্রীগুরু অরিবম তোলচৌ শর্ম্মা বামোন লৈকাইদা লৈবা ওজা ইবুংঙোদা পুংগী অথুপপা বিদ্যা কয়ামকম নিংথিনা তমহৌই।

**কলা বিদ্যাদা খোংদাবা ঃ** — মশাগী চহী ৮ শুরকপা মতমদা শ্রীবাংলেন ময়ুম শেঙ্গোই সিংহগী জগমোহন্দা শ্রীনোংথোম্বম নিমাইচাঁদ সিংহ ওজানা তম্বীবা খুবাক ঈশৈদা অহানবা ওইনা পুংয়ৈবা হৌখি। মশাগী চহী ১২ শুরকপদা মণিপুরগী মফম খরদা গৌরলীলা অমদি মুপা মচা পালা কয়াগী পুং য়ৈখি।

**যুমপানবা ঃ** — চহী ১৮ শুবকপদা শগোলশেম নিংঙোল গম্ভীনি দেবীগা লোইননা লুহোংডুনা য়ুম্নান লম্বীদা খোংদাবা হৌখি।

**লম কোয়বা ঃ** — চহী ২৬ চংলকপা মতমদা অপোকপা কায়নখি। মতম অসিদা কাছাড়, শিলচর, ত্রিপুরা, লক্ষিমপুরনচিংবা মফমশিংদা চত্তুনা পুং য়ৈখি। য়াংথৈ স্না পালা হোল্লিগী ঢুলক য়ৈবা অমা ওইনা হৌজিক ফাওবদা সেবা তৌরি।

**ফম ঃ** — চহী ৪৩ শুবকপদা শ্রীগোবিন্দজীউ স্না পালা য়াইমগী পুংগী হঞ্জবা ওইখি।

**মনা মথুম :** — ১৯৬২ ইংদা অখণ্ড হরিনাম সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞদা য়াওখি। মনা মথুম ফংখি। ১৯৬৬ তা শ্রীধাম নবদ্বীপগী "খোলবাদক" হায়বা উপাধি ফংখি। শোক ১৯৭৬ তা নবদ্বীপ ধামদগী "বাদ্যবিশারদ" হায়বা উপাধি ফংখি। হৌজিক মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা হরি সংকীর্ত্তনগী পুং য়েরি।

**সেবকশিং :** — ১। শ্রীকোনসম ইবোতোম্বী সিংহ ২। শ্রীশরাংথেম ইবোতোন সিংহ ৩। শ্রীলুক্রাম ইবোতোন সিংহ ৪। শ্রীনোংথোম্বম পিশক সিংহ ৫। ওক্রম হজারী সিংহ ৬। শনশম হনবী সিংহ ৭। শ্রীনিংথৌজম বাবু সিংহ ৮। শনশম মোধু সিংহ ৯। থিয়াম মোধু সিংহ ১০। নোংথোম্বম ইবোবী সিংহ অসিনচিংবনি।

হৌজিক ওজা অসি বিদ্যা অসিদা য়াম্না কন্না থিজিনবা চথরি।

শ্রীথোই দিংজম হেরামোৎ সিংহ

## শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বৈকুণ্ঠ সিংহ

(পুং য়েবা)

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বৈকুণ্ঠ সিংহ শকাব্দ ১৮৪২ ইঙাগী ৮ নি পানবা থাংজা ছুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা খেলবাপু সিংহ অমসুং অপোকপী তমফা দেবী কৌই। পোক্নফম লমদম ককচিং খুলেন মথা লৈকাইনি।

**পুং তম্বা :** — অপোকপদা বোরিছুনা পুং তম্বা হৌখি। মথংদা ময়াম্না আবের সিংহ (লৈবাক্না শকখংলবা ওজা) দা তমখি।

**ছুহার চোলোম :** — করতাল, ছুহারগী চোলোম কয়াসু শ্রীকাছাই

হুহার, মোদোম সিংহ, গুলাপ সিংহ, মাইবম ইবোহল সিংহ, খাংজম চাউবা সিংহ হুহারনচিংবা ওজাশিংদগী তমখি।

**শিক্ষা :** — শ্রীশঙ্গাইজাউ সিংহদা বাঙ্গলা, মণিপুরীনচিংবা তমখি।

**লুমপান :** — চহী ২০ গুরকপদা শ্রীমতি কমলিনী দেবীগা লোই-ননা লুহোংখি। মচা নুপা ৩ নুপী ৩ পোকই।

**কলাবিদ্যাদা থোংদাবা :** — চহী ১২ গুরকপদা খুবাক ঈশৈ কাংনবা শৈকমশিংদা পুং য়ৈখি। লোইননা লৈবাক্লা শকশংবা শক্লাইবা কলাকার অমা ওইখি। কলাকার অসিনা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজৌউগী মাগুবতা পুংয়ৈবদা সঙ্গীত কলাদা পুক্লিং লুপ্পবা মহারাজ বোধচন্দ্রনা পেনবিহুনা মচা সেবকনি হায়বিখি। বোধচন্দ্রনা সনা হাক্তকসিদা শ্রীশ্রীবৈকুণ্ঠনাথকী মাগুবতা থা অমা চুপ্পা খণ্ডিতা ঈশৈ কাংনবদা অমদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজৌউগী মাগুবতা মহারাজনা কৎপা অথোইবা বাসক পালা ৪ গী মহুংদা কলাকার-সিনা পুং য়ৈখি।

**মনা মথুম :** — ঈশৈ শকপা, হুহারশিংনা, পুংয়ৈবা; অহুগা পুং য়ৈবশিংনা ঈশৈ হনবা, হুহার চৎপগী থৌরম অমা পাংথোকখি। মহুদা কলাকার অসিস্থ হুহার চৎপগী থৌদাং য়াখি। মহাক্কী করতাল চোলোমদা থাজদনা হৈশিংবা মতৌব মহারাজ অমদি ভাবকশিংনা পেন্দুনা থাগৎপিখি। মহুগী ফল ওইনা ইং কুমজা ১৯৫১ দা মহারাজনা খমেনচৎপা, খুজি, তাল করতাল মরী অভাংবনচিংবা মনা মথুম পীবিখি।

**ওজা ওইবা :** — ইং কুমজা ১৯৬৫ দা ককচিংগী সঙ্গীত প্রেমী প্রেমিকাশিংনা শিঞ্জ লাংজহুনা "ককচিং সঙ্গীত একাডেমী (মহাবিদ্যালয়)" লিংখৎখি। একাডেমী অসি হিংননবা অকনব থৌদাংলৌবিহুনা শ্রীবৈকুণ্ঠ

সিংহনা ওজা ওইবিরি। বিদ্যা মন্দির অসিগী মাইকৈদগী শোনচিংবা উত্তনা সঙ্গীত চাউখৎনবা হোৎনবিরি।

**যন্ত্র শিজিন্নবদা হৈশিংবা :** — শ্রীবৈকুণ্ঠ সিংহ কলাকার অমা ওইবগী থোইদোকপা গুন খরা লৈ। তাং ৪ এপ্রিল ১৯৬৯ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ককচিং শাখানা শিল্লাংহুনা পাংথোকখিবা ৬৩ শুবা অধিবেশনদা শ্রীএম, কোইরেং সিংহ মুখ্যমন্ত্রীনা প্রধান অতিথি ওইবিখি। অধিবেশনগী সংস্কৃতিগী থৌরমদা ককচিং একাডেমী মাইকৈদগী কলাকার অসিনা পুং মথল কয়ামরুম : — ধুলক, ডক্কট, খঞ্জরী, অমসুং তোংভান তোভানবা বাদ্যযন্ত্রশিং মান্নবা তান্থা অমত্তদ আইতেম ১০ খক উৎখি।

সংস্কৃত, বাঙ্গলা লোন্দা শরুরিবা ঈশৈশিংবু ইমা লোন্দা শক শোন্নবগী পান্দমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শিল্লাংহুনা নুমিৎ ২৮ নি চুপ্পা গোবিন্দজীউগী মাণ্ডবতা ঈশৈ ফাংনবদা ওজা অসিনা শৈহেনদা পুং য়ৈখি।

**ফোক আর্ট ফেষ্টিভেল :** — মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংহুনা তেংনৌপল সব ডিভিজনগী ওইবা ফোক আর্টস ফেষ্টিভেল তাং ২৫।৯।৭৫ ইংদগী হৌনা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা ককচিংদা পাংথোকখি। মতুদা ওজা বৈকুণ্ঠনা তম্বীবা ছাত্রীশিংনা "লৈমরোল জগোই" শাখি। মসিদা ওজা মশামক মাগী লোইনবা ৩ গা লোইননা "শাযালান জগোই" শাখি।

**মনা মথুম :** — ইং শোক ১৯৮০ ডিসেম্বর তাং ৯ দা ককচিং মচিন মনাও চীংলক আশ্রমদা স্বামী দেবানন্দ, স্বামী আদ্যানন্দ অমসুং চিতরঞ্জন মোহনতিনচিংবা ফাওরবা মহাপুরুষশিংগী মমাংদা শ্রীবৈকুণ্ঠ অমসুং মহাকী ছাত্র ছাত্রীংনা পুং য়ৈহুনা জগোই শাহুনা কলাবিদ্যাগী রস চুপহনখি। মসিদা মহাপুরুষশিং অসিনা পেনবিরহুনা মনা ওইনা লুপা ১০০/— (চামা) গা সার্টিফিকেট অমগা পীবিরম্মী।

ককচিং সঙ্গীত একাডেমীগী ২০ শুবা অধিবেশন তাং ৬। ১ ৮১ ইংদা পাংথোকখি। মসিদা কলাকার অসিনা শৈরেংবা ঈশৈ শককহনখি।

ভারতকী বি: এস: এফ: গী ডিরেক্টর জেনরেলনা ১৯৭৬ ইংদা ককচিংদা লাকপা মতমদা জগোই য়েংখি। মানা পেনবিহুনা লুপা ১০০০ (লিশিং অমা) 'মনা 'পীরম্মী।

**রাজনীতি ঃ—** ইং কুমজা ১৯৫৮ দা ভারত সাম্যবাদী সদস্য অমা ওইনা মিং চন্দুনা য়াওখি। ১৯৭৬ ইংদা ভারত কমুনিষ্ট পার্টি ককচিংগী কনফরেন্সতা সভাপতি ওইখি। পার্টিগী আন্দোলন, সত্যাগ্রহ কয়াদা থোদাং য়ারকপা মীশক্নী। ১৯৭৭ ইংদা ককচিংগী ওকোয়দা লৈবিবা থুঙংশিং অমদি ককচিং শেমগৎ শাগৎপদা অচোব দায়িত্ব লৌরকখি। স্মোল টাউন কমিটিবু ম্যুনিসিপালিটি বোর্ড (নগরপালিকা) ওনহনবা ককচিং মোটর পার্কীদা চরা হেনবা য়াওরেকই। পার্টিগী লমজিংদা ইং ১৯৭১ দা মণিপুর স্টেটহুড ফংনবগী সত্যাগ্রহদা চরা হেনবা য়াওরকই মম্যুনিষ্ট পার্টিগী কাউন্সিলর হন্না হন্না ওইখি।

১৯৮১ ইগী ৩২ শুবা গনতন্ত্র দিবসকী পেবেড়তা মহাক্না লুচিংবা সঙ্গীত একাডেমীগী কা,লুপ্না কলচরেল থোরমদা অহানবা মনা ফংখি।

**সমাজ সেবা ঃ—** ককচিং হাইস্কুল বি' টি: আই: মখা হাইস্কুল এম: ই: স্কুল, সঙ্গীত বিদ্যা মন্দির, শিশুকল্যাণ বালিকা-টিনচিংগী মেম্বর অমসুং একজিক্যুটিভ মেম্বর ওইরকই। রিগুলব ডোনর ওইরকই। খা মণিপুর কলেজ ককচিংগী মেম্বর ওইরকই। পি: আর: স্কুলগী ডোনর ওইরকই।

ইং কুমজা ১৯৫৩ দা ককচিং মখা লৈকাইগী য়ুম মৈ চাকপদা দান তৌথিবশিংগী মমুংদা অমনি। ককচিং সঙ্গীত একাডেমীদা লুপা ১০০০.০০ (লিশিং অমা) দান তৌহুনা পেট্রোল মেম্বর ওইরি। ইং ১৯৮১দা

শাক্তি লানফিগা লোয়নন্না লুপা ১০০.০০ (চামা) পিপলস মুাজিয়ম ককচিংদা দান তৌখি। ককচিং সঙ্গীত একাডেমীগী ভাইস চেয়ারমেননি।

হৌজিক সঙ্গীত একাডেমী ককচিংগী সুপরভাইজর ওইনা থবক পুরি। পুং ঈশৈ কলাবিদ্যাদা গবেষনা তৌরি।

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বৈকুণ্ঠ সিংহ

## শ্রীনাওরেম নীলবীর সিংহ
### (নটসঙ্কীর্ত্তন)

শ্রীনাওরেম নীলবীর সিংহ ইং ১৯২০ দা ককচিং খুলেন নিংথৌ লৈকাইদা পোকখি। হৌজিক মশাগী চহী ৬১ রোম শুরে। অপোকপগী মমিংনা শ্রীনাওরেম থানিল সিংহ কৌই। মতম অমদা ককচিংগী নিংথৌ ওইরম্মী হায়দুনা মহাকপু থানিল নিংথৌ হায়নসু কৌনৈ। অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি নাওরেম ওংবী থম্বালৈ দেবী কৌই পোকমিন্নবা মচিন মনাও অহুম অমসুং মচে মচল মরানি।

**শিক্ষা :—** মতম অমদা উচ্চ শিক্ষা ফংনবা সংস্থান ককচিংদা লৈরমদে। মশাগী চহী ৭ লোম শুরকপা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌদুনা ক্লাস টু ফাওবা শিক্ষা ফংখি।

**কলা বিদ্যা :—** কলাবিদ্যাদা থোইদোক হেন্দোক্না থবায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা মশাগী চহী ১০ মুক শুরকপা মতমদগী ওঝা গুরু কয়াগী মফমদগী বিদ্যা তম্বা হৌখি।

**যুমপানবা :—** মশাগী চহী ১৭ লোম শুরকপা মতমদা ময়াংলমম্বম নিংথৌল শ্রীমতি অচৌ দেবী লুহোংদুনা যুমপানবগী থবক্কা খোংদাখি। মচা মুপী ৮ অমসুং মুপা ২ লৈ। যুম পানবা মতমগা ইরোয়নন্না ঈশৈমু কল্লা শকপা হৌরকখি। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীগী অহল্লুপ পানাগী খোম্বাংবা ওইনা

সেবা তৌরকখি। অসুম্না নট পালাগী হিরমদা লমদম অসোমগী শক্লাইরবা মীশক অমা ওইরকখি।

**মনা মথুম :—** কলাকার অসিবু শক খংবিবা ওইনা মহারাজ চুড়াচাঁদনা খামেনচৎপা, করতাল মরী অণ্ডাংবা, সনা খুজি, তালনচিংবা মনা মথুম পীবিখি।

**ওজা গুরুশিং :—** শ্রীনোংমাইথেম গুলাপ সিংহ, শ্রীনো.মাইথেম তোম্চা সিংহ অমসুং ওঝা লোথোন্নচিংবা ওঝাশিংগী মফমদা খঙবকই।

**লমকোয়বা :—** ভারতকী মফম কয়ামরুম নবদ্বীপ, মথুরাবৃন্দাবন জগন্নাথ ক্ষেত্রনচিংবা মফম কয়ামকমদা তীর্থ যাত্রা তৌকরে।

**ঈশৈ হনবা :—** হৌজিকমক কলাকার অসি শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীগী অহল্লপ পানাগী ঈশৈ হনবা অমা ওইনা সেবা তৌরি।

শ্রীনাওরেম নীলবীর সিংহ

## শ্রীথোকচোম রাজো সিংহ

(অমাইবী/অইবা)

শ্রীথোকচোক রাজো সিংহগী চহী ৪৮ শুবে। পোক্লফম লমদম মুতুম ফিবৌদনি। হৌজিক থাংমৈবন্দ হিজম দেৱান লৈকাই ইমফালদা লৈবে। অপোকপপী মমিংনা ৺ কাহ্নাই সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা শিনাম নিংথৌজা থোকচোম ওংবী মাইপাক দেবী কৌই। পোকচিংবা নিংথৌল ৬ পীবা ৫ নি। শ্রীরাজোনা ৯ শুবা অণাংনি।

**মাইবী চংবা :—** মশাগী চহী ১১ শুরকপা মতমদা মাইবী চংবা (লাইতোংবা) হৌখি। মৈতৈ কষ্টমগী চংনবী মতুংইন্না মমা গুরু থিরকপদা শংলেন শংলাকপী শ্রীমতি তোম্বু মাইবী দেবীদা অহানবা মমা গুরু ওইজখি।

অনিশুবদা শংলেনগী অশুপ্পা লমদেংদা লৈবা শ্রীঙাশেপপম ৺ তোম্বা সিংহ মাইবীদা মপা গুরু ওইখি।

**গুরুগী ত্তুংইনবা ঃ** — চহী ১১ দগী লাই ফিবগা লোইননা মগা মপা গুরু অনিগী মতুং ইন্দুনা ঙাওনা কৈনা, ঙমবোই ঙমদবোই, থৌগল ইপ্পবা চহী ১৫ শুরকপা মতমদা গুরুশিংগী থৌগল ওইনা থৌনিরোল উমং লাই হরাউবা, লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীগী থৌগল কয়াদা শরুক য়াখি।

**য়ুমপানবা ঃ** — চহী ২৬ শুরকপা মতমদা য়ুম পানখি। লাইবক থিবদগী মমিঙ্গা মচা উদে।

**মাইচৌ গুরুশিং ঃ** — শ্রীরাজো সিংহনা অমাইবী অমা ওইনা মশা ইংপা ঙম্না হৈজরবা মতুংদা মখাদা ইরিবা গুরুশিং অসিগী মফমদা অকুপপা অমাইবগী মথৌ থৌনিরোলনচিংবা তমখি। শ্রীমোইরাংথেম ৺চন্দ্র সিংহ (পণ্ডিত অচৌবা), থোঙাম ৺ মাধব সিংহ পণ্ডিত, শ্রীলৈস্রাম ৺যুবা সিংহ পণ্ডিত, শ্রীৱাংখেম ৺চাওবী সিংহ পণ্ডিত য়াইমা, শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত, শ্রীনাঙৈরাবপম ৺ দীনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ইনচার্জ, শ্রীমাইস্রম শেখো মাইবহনবা, অসিনচিংবনি।

**মনা মথুম ঃ** — মহারাজ ৺ বোধচন্দ্র স্না হাক্তক্তা মহারাজগী থা ৩ চুপ্পা নোংমাইজিং চীংদা থৌগল ফংজবদা অনাইবীগী মনা মথুম অমত্তা ৱাত্তনা পীবিখি।

**থৌগল তৌথিবা লম থরদং ঃ** — মতমগী খোংলৈ মতু ইম্না মতম কুইনা লুপ্তুনা লৈরুবা লাইফমশিংদা অমুক নৌহৌননা হরাউবা মখল, কয়ামরুমগী থৌগল তৌথি। মফম থরদং শিংথারি : — ১। মোইরাং ২। ককচিং ৩। ফায়েং, ৪। অন্দ্রো ৫। অৱাং সেকমাই ৬। শুগ্নু ৭। কংলৈ অসিনচিংবনি।

**সেমিনার ঃ** — মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী অহানবা সেমিনারদা

শক্লাক য়াখি।

**অইবা ঃ** — ১। লাংওন ২। লাংদাই কৌবা লাইরিক অনি অসি কোংগ্রে।

**তাংখুল নুরাবী ঃ** — মহাক্কী নোম্বা কনবা অসিনা মরম ওইরহুনা অমাইবা, তাংখুল মরক মরক্তা শাখি।

**আকাশবানী ঃ** — শ্রীরাজো সিংহ অসি অকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমনি। শ্রীরাজো অমাইবী অমা ওইনা মণিপুরগী শিংথানবা য়ারবা মীশকনি। মণিপুরগী লাই কমিটি ১১দগী মেডল ফংখি।

শ্রীথোকচোম রাজো সিংহ

## শ্রীইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ

(নট সঙ্কীর্ত্তণ ওজা)

শ্রীইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ খৃষ্টাব্দ ১৯২৬ মার্চ্চ তারিখ ৪ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা অঙৌ সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লৈহাও দেবী কৌই। ময়াম্বা ২ মচল অমনি শ্রীইবোতোম্বী সিংহনা ৩ শুবনি। পোক্লফম লমদম থাংমৈবন্দ লীলাসিং খোংনাংখোং য়ুম্নাম লৈকাই ইম্ফালদনি। মশাগী চহী ৩ শুরকপা মতমদা অপোকপনা চহী ৩৩ শুরকপা মতমদা নোঙ্গাখি।

**শিক্ষা ঃ** — চহী ৫ শুরকপা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। ইয়োর হাইস্কুলদা ক্লাস ফাইভ কারকপা ১৯৩৫ খোং তেক্কুনা লাইরিক তম্বা তোকাখ।

**কলাবিদ্যা ঃ**— ইং ১৯৩৫ দগী শ্রীহিরুংবম তোলঙৌ সিংহ (মথুরা) না ঈশৈ তম্বীহুনা গৌরলীলা মুপামচা পালা য়াওবা হৌখি। অতোপ্পা ওঝা কয়ানা তম্বীবা লীলাশিংদা অঙাং ওইনা মণিপুরগী মফম কয়াদা ঈশৈ

শকপা চংলি। ইং ১৯৩৬ তা শ্রীযুক্ত সার চুড়াচান্দ মহারাজনা (কে, সি, এস, আই, সি. বি, ই) মিংথোল ফংহন্না মণিপুরদা হল্লকপা মতমদা কৈজোম অঙাংবা শেংপা অডাংশিংনা ঈশৈ শক্নুনা মহারাজবু ওকখি।

ওজা বোরীবা ঃ— ইং ১৯৩৭ তগী শ্রীযুক্ত শগোলশেম কালিদমন সিংহদা অমুক বোরিহুনা নট ঈশৈ, বাসক, রস, নিত্যলীলা অসিনচিংবা তম্বা হৌই। খুবাক ঈশৈ, ঝুলন মুপামচা পালাগী ঈশৈ হুনবা হৌখি।

মুমপানবা ঃ — ইং ১৯৪৬ তা উশম চন্দ্র ইবোতোম্বী দেবীগা লোইননা লুহোংখি। মচানুপা ৪ মুপী ৫ পোকই।

মৈতৈলোনগী ঈশৈ ঃ — মতমগী মঙ্গুইননা মণিপুরদা মৈতৈলোননা ঈশৈ শকপা পাম্নবক্লবদা ওজা কলিদমনগী তুং ইন্দুনা ছুহার চন্দ্রনা ঈশৈ শকখি।

মেডল ঃ — ইং শোক ১৯৫৪ দা মণিপুরদা চীং-তম মেলা হায়বা অমা তৌখি। মেলা অসিদা "প্রিয় কলা মন্দির থাংমৈবন্দ" না পুং, ঈশৈ, জগোই অহুমগী অপুনবা ভেবাইটি শো অমা উৎখি। শ্রীইবোতোম্বী সিংহনা করতাল চোলোম তৌখি। মতম অদুগী চিফ কমিশনারনা পেনবিহুনা মেডল অমা পীবিখি।

প্রমান-পত্র ঃ — ইং ১৯৬২ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শিল্লাংহুনা তুমিং ২৪ নি চুপ্পা ঈশৈ ফাংনবদা ঈশৈ হনবা অমা ওইনা শরুক য়াখি। মতুদা পরিষদনা প্রমান-পত্র অমা পীবিখি।

মণিপুরদা গ্রহ ৯ পুনবা মতমদা মণিপুরগী মফম কয়ামরুমদা ঈশৈ শকপা য়াওখি। মতুদা অখণ্ড মহা সংকীর্ত্তন সমাজনা পেনবিহুনা প্রমান-পত্র অমা পীনবিরকই।

লম কোয়বা ঃ — ইং ১৯৬৬ তা জাত্রিবোন থৌগল মরুপনা কৌবা সাহিত্য পরিষদনা পুবা ঈশৈগী থৌরম অমদা ওজা কালিদমন

সিংহুগী মুহার চৎলি। মতুদমদ প্রমান-পত্র অমা পীবিরকই। '৭৩ দা সাহিত্য পরিষদনা প্রমান পত্র ১ গা পীখি।

**কোন্সুং কাবা ঃ** — ইং ১৯৬৮ দা শ্রীগোবিন্দজীউগী অহল্লুপ পানাগী পালা মহাদা য়াওবা হৌখি।

**পোষ্ট গ্রেজুয়েট ঃ** — ইং ১৯৭৫ ইংদা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি।

তাং ১৬।৯।১৯৭৭ ইংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ পালা মহা (অহল্লুপ পানা) অসিদা শ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ডনা পালা মহা খোম্বাংবা হাপখি।

**ফোলোশিপ ঃ** — ইং ১৯৭৬/৭৭ তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা গুরু অমুবী মেমোরিয়েল ফোলোশিপ পীখি। ওজা কালিদনম সিংহ অমসুং গুরুময়ুম ইবোতোন শর্মা অনিনা গাইড ওরু ওইবিখি। ১৯৭৮ ইংদা রস ৬৪ ফাংনবদা ঈশৈ শকখি।

**থবক তৌবা ঃ** — ইং ১৯৭৯ মে থাগী তারিখ ৫ দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী এসিষ্টেণ্ট ভিজিটিং গুরু অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

শ্রীইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ

## শ্রীমতি নিংথেমচা ওংবী নয়নী দেবী

(ঈশৈ শকপী)

শ্রীমতি নয়নী দেবী ইং ১৯৮১ দা পোকই। অপোকপগী মমিংনা শ্রীলাইশ্রম শামু সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা মুন্নাম নিংথোল লাইশ্রম ওংবী থয়ো দেবী কৌই। পোকফম লমদম শোইবম লৈকাই

অয়াং পল্লিদনি। মচিন মনাও পিবা ৬ পোকই। মশাগা থান' ৭ নি। শ্রীমতি অসি ৬ শুবা অঙাংনি। অপোকপা অমদি অপোকপী অনি অসি কলাবিদ্যা য়াম্না পাম্মী।

**কলা ক্ষেত্রদা কুম্বা :** — ইহাম হাননা শ্রীমতি অসি গৌড়লীলাগী নিত্যাইনন্দ শাবা হৌখি। নিত্যাইনন্দা ৬ লক শাথি। মথংদা হরিদাস, অভিরাম, তাম্বা মথং মথং শাবা হৌখি।

মুপী মচা পালাগী পুবাক ঈশৈ, ঝুলোন, শনশেনবা, জগোই রাস, বাসকনচিংবা মথ, মথং য়াওখি।

**য়ুমপানবা :** — মশাগী চহী ১৪ শুরকপা মতমদা য়ুম পানবা হৌখি।

**কলারাটি :** — শ্রীমতি অসি কলারাটিদা য়াওহনা জগোইনচিংবা শাবদা শরুক য়াখি।

**ড্রামা :**— ইতিহাসকী ওইবা ফাওরবা রারী পৃথিবীরাজগী নায়িকা সংযুক্তা শাথি। শাহজহাংগী নায়িকা মমতাজ বেগম শাথি।

**ঈশৈ শকপী ( প্লেবেকশিঙর ) :** — রূপমহল, এম, ডি ইউ, এরিয়ান, আ: ডি: এস: পেরেদোইজ হায়রিবা হোলশিং অসিগী ঈশৈ শকপী অমা ওইনা সেবা তৌরকই।

**লম কোয়বা ১দি নৃত্যাশ্রমগী ওঝা :** — শ্রীমতি অসি মতম খবা নৃত্যাশ্রমগী ওঝা ওইরম্মী। মতুদা মথাদা ইরিবা লমশিং অসি কোয়হনা ঈশৈ শকলুই আর্টিস অমা ওইনা থৌদাং য়াকুই মতুদি : — ইণ্ডোনেশিয়া, রেঙ্গুন, থাইলেণ্ড, কমবোদিয়া, শাইগোল, মনিলা, জাকার্তা, মালয়, শিগাপুর, অসিনচিংবনি।

**ডান্স একাডেমীগী ওজা :**— হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী ওঝা ওইরি। অঙাংশিং তম্বীবা অমসুং শোগী ঈশৈ

শকপী অমা ওইনা সেবা তৌরি। একাডেমীগী কলচরেল এক্সচেঞ্জনচিংবা থৌরমদা তত্তনা সেবা তৌরি।

গৌড়লীলাগী গুরুশিং : — শ্রীশামুরাইলাৎপম তোম্মু শর্ম্মা ২। শ্রীশামুরাইলাৎপম থোইদোং শর্ম্মা ৩। শ্রীশামুরাইলাৎপম অমুল্লা শর্ম্মা নোংমৈবুংদা লৈবা ওঝাশিংনি।

রাসকী গুরু : — ১। শ্রীচদুংবম লৈরেন সিংহ ২। শ্রীহুইদ্রোম ব্রজলোনমচা সিংহ ৩। শ্রীরাজকুমার সূর্য্যবর সিংহ ৪। শ্রীথাইদিংজম থম্বাল অঙৌ সিংহ ৫। শ্রীক্ষেত্রি ব্রজবিধু সিংহ ৬। শ্রীমাইস্নাম থম্বৌ সিংহ ৭। শ্রীমতি থৌরানী তেজবতী দেবী ৮। শ্রীশিতোল শর্ম্মা ৯। শ্রীলাইশ্রম চোলো সিংহ ১০। হিদাম তোম্বা সিংহ ১১। ঙাঙোম ৺ যুগিন্দ্র সিংহ ১২। মাইস্নাম ৺ অমুবী সিংহ ১৩। হাওবম ৺ তোম্বা সিংহ ১৪। শোরোকথাইবম ৺ পাকা সিংহ অসিনচিংবনি।

নিংথেমচা ওংবী নয়নী দেবী

## শ্রীমতি পেচু ইবেমহল দেবী

(নটসঙ্কীর্ত্তন/নাট্য কলাকার)

শ্রীমতি খুন্দ্রাকপম ইবেমহল দেবী ইং শোক ১৯২৯ আগষ্ট থাদা পোকই। অপোকপগী মিংনা থবী সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা মঞ্জুবী দেবী কৌই। পোক্লফম লমদম নাওবেম লৈকাইদনি। মচিন মনাও (নিংঙোল) ৪ গী মনুংদা শ্রীমতিনা অহলনি।

শিক্ষা : — নাওবেম লৈকাই এল: পি: স্কুলদা ক্লাস টু ফাওবা শিক্ষা ফংখি।

কলাবিদ্যা : — শ্রীমতিগী পলেম-পম্বৌ অনি অসি কলা

পাম্বা মীশকনি। ময়ম অত্থমা মচান্নুপীবু চহী ৬ শুরকপা মতমদা কলা বিদ্যা তমহনখি।

নাট্য :— সঙ্গীত কলাগী লম অশোমদতা নত্তনা নাট্য কলাগী জগতত্নু শ্রীমতিনা খোংদাবশী। মশাগী চহী ১৩/১৭ শুরকপা মতমদা শিংজমৈ নব নাট্য মন্দির লিংখৎলকুবা মতমদা শ্রীমতিন্থু কলাকার 'অমা ওইনা শরুক য়াখি। শকুন্তলা শ্লেদা অপসরাগী জগোই শাবদা ভাবোক্লা থাগৎনখি।

মেডল :— জগোই অসিদা ২ শুবা লাঙ্গাওগী মতমগী ঠীকাদার মমিং চৎলবা মি' ক্রেকক্রানা শ্নাগী মেডল শ্রীমতি ইবেমহল দেবীদা পীখি। ইবেমহলনা অস্তুম ভৌনা নাট্যগী জগত্তা ১৯৪৫ কাওবা চৈকানা কলা অসিদা খোংদাখি। তোঙান তোঙানবা সংস্থান্দগী শ্রীমতিদা লুপাগী মেডল কয়া পীনকখি।

শ্রীমতিগী ওজাশিং :—উচেককোল ওজা লখোন, ওজা নাতুম, ওজা নারং কোঞ্জিল চন্দ্র সিংহ, ওজা কালিদমন সিংহ, ওজা কাছার তোম্বু অসিনচিংবা মমিং লৈরবা ওজাশিংনি।

মাণ্ডব লীলা :— শ্রীমতি অসি ষ্টেজ লীলাদা নত্তনা মাণ্ডব লীলা — গৌড়লীলা, রাসলীলা, অনিমক্তা খোংদাই। গৌড়লীলাদা — শচি মাতা শাই। শ্রীমতি লাইশংবম ইবেমনী দেবীগী সেবকনি। লোইননা ওজা কুঞ্জো যুগাই শাবানা য়াম্না নিংথিনা শচী মাতাগী অভিনয় তশ্নীখি। মমৈথংদা ওজা ভাঙোম যুগিন্দ্র সিংহনা মাণ্ডব লীলা অসিদা লমজীংবিখি।

নট সঙ্কীর্ত্তন :— শ্রীমতি অসি মশাগী চহী ১৫/১৬ শুরকপা নট সঙ্কীর্ত্তনদা অমুক খোংদাখি। মৈতৈগী হান্না লৈজরক্লা শৈশক্তা শ্রীমতি

ইবেমহল দেবীগী অনৌবা আর্ট অমসুং একটিংগা হোৎন-থিননবা শৈশক অসিমক্কা ভাবোকশিংবু শুম্বৎপা লায়না ওমথি। মসিগী থুংগাকপম ইবেমহলবু "পেচু ইবেমহল হায়না থংনখ্রে"।

**হুপীনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা শকপা :**— হুপীনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা শকপগী মতাং অসিদা লৈপাকী চাউরবা বাথোক অমা ওইখি। ইং শোক ১৯৫৯ দা হুপীনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শকপা হৌনদে হায়না বন্না থিংখি। শাস্ত্রগী যুক্তি কয়াদা তর্ক বিতর্ক তৌনরবা মতুংদা ভক্ত বৈষ্ণবশি না শ্রীমতিবু সঙ্কীর্ত্তন অসি শকহনখি। শৈফম্না মৈনো লৈরগু নি। শৈশক্না নিমাই সন্ন্যাস-নি। গায়িকাশিংগী থিজেং চাকচাগা শৈশক অসিদা ঈশৈ অসিগা য়াম্না চুনবা অমা ওইখি। ভাবোকশি না য়াম্না কপ্পখি। মতুংদদি সঙ্কীর্ত্তনদা, লুহোংবা-শ্রাদ্ধনচিংবা কর্ম্মদা হুপীনা শকপা অসি থিংখিদ্রে।

**মপান্দা ঈশৈ শকপা :**— শ্রীমতি অসিনা কলা ক্ষেত্রদা মমিং নিংথিনা চৎলক্লে। মতাং অসিদা কাছাবগী ফাওরবা ওঝা তোম্বুনা শ্রীমতিবু কৌহুনা কাছারগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা বৈষ্ণব পদাবলি শকহনখি। জ্ঞানদাস, চণ্ডিদাস অমদি সুরদাসকী পদশিং অমদি যুগল-মিলন সুবল-বেশ, বংশী হরন্নচিংবা শকখি।

**রেকোর্ডিং :**— ইং শোক ১৯৫৭ মশাগী চহী ২৮ শুরকপা মতমদা কলিকতাগী মমিং চৎলবা সেন্নোলা কম্পানীদা মৈতৈরোলগী ঈশৈ রেকোর্ডিং তৌখি। রেকোর্ড অনিনি। ১। রাধাকৃষ্ণ প্রেম তত্ত্বনি ২। অধ্যাত্মিকী ওইবা ঈশৈনি। শৈরেংবা অমদি তস্বীবা ওজাশিংদি :—

১। "নিকুঞ্জগী ময়াইদা প্রেম শাস্ত্রী হৌরিনে। — কালীদমন সিংহ

২। "কুংশিজবা নংবু কৈদগী লাকপনো, কনানা নংবু থারকপনো ? —

— জাপান তোম্বু।

ইং শোক ১৯৭৭ তসু রেকোর্ড লৌখি।

ঙাইখো ঙাইখো কনহৈয়া ব্রজ থাদোক্তুনা চৎলগেরা শ্যাম ?

হিন্দুস্তান কম্পানী। শৈরেংবা : — এম, ইবোবী সিংহ।

মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপা : — ১৯৫৯/৬০ দা শ্রীমতিনা জগ বন্ধুগী মেলাদা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ শকখি। শ্রীএম, ইবোবী সিংহনা লেংবা ঈশৈনি।

একাডেমীগী রেকোর্ডিং : — মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ইং ১৯৭৮ দা শ্রীমতিগী "স্নুবলহুত্তি" হায়বা ঈশৈ অসিদা পুং অমগা মথায়গী রেকোর্ড তৌখি। শ্রীমতি অসি লৈপাক্লা শকথংলবী কলাকার অমনি। শ্রীমতি অসিনা নহা ওইনা সংসার থাদোকখিবা অসি কলাক্ষেত্রদা মেনখৎপা ঙমলরোইদৌবা মথল অমগী অমাংবনি। মাগুম্বী কলাকার কয়া পোক্লকপা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা নীজরি।

পেচু ইবেমহল দেবী

## শ্রীঅরিবম অঙোবী শর্ম্মা

(নট সঙ্কীর্ত্তন)

শ্রীঅরিবম অঙোবী শর্ম্মা শকাব্দ ১৮৯৬ কী থবান পূর্ণিমা নোংমাইজিং হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীঅরিবম ৺ স্নাজাওবা শর্ম্মা (তুহার) অমসুং অপোকপীনা শ্রীমতি তখেলচংবম নিংঙোল মধুমতি দেবী কৌই। পোক্লফম লমদম ব্রহ্মপুর খোংমন মংজিন্দনি।

শিক্ষা : — শ্রীশর্ম্মাগী চহী ৮ শুরকপা মতমদা লাইরিকয়েংবম বেদাম সিংহগী মকমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মথংদা ব্রহ্মপুর নহারমদা লৈরম্বা বামোন স্কুলদা মথা তমথখি। মতুংদা ব্যাকরণনচিংবা তমলগা

মশাগী চহী ১৬ শুরকপদা খুদোংচাম্নবা মরম্ থম্লগী লাইরিক তম্বা তোকখি।

কলাবিদ্যা :— শ্রীঅঙোবী শর্ম্মা মশাগী চহী ২৩/২৪ হায়রকপদা "পালা মন্থা" দা য়াওহুনা অহানবা ওইনা শ্রীগোবিন্দজীগী সেবা কংজখি। মতম থরা লৈরগা ১। বামোন পালা ২। বৃন্দাম চন্দ্রগী পালা ৩। খোপ ৪। স্মাৰ্ত্ত তোনগী পালা অমসুং নাপু হলৌনচিংবদা য়াওহুনা শ্রীগোবিন্দ খোৎলন তৌরকখি। লোইননা খুল্লক্তা ঈশৈ শক্তুনা সমাজ সেবা তৌরকখি।

সঙ্কীর্ত্তনদগী পোত্থাবা : — শ্রীঅঙোবী শর্ম্মানা মশাগী চহী ৪০ শুরকপা মতমদা শ্রীব্রহ্মচারীময়ুম নিংথৌবী শর্ম্মাগী মাংহন্তা, লাইরিক লোইবগী বাসক ফাংনবদা ঈশৈ শক্লিক্টৈদা মিন্তা করিগুম্বা অঙম্বা অমদি পি তাবগী খোদোক অমা থোকখিবদগী নোংম নোংমগী মিং উদবা হেঞ্জিল্লকখি। অসিগুম্বা লাইবক থীরবা খোদোক অসি থোকখিহুনসু সঙ্কীর্ত্তনগী থোগলদি চহী ২৫/২৬ রানা রানা তৌজরকখি। অদুবু ঙাসদগী চহী ২৪,২৫ গী মমা, ইং ১৯৫৫ গী মতমদগীদি শ্রীঅঙোবী শর্ম্মা করিগুম্বা উপায় অমত, লৈতনা সঙ্কীর্ত্তন অমাদ শ্রজাগী থোগলদগী পোত্থখি।

স্বাধ্যায় : — শ্রীশর্ম্মাজীনা নাম সঙ্কীর্ত্তন পামজবা মীশক অমা ওইবনা পোত্থাহুনা লৈজরবসু অহৎপা লৈতনা স্বাধ্যায় তৌহুনা মতম লেনখি। লোইননা শ্রীশর্ম্মাবু মুংশিবিবা বলাবার কয়ামরুম য়ুমদা লাক্তুনা ঈশৈ তম্বা অমদি ৱারী য়াথোং হংবাদ লেপ্পা লৈর্ত্রি। মতাং অসিদা নোংমা থবরদা 'রাজমেনগী মাত্রা ৭ নি, ৮ নি;" হায়রবদি পাওথুম পীয়ু হায়হুনা শ্রীনোংমাইথেম তোম্বা সিংহ মনোহরশাইগী ওখানা ইবিরকপা থেংনবদগী শ্রীশর্ম্মাজীনা ইচং থৌনা চোংথোকরক্তুনা "রাজমেনগী মাত্রা ৮ নি" হায়না ইহুনা পাওথুম পীখি।

**রেকোর্ডিং :** — ইং ১৯৭৩ গী জুলাই তাং ২৭ তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা চে অমা থারক্‌না অরিবা ঈশৈ মথল খরা টেপ রেকোর্ড তৌখি।

**একাডেমীগী গাইড গুরু :** — মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা চানবিহুনা ইং ১৯৭৪/৭৫ দা শ্রীলাইশ্রম ইবোহলমচা সিংহবু গুরু অমুবী মেমোরিয়েল ফেলোশিপ পীবিবগা লোইননা শ্রীশর্মাজীবু গাইড গুরু ওইহনবীখি। শ্রীইবোহল সিংহদা ১। লালসা ২। পূর্ব্বরাগ (মধ্য, মুগধা) ৩। কলহল অসিনচিংবা ঈশৈশিং তম্বীখি।

**উপাধি :**—১৯৭৫ এপ্রিল তাং ২০ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "সঙ্গীত রত্ন" পীবিহুনা ইকায় খুম্নবীখি।

**শ্রীশর্মাগী গুরু শিং :** — শ্রীশর্মানা বোরিহুনা অহানবা ওইনা তমখিবা গুরুদি ১। শ্রীথামুলাইপম নিংথৌ শর্মাদনি। ২। রাজকুমার স্নাহল সিংহ (থা জম স্নাখা) ৩। শ্রীঅরিবম অমুজাও শর্মা (বামোন পানা ঈশৈ হনবা) ৪। শ্রীহিদংময়ুম তোনস্না শর্মা ৫। নোংমাইথেম চাইগোই সিংহ ৬। পোৎশংবম বোকুল সিংহ ৭। য়েনকোকপম বাবু সিংহ ৮। বাসপতিময়ুম নিংথৌহল শর্মা ৯। চোংথাম ইবুংঙোহল সিংহ (পালা অহনগী ঈশৈ হনবা) ১০। শ্রীগুরুময়ুম তোম্বাপু শর্মা ১১। রাহেংবম তোলেন সিংহ অসিনচিংবনি। অপোকপা গুরুদেব স্নাজাওবা শর্মা হুহাল্লনা লেঙহৌবা গুরু ওইবকখি।

**পেন্সিল ফংবা :**—মণিপুর কলা একাডেমীগী ওর্ডর নম্বর ৪/১৭/৭৪ এম, এস, কে, এ, তাং ৭।১০।৭৫ গী মতুংইননা থা অসিদগী পেন্সিল লুপা ৭৫.০০ (হুম্ফু তরা মঙা) পীবিখি।

**লাইরিক ফোংনবা থৌরাং :** — শ্রীশর্মানা মট সংকীর্তনগী ররমদা লাইরিক অমা ফোংবনা ইরি। মাম্না থুনা ফোংদোক্নবা থৌরাং তৌরি।

# শ্রীশামুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা

(পুং ৈয়বা)

শ্রীশামুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা ইং ১৯:৭।৫।১ (কালেন্থাগী ২ নি পানবা থাংজা সুমিৎকী সুংথিল) দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৮ মনি শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ব্রহ্মচারী ময়ুম নিংথোল শামুরাইলাৎপম ওংবী নন্দীমখু দেবী কৌই। মচিন মনাও মুপা ৩ মুপী ১ পোকই। পোক্কখম লমদম নাগমপাল লমাবম লৈকাই ইম্ফালদনি।

**শিক্ষা :** — মশাগী চহী ৫ চংলকপা মতমদা শ্রীকুরাইলাৎপম থোংয়া শর্ম্মাদা লাইরিক তমখি। শ্রীশর্ম্মানা লাইরিক তমলিবা যুম অহুগী অৱাং থংবদা শ্রীহাওবম ওজা চাউবী সিংহগী য়ুমদা পুং তম্বগী মখোল তত্তনা তারম্মী। শর্ম্মাজীগী থম্মোইদা পুং তমনিবগী ৱাখল পোকখি। মপাবুংদা লাইবিক তম্বা তোক্কনা পুং তমগে হায়না তক্কখি।

**বাদ্যশিক্ষা :** — মশাগী চহী ৭ শুরকপা মতমদা শ্রীহাওবম ওজা চাউবী সিংহদা পুং তম্বা হৌখি।

**কৃষ্ণ অমসুং নিত্যাইনন্দ শাবা :** — শর্ম্মাগী মশাগী চহি ৮ লোম শুরকপদা কৃষ্ণ শাখি। মথংদা চহী ১০ রোম শুরকপা মতমদা নিত্যাইনন্দ শাখি।

**গৌড়লীলাগী পুং ৈয়বা :** — শ্রীশর্ম্মানা চহী ১২ রোম শুরকপা মতমদা গৌরলীলাগী পুং ৈয়বা হৌখি।

**বাদ্য যন্ত্রশিং অমদি তবলা তম্বা :** — নোংমৈবুংদা লৈবা ওঝা শ্রীপাল সিংহদা তবলা তম্মী। ধাকা (বাংগলা দেশ) দা লৈবা ওঝা হরিপ্রেমো সিংহদা পখৱাজ তম্মী। ওঝা শীতল শর্ম্মাদগী এসরাজ তম্মী। তোংথাম ওঝা য়াইমবী সিংহদা হারমনিয়ম তম্মী। নিংথৌখোংদা লৈবা

ওৱা ম্নায়াইমা সিংজদা খঙ্গরী তম্মী। ত্রিপুরাদা চৎপদা ওৱা যুগোলচন্দ্রগী খন্নক্কী তমখি।

**বোধচন্দ্র মহারাজগী লুহোংবদা পুংয়ৈবা :**— বোধচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লবা মতমদা নেপালী নিংঙোল অমা লুহোংখি। মসিদা মন্নুম পান্দ্রিবা পাখং ১৪ পুন্না পুং য়ৈহনখি। মহুগী হনজবা গৌরচন্দ্র শর্মানা ওইখি। ক্লাসিকেল ডান্স পার্টি অমা আসামদা টুর চৎলি। মহুদা শর্মাস্নু য়াওখি। মহুদা মানা পুং ৫ য়ৈখি।

**মুমপানবা :**— চহী ২৪ শুরকপা মতমদা মুম পানখি। লোই-বীগী মিংনা অমুম্না দেবী কৌই। মচা মুপা ৫ মুপী ২ পোকই।

**ম্না পালাগী পুং য়ৈবা :**— মহারাজ কুমারী তম্ফাম্না দেবীনা ঈশৈ হন্দুনা হোলি (ম্নাপালা) অমা তৌখি। মহুগী পুং য়ৈবা মকোক শর্মানা ওইখি।

**লম কোয়ব :**—নাম শোনবা ওইনা মথাগী লমশিং অসি কোয়খি :— মুর্সিদাবাদ, বনারস, গয়া, জগন্নাথ পুরী, বৃন্দাবন করিমগঞ্জ, শিলং, আইজল, আগরতলা, শিলেট, শিলচর, জয়রামপুর, সোদিয়া, ডিব্রুগড়, তেজপুর, গৌহাটি, অসিনচিংবনি।

মণিপুরদা অহানবা চিফ কমিশনর ওইরম্বা হিমত সিংহগী মতমদা মপান কাংজেবুংদা অচৌবা মেলা অমা তৌখি। মহুদা কলচরেল শো কয়ামরুম উৎখি। মহুদা শ্রীশর্মাস্নু পুং য়ৈবদা শরুক য়াখি।

**মনা :** — মথংদা মণিপুরগী চিফ কমিশনরগী বাঙ্গলাদা মেলা অমা তৌখি। মহুদস্নু কলচরেল পার্টি কয়ামরুম্না শো উৎখি। মহুদা কৈশাম-পাক্তা লৈবা কৈশাম থোমদোন সিংহ ওজা অসিনা সেতার থোংখি। মহুগী তবলা সঙ্গত শ্রীশর্মানা ওইখি। মহুদা চিফ কমিশনর সাহেবনা পেনরিহুনা'

মখোয় অনিদা মনা ওইনা কপ ১/১ অমসুং লুপা ৫০.০০ (য়াংখৈ) গা পীখিখি।

**খঙুরী তম্বীবা :—** কাছাড়লগী গুরু বিপিনমা পুখোকয়রক্লুনা বামোন মচা অমা মৈতৈ পুং য়ৈবা অমা, খঙুরী অনি পায়হনা য়ৈবা তমগনি। হায়হনা লাকখি। শর্মানা খংজ হৈজবা চোলোমগা লোইমনা তম্বীখি।

**খবক তৌবা :—** নাগাও জিলাগী অম্পুবতী হোলদা মণিপুর জগোইগী এলাংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীহুইরেম লালা সিংহগী জগোই শ্রীশর্মা-না পুং তম্বীবগী ওজা ওইহনা মতম খরা লৈখি।

উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাইদা লৈবা কলচরেল স্কুলগী জগোই, পুং ক্লাসিকেল ভাসকী ওজা মতম খবা ওইরম্মী।

**আকাশ বানী গৌহাটি :—** আকাশ বানী গৌহাটিগী মতম খবা পুং য়ৈবা অর্টিশ অমা ওইরম্মী।

**আকাশ বানী ইম্ফাল :—** ইং শোক ১৯৬৫ গী আগষ্ট তাং ১৫দগী আকাশ বানী ইম্ফালগী ষ্টেশন লিংখৎখি। মতুদগী পুংয়ৈবা কলাকার অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌরক্লি।

**সঙ্গীত সম্মেলন :—** ইং শোক ১৯৭৭ দা" সঙ্গীত সম্মেলন অমা ওল ইন্ডিয়া রেডিও দিল্লীনা শিল্লাংহনা পাংথোকখি। মতুদা শ্রীশর্মাসু শরুক য়াখি, অমসুং মৈতৈ পুং য়ৈখি। ইং শোক ১৯৭৬ কী ওক্টোবর থাগী তাং ১৯ দা আসাম রাইফলগী হোলদা সেলেব্রেশন অমা পাংথোকখি। মতুদা শ্রীশর্মাসু বাদ্যাদা শরুক য়াখি। আসাম সরকারগী ওইবা মেলা অমা পাংথোকখি। মেলা অদুদা শ্রীশর্মানা পুং য়ৈখি।

**ভারত দর্শন :—** আকাশ বানীগী কলাকার অমা ওইনা লাইবক ফবদগী ভারতকী মফম কয়ামরুম চত্লুনা ভারত দর্শন তৌখি মফুদি :— বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড, মথুরা, আগ্রা, লক্ষ্মনঝুলা, হৃষিকেশ, গয়া, দিল্লি।

কুরুক্ষেত্র, কাশী, নবদ্বীপ শান্তিপুর, উরিষ্যা (ভুবনেশ্বর), জয়পুর, দ্বারিকা, হরিয়ানা কলিকতা, বনারস, এলাহাবাদ হরিয়ানা, হরিদ্বার অসিনচিংবনি।

শ্রীশম্ম'া থোইদোক হেন্দোক্না লম কোয়বগী অনুভব লৈরবা কলাকার অমনি।

শ্রীশামুলাইলাংপম গৌরচন্দ্র

## শ্রীমতি সন্ধাম ইন্দ্রানী দেবী

### (অমাইবী)

শ্রীমতি সন্ধাম ইন্দ্রানী দেবী শকাব্দ ১৮৪৬ মেরা থাগী পুর্নিমা নুমাই হুমিত্তা পোকই। অপোকপা পম্মোগী মমিংনা ৬ বোকুল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা য়ুম্নাম নিংঙোল সন্ধাম ওংবী ৮ জমকী দেবী কৌই। পোক্নফম লমদম : — ছিয়াংথাং মমাং লৈকাইদনি। পলেম পম্মো অনিনা তাংনা শ্রীমতি মথন্তা পোকই।

শিক্ষা : — চহী ৭ শুবকপা মতমদা ছিয়াংথাং এল: পী: স্কুলদা শিক্ষা ফংখি। মতম থরা তম্লগা মুপীনা লাইরিক তম্বা কান্নদে হায়হুনা তোকখি।

কলাবিদ্যা : — চহী ১০ শুরকপা মতমদা কলাবিদ্যা পামজহুনা মারবাক জগোই তম্বা হৌখি। শ্রীযুক্ত খাঙেম্বম যাদব সিংহ সাং লাংথবালদা লৈবা ওজাদা জগোই অসি তমখিবনি। মতম থরা য়াওরম্লগা তোকখি।

য়ুমপানবা : — চহী ১৫ রোম শুরকপা মতমদা শ্রীযুক্ত চিংশুবম মনিসিংহ সাং থাংমৈবন্দ লীলা সিংহ খোংনাংমখোংদা লৈবগা লোইননা য়ুমপানবদা খোংদামিন্নখি। মচা নিংঙোল অনি পোকখি। লাইবক

খীবদগী মন্থুং মতমচাদনা চহী ২৫ রোম শুরকপা মতম লুপ্রাবী ওইথি।

**মাইবী চংবা :** — চহী ১১ রোম শুরকপা মতমদা মাইবী চংগদবা মওং উবা ফংথি। অহল লমনশিংনা য়েশিন্দুনা থমখি। "শামু ময়া মঙ্গে থেঙ্গ্না য়েশিনবা য়াদে" হায়বগুম্না পোবপদগী হৌনা মাইবীগী মগুন চেন্নকপী অমা ওইবনা চহী ৩০ শুরকপা মতমদা মাইবী চংহনা ফিভো শেংপা হৌথি।

**মমাগুরুশিং :** — শ্রীমতি চবুংবম ওংবী মুক্তাহল দেবী অমাইবী সাং কোদোমপোকপী ময়াই লৈকাইদা লৈবীদা অহানবা মমা গুরু ওইনা লাইরোল তম্বা হৌথি। মথংদা শ্রীমতি ওইনাম ওংবী থেন্থ দেবী অমাইবী শংলাকপী ওইনাম শওম্বুং (শামুবৌ মখা) দা লৈবীদা লাইবোল অমদি লাইশোল হৈথা লৈথা তম্মী। মথংদা শ্রীমতি থাবিক দেবী অমাইবী হঞ্জবী শস্ত্রোক্তা লৈবীদা মাইবী জগোই (কংলৈ) তম্মী। মথদা ৱাংখৈমযুম নিংঙোল চাওবী দেবী অমাইবী শংলাকপী ৱাংখৈদা লৈবী মমাগুরুদা অকুপ্পা লাইবোল, লাইচিং জগোইনচিংবা তম্মী।

**মপাগুরু :** — লমদেং তোম্বা সিংহ অমাইবী শংলাকপদস্থু লাইরোল তিনলোন জগোই খুথেক মশী, শুনা তমহৌই।

**শ্রীমতিনা খঞ্জহৌবা পণ্ডিতশিং :** — ১। মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ২। নাওবেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ৩। খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, ৪। চোথাম ইবোয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, ৫। চরোইবম ইবোহল সিংহ পণ্ডিত অসিংনচিংবনি। হায়রিবা পণ্ডিতশিং অসিগী মফমদগী তোঙানবা তোঙানবা লাইশোন, হৈকৎ লৈকৎ, ৱারী ৱাখোং তমখি।

**হরাউবা মকোক লেপপা :** — চহী ৩৩ শুরকপা মতমদা মখাদা ইরিবা লাইবুংশিং অসিগী লাই হরাউবগী মকোক লেপ্পনা খোঁগল তৌখি।

মহুদি : — ১। থাংজিং—তেরা খোংশাংবী ২। থাংজিং কৌগাক-চাও ইথায় ৩। ভাম্নুরৈমা —মোইরাং থুনৌ ৪। কৌক্রু— খোংহামপাৎ ৫। খৌবাল নিংথৌ—খৌবাল ৬। অয়োং নিংথৌ—খৌবাল অখোকপম ৭। ইকোপ নিংথৌ—শত্রাম (খোংজোম মথক) ৮। থল্লাংবা—খৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাই ৯। থাংজিং—থাঙ্গ মোইবা থেম লৈকাই ১০। থংন-রেল : — নি থৌখোং খুনৌ ১১। থুমলৈমা-হাওরৈমা—চীংমুংকোক ১২। পুরৈরোম্বা—লমলাই ১৩। থুমলৈমা—ইথম ১৪। লোয়াবাকপা—হৈনৌ-পোক অসিনচি বনি।

মথক্তা হায়বিবা লাইফমশিং অসিদা নত্তনা মথক্তা পনগ্রবা মমাগুরু ময়াম অসিগী মতুং ইন্দুনা মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা প্রজাগী সেবা তৌরক্লি। **মনা মথুম :** — হিয়াংথাং লাইবেম্ম। কমিটিনা চহী ৩৮ শুরকপা মতমদা স্নাগী মেডল অমা পীবিখি। বোধচন্দ্র নগাবাজগী স্না হাক্তক্তা মনা মথুম :— রেশম ফুবিৎ, লমথাং খুংলক, ইনফি, শবোংফি, স্না খুজিনচি বা পীবিখি। শোক ১৯৭৬ তা খৌবাল লাই কমিটিনা স্নাগী মেডল অমা পীখি।

**পোষ্ট গ্রেজুয়েট :**— ১৯৮০ ইংদা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট (লাই হরাউব) তম্খি।

**প্রমান পত্র :** — তাং ১২। ১০। ১৯৭৭ ইংদা স্না কোন্নুং পণ্ডিত লোইশংনা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা অমাইবী জগোইগী প্রমান-পত্র অমা পীবিখি।

## শ্রীলাইথুরাম ইবোবী সিংহ

(সমাজ সেবক)

শ্রীলাইথুরাম ইবোবী সিংহ ইং শোক ১৯২২ দা পোকই। অপোক-পগী মিং ৵ইবোহল (খগেন্দ্র সিংহ) জ্যোতিষ রত্নাকর অমসুং অপোকপীগী

মমিংনা খুম্ব্রাকপম নিংভোল কাকলৈ দেবী কৌই। পোক্লকম লমদম ৱাংখৈ লৈকাই ৱাংখৈময়ুম লৈরক্তা পোকই।

**শিক্ষা ঃ** — ইং শোক ১৯৩০ দা ৱাংখৈ লৈকাই এল: পি: স্কুলদা শিক্ষা কংখি। ক্লাস সিক্সতগী টৈন ফাওবা ইয়োর হাইস্কুল (তোম্বীস্না হাইস্কুল) দা তমখি। ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোলদা সংস্কৃত তমখি।

**রাজনীতি :** — শ্রীইবোবী সিংহ চহী য়াম্না নোনা রাজনীতিদা খোংদাখি। ইং শোক ১৯৩৫ দা অপোকপা থগেন্দ্রজীৎকী লুচিং মথাদা তৌখিবা নিখিল মণিপুর প্রজাগী অচৌবা আন্দোলন্দা লাইরিক তম্বা তোক্‌না পার্টিগী ভলন্টিয়ার অমা ওইনা অন্দোলন্দা শরূক য়াখি।

**এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরী :** — নিখিল মণিপুর প্রজাগা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহা সভাগা পুনশিন্নরবা মতমদা ইং ১৯:৮ দা শ্রীসিংহনা ৱাংখৈ ব্রাঞ্চকী এঃ সেক্রেটরী ওইখি।

**জেনরেল সেক্রেটরী :** — ইং শোক ১৯৪৬ তা ইরাবত সিংনা সভাপতি ওইদুনা শেমখিবা মণিপুর প্রজা মণ্ডল হায়বা দল অদুগী মহাক্না জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি।

মমৈথংদা মণিপুর প্রজা সম্মেলনিগা, মণিপুর প্রজা মণ্ডলগা অনি অসিনা পুনশিনদুনা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ হায়বা দল অমা শেমখি, মতুদা মহাক ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইখি।

**কংগ্রেসকী সেক্রেটরী ঃ** — হায়রিবা চহী অসিমক্তদা মণিপুর প্রজা সংঘ অমসুং নিখিল মণিপুরী মহা সভা অনিনা পুন্নগা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস হায়বা দল অমা শেমখি। মতম অতুদা কংগ্রেসকী কর্ম্মী অমা ওইনা লৈরকখি। ইংশোক ১৯৪৭ তা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইখি। ইং শোক ১৯৪৮ দা ঈমকাল ইষ্ট ইণ্টর্মেডিয়েট

কংগ্রেসকী সেক্রেটরী ওইখি।

**সমাজসেবা :—** ইং শোক ১৯৩৯ দা অগ্রোদা অপোকপগা লোয়ননা ললোন ইতিক তৌরম্মী। লমদম অসিদা শ্রীসিংহনা সেক্রেটরী কম হেড্ পণ্ডিত ওইরগা এলঃ পিঃ স্কুল অমা লিংখৎখি। লোয়ননা অগ্রোদা মহাক্লা সেক্রেটরী ওইদুনা মহাসভাগী ব্রাঞ্চ সমিটি অমা শেমখি। চহী অদুমক্তদা অগ্রো মহা সভাগী অচৌবা কনফরেন্স অমা তৌখি। কনফরেন্স অদুদা শ্রীইরাবত সিংহ, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র সিংহ (শিলহট) অমসুং অতৈ ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর কয়ামুকস্থ য়াওখি। ডিলিগেট পুম্নমক পুম্না চামিন থকমিল্লদুনা কনফরেন্স অদু মপুং ফানা পাংথোকখি। মহা সভানা পাংথোকখিবা থৱকশিংগী মখুংদা অগ্রো কনফরেন্স শিংথানবা য়াই।

**নুপী লালগী সিস্পেথাইজর :—**১৯৩৯ গী অনিশুবা নুপী লাল অদুদা সিস্পেথাইজর ওইনা শরুক য়াখি। ইং শোক ১৯৪০ দা মণিপুর প্রজা সম্মেলননা তৌখিবা নুপী লানগী সিস্পেথি মুভমেন্ট অদুদা মহাকনা অচৌবা শরুক য়াখি।

**মেলাগী সেক্রেটরী অমদি ধারা ১৪৪ থুগাইবা :—** ইং শোক ১৯৫১ দা গান্ধী মৈদানদা তৌখিবা গান্ধী মেলাগী সেক্রেটরী ওইখি। মেলা অদু থিংননবগীদমক সরকারনা সি, আর, পি, সি, গী ধারা ১৪৪ জারিবা মতমদা মহাক্লা লুচিংদুনা মুথ ৱার্করশিংনা ধারা ১৪৪ থুগাইদুনা আন্দোলন তৌখি। আন্দোলন অদুদা মুমিং ৪ (মরী) নি জেলদা লৈখি। সরকারনা ধারা ১৪৪ জারিবা লৌথোক্লবা মতমদা জেলদগী থোকলকখি। গান্ধী মেলা মপুং ফানা পাংথোকখি।

**কেম্প ইনচার্জ :—** ইং শোক ১৯৫১ দা হিন্দুস্তান-পাকিস্টানগী ইরাংদা পাকিস্তানগী রিফিউজীশিংগী রিলিফ পীনমবগীদমক কংগ্রেস রিলিফ কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা মারৱারী ধর্ম্মশালাদা মী ১৫০ (চামা

য়াং খৈ) য়োম থা ৩ (তাহুম) চুপ্পা চান থক্লনবা অমদি মক্তি মতোল পীদুনা কেম্প ইনচার্জ ওইনা লৈখি। মীয়ামদগী পৈশা থায়দুনা রিলিফউর্কশিংদা পীখি।

**ফ্লাইড রিলিফ কেম্প ইনচার্জ :** – হায়রিবা চহী অসিমক্তদা জোনাল্রোন হায়কুলদা কংগ্রেসনা, বিহারগী ফ্লাইড রিলিফ মিসনগী ডাক্টর-শিংনা ইনভাইট তৌরগা স্কুল অসিদা কেম্প তৌদুনা মণিপুরগী মমিং তাও-রবা মীয়াম লাইয়েংখি। মদুদসু মহাক্না কেম্প ইনচার্জ ওইনা সেবা তৌখি।

**এডহোক কমিটিগী প্রেসিডেন্ট :** — ইং শোক ১৯৫৪ দা ওল ইন্দিয়া কংগ্রেসনা য়ুথ কংগ্রেস অসি কনষ্টীটিউসনেল বোডী অমা ওইনা লৈরবদা অহানবমক্তদা এডহোক কমিটি অমা শেমখি। মহাক্না এডহোক কমিটি অদুগী প্রেসিডেন্ট ওইখি। মতুংগী ইলেক্সন অহুমলক কাওবা ময়াম্না মহাকপু খনদুনা থংনা থংনমা টাম অহুমলক প্রেসিডেন্ট ওইনা ইং ১৯৫৮ ফাওবা থবক পুহনখি।

**কেণ্ডিডেট :** — ইং শোক ১৯৫৭ তা তৌখিবা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী ইলেক্সনদা কংগ্রেস কেন্দিডেট ওইনা শগোলমাং কেন্দ্রদা লেপখি। কাবা ঙমখিদে।

**পোলিটিকেল সফরর এসোসিয়েশন :** — মহাক্না ওর্গেনাইজ তৌদুনা মণিপুরগী সফরর এসোসিয়েশন অমা শেমখি। মহাকপু সেক্রেটরী ওইনা হাপখি।

**ষ্টেটহুড আন্দোলনদা জেলদা লৈবা :** — ইং শোক ১৯৭১ দা কংগ্রেসনা তৌবা ষ্টেটহুড আন্দোলন অদুদা শ্রীসিংহসু শরুক য়াখি। আন্দোলন অদুদা মহাক মুমিং হুন্নি পলেল জেলদা লৈখি। অমুক তৌনা কংগ্রেস পার্টিগী লেভেল কয়াদা থবক তৌরকপনা ইং ১৯৭৮ দা ভারতা কংগ্রেস অনি খোক্লবদা শ্রীমতি ইন্দীরা গান্ধীনা লুচিংবা কংগ্রেসতা য়াওখি।

অমসুং মহাকসু মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী জেনরেল সেক্রেটরী হাপখি।

**সোসিয়েল সার্ভিস :—** ইং শোক ১৯৭৬ তা খগেন্দ্রজীৎ সিংহনা লুচিংহুনা শেমখিবা মৈতৈময়েক থোগল মরুপ্তা মহাক ৱার্কীং কমিটিগী মেম্বর ওইখি। মৈতৈ ময়েক এল: পি: স্কুল, মৈতৈ ময়েক এম: ই: স্কুল অমসুং মৈতৈ ময়েক হাইস্কুলগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমনি। হায়রিবা স্কুল অহুম অসিগী ওঙাম্ব ওইরকই।

**সেক্রেটরী : —** মৈতৈ ময়েক থোগল মরুপা "পলেম" হায়রবা মেগাজিন অমা কোংখি। মতুংদা অকনবা থবক তৌখি। মমৈথংদা মহাক্না মৈতৈ ময়েক থোগল মরুপকী সেক্রেটরী ওইখি। মৈতৈ ময়েক অহানবা অমসুং অনিশুবা ফোংহুনা মৈতৈ ময়েক শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

হিষ্টরিকেল রিসর্চ কমিটীগী এসিষ্টেণ্টে সেক্রেটরী ওইখি। ইম্ফাল আর্ট কলেজগী ফাউণ্ডর মেম্বরনি। ইং ১৯৭৪ দগী ভাইস প্রেসিডেণ্ট ওইখি।

**ষ্টুডেণ্ট ইয়ুনিয়নগী প্রেসিডেণ্ট :—** ইং ১৯৫১ দা মহাক্না প্রেসিডেণ্ট ওইহুনা ওল মণিপুর ষ্টুডেণ্ট ইউনিয়ন শেমখি। মহাক্না লুচিংহুনা হাইস্কুলগী ছাত্রগা কলেজগী ছাত্র-ছাত্রিশিংগা অমসুং ওজাশিংগা লৈনগদবা মরী ফজনা থম্বা শেমখি। ইয়ুনিয়ন অসিগী কনষ্টীটিউশন শেমখি। কনষ্টীটিউশন অদুগী মতুং ইনমা ইলেক্সন্দা শ্রীসিংহনা থংনা থংননা অহুমলক কাখি। মাগী মতমদা ছাত্রগী অচৌবা আন্দোলন কয়া তৌখি লোয়ননা ছাত্র-ছাত্রী কয়ামরুম জেলদা চণ্ডখি। আন্দোলন লোইরবা মতমদা মথোয়বু থাদোকখি।

**পণ্ডিত নেহরু লেংলকপদা ওকপা :—** পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা ভারতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রী ওইরিঙৈদা ইং ১৯৫২ মণিপুরদা অহানবা ওইনা লেংখোকললকখি। শ্রীসিংহনা লুচিংহুনা ওল মণিপুর ষ্টুডেণ্ট

ইয়ুনিয়ননা য়োনষ্টোন স্কুলদা পণ্ডিতজীবু ওকখি। অসুম থৌনা ইং ১৯৫৫ কাওবা ইয়ুনিয়নগী প্রেসিডেন্ট ওইখি।

**কো: ওপ: সেক্রেটরী :**— শ্রীসিংহ অসি কো: ওপরেটিভ আন্দোলনদসু থবাক য়াওরকখি। মহাক প্রাইমারী কো: ওপরেটিভ সোসাইটি অনিগী সেক্রেটরী ওইরকখি। ইং ১৯৫১ দা মহাক্না ওর্গেনাইজ তৌদুনা মণিপুর ষ্টেট কো: ওপরেটিভ ইয়ুনিয়ন শেমখি। মথৈথংদা চায়-খিবা ওর্গেনাইজেশন অসি ভারত সরকারনা রিকোগনাইজ তৌখি। অমসুং ভেংবাং পীখি। থরা লৈরগা মহাক্না ইয়ুনিয়নদগী পোথখি।

**কো: ওপ: য়ু: জে: সে:** — মথৈথংদা ইং ১৯৬৮দগী ইলেক্সনদা কো ওপরেটিভ ইয়ুনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। মহাক থংন থংনদা টাম অহুমলক জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। ইং ১৯৭১ দা নিউ দিল্লীদা তৌখিবা ৬ শুবা ভারতকী কো: ওপরেটিভ কংগ্রেসতং শরুক য়াখি। মহাকী প্রোপোজেল কয়া ইয়ুনিয়ননা পাস তৌখি অমসুং নেশনেল কো: ওপরেটিভ ইয়ুনিয়নগী জেনরেল মিটিংদসু মণিপুরগী রিপ্রেজেন্ত তৌদুনা য়াওখি। গভর্নিং কাউন্সিলগী ইলেক্সনদা ভারতকী ইয়ুনিয়নদা টেরিটোরিশিংগী মীহুৎ অমা ওইনা মহাকপু কাউন্সিলদা মেম্বর ওইনা খনখি।

**ইষ্ট ব্লোক কো: ওপ: কী কনভেনর :**— ইং ১৯৬০ দা ইম্ফাল ইষ্ট ব্লোকী কো: ওপরেটিভ সুপরভাইজিং ইয়ুনিয়নগী হুমিৎ ১৫ (তরামঙা) নিগী কনভেনর ওইখি। মহুৎগী মতুংদা সার্ভিস কো: ওপরেটিভ ৮ (নিপাল) ওর্গেনাইজ তৌদুনা রেজিষ্টার তৌহনখি অমসুং লোনগী দরখাস্ত থাহনখি।

**ইডিটর্ ঃ** — শ্রীসিংহনা ইডিটর ওইদুনা কো: ওপরেটিভকী পো-ভেন্সিয়র অমা পুখোকখি।

**কলা অমসুং সংস্কৃতি ঃ** — কলাচম অমসুং কলাগী মাইকৈদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা থবাই য়াওবা মীশক অমা ওইরকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা ঈশৈ নোংমাই তৌদুনা মুপামতা পাল্লানচিংবা য়াওরকই।

অপোকপদা অঙাং ওইবা থাং — তা চংনবা য়ানা ঙম্মখি। হোমগার্ডকী মেম্বর অমা ওইবগা লোয়ননা প্রচার তৌখি।

**ভারত সেবক সমাজগী সেক্রেটরী ঃ** — মহাত্মা গন্ধী হোৎনজদুনা ভারত সেবক সমাজগী লেবর ইউনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি।

ইং ১৯৬২ দা চিনানা ভারতা লান্দাবকপা মতমদা মতম অদুগী হোম মিনিষ্টর জি, এল, নন্দানা ভারত সেবক সমাজগী ভলনটিয়ারশিংগী মতেং দরকার ওইরে হায়না লাউথোকপা মতমদা ভারতকী মগুংদা লদাক্তা চত্তুনা ভারতকী জবানশিংনা চিনাগা লান থেংনবদা মতেং পাংনবরগীদমক সহি তৌনবদা অহানবা মীশকনি। লেবর ইউনিয়ন অসিনা ভলনটিয়ার ৫০০ (চামঙা) গী সহি তৌদুনা মিনিষ্টরদা থাখি। মদুনা ভারতকী ওইবা অহানবা থবকনি। শ্রীসিংহ সমাজগীদমক্তা কখোল্লবা মীশক অমনি। অমসুং ফিদম্মনিংঙাই ওইরবা মীশক অমনি। মণিপুর সরকারনা অসিগুম্বা মীশক অসিবু য়োকখৎনবা হোৎনবিগদবনি।

শ্রীলাইখুরাম ইবোবী সিংহ

## শ্রীগুরুময়ুম ইবোপিশক শর্মা

(রাস থারী)

শ্রীগুরুময়ুম ইবোপিশক শর্মা ইং ১৯২০গী লমদাগী পাক্লগলকপা,

৫ নি পানবদা পোকই। অপোকপগী মিংনা ইবোতোম্ম শর্মা কৌই অমসুং অপোকপীগী মিংদি অরিবম নিংঙোল গুরুবমুম ওংবী তোম্বী দেবী কৌই। অপোকপা অপোকপী অনিমক কলাকার ওাক্তনি।

**জগোই তম্বা : —** অপোকপা ইবোতোন ময়াম্মা ওাক্তাবা হায়না খংনগ্নবা, অহল অসিগী মমিং লৌছনা চিংঙা মথক ওাক্তাবা লৈকাই হায়না কৌগ্নবা অসিদগী চহী ৭ রোম গুরকপা মতমদা জগোই তম্বা হৌখি।

**কৃষ্ণ শাবা : —** অঙাং ওইরিঙৈদা কৃষ্ণ ৬, ৭ লক শাখি। অকোন-বা জগোইগী কৃষ্ণ শাবদা মহারাজ চূড়াচাঁদনা পেনবিত্নুনা কোকথোন মনা ওইনা পীবিখি।

**য়ুমপানবা : —** চহী ২০ গুরকপা মতমদা চৌদ্রিময়ুম নিংঙোল একাশিনী দেবীগা য়ুম্বানবদা থোংদামিন্নখি। অঙাং নুপা ৫, নুপী ৩ পোকই।

**পুং তম্বা : —** আজ্ঞা অতো শর্মাদা পুং তম্বা হৌখি। মথংদা সনাখ্যা হিগোক স্নাদা পুং তমখি। অপোকপগী মতুং ইন্দুনা জগোই বাস তম্বীবা য়াওরকই। শর্মাগী ওজাদি গৌরচন্দ্র শর্মানি।

**গোবিন্দগী রাসধারী : —** গুরুনা থুপগ্রবদা গোবিন্দগী রাসধারী ওইখি। লোইনন্না অপোকপনা থুপখিবগা মণিপুরগী লমদম কয়ামরুমদা অপোকপগী মহুৎশিনবা ওইনা জগোই তম্বা হৌখি। মচা ইবেম্মা তম্বা-স্নানা নৃতরাসকী কৃষ্ণ শাবদা জগোই তম্বীখি। জগোই অ'সদা কলিকতাগী ক্লাওরবা উদয় শঙ্করসু ভাবক ওইখি। গুরু অমুদোন শর্মাগী মতম শাংনা তুং ইন্দুনা জগোই তমখি অমসুং তম্বীখি।

**গোষ্ঠ : —** গুরু নিংথৌজম থম্বৌ সিংহনা গোষ্ঠ লীলা তম্বীবদা তুং ইন্দুনা তম্বা অমদি তম্বীবা য়াওরকখি।

**মনা মথুম : —** মহারাজ বোধচন্দ্রগী স্না হাক্তক্তা থামোই চপা,

রেশম কুরিৎ, স্না খুজি, ভাল, লমথাং পুলাকনচিংবা কংথি।

**প্রিন্সিপাল :**— গোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গী প্রিন্সিপাল চহী ৭/৮ লোম পুরকখি। লোয়নমা জগোইগী ডিরেক্তর কয়া তৌখি।

**গুরু :** — জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী সিনীয়র গুরু ওইরি।

**উপাধি :**—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইকায় খুম্নবা উত্তুনা ১৯৭৯ দা "নৃত্য রত্ন" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

**ষ্টেট এৱার্ড :** — মণিপুর ষ্টেট কলাএকাডেমীনা অখোইবা কলাকার অমনি হায়না ১৯৮০ ইংদা ষ্টেট এৱার্ড পীখি।

**লম কোয়বা :** — উরিষ্যা, বোম্বে, আগরতলা, আসামনচিংবদা মৈতৈ জগোই শন্দোকপদা শরুক য়াখি।

**সেবক :** — সেবক থরগী মমিং মথাদা ইরি।

১। কোইজম ইবোতোম্বী সিং শন্দংখোং ২। উচিবা ইমু ৩। গম্ভিনী ৪। থোৱানী শাবী, ৫। তম্পাকলৈমা, ৬। লৈরেনতোম্বী, ৭। বলদেব শর্ম্মানচিংবনি।

শ্রীগুরুময়ুম ইবোপিশক শর্ম্মা

## শ্রীমতি থোঙাম জাহ্নবী দেবী

(সুত্রধারী)

শ্রীমতি থোঙাম জাহ্নবী দেবী শকাব্দ ১৮৪৭ কী পোইন্সু থাগী ১৭ নি পানবা ঈরাই মুমিত্তা পোকই।

অপোকপগী মমিং থোংঙাম থমবোজাও সিংহ অমস্তুং অপোকপীগী মমিংনা নিংথোজম থম্বালঙৌবী দেবী কৌই। শ্রীমতিগী মচিন মনাও স্পী তাঙ্কা তরুক পোকই, শ্রীমতিনা য়াইমনি। অপোকপা মণিপুর সরকারগী

ডি. সি, গী লোয়নগুদা কর্ম্মচারী অমা ওইরম্মী। ৮ লোয়নবা খোংদাং কৈলেকশী গভর্ণমেন্ত ইউ, কে. গী খুদোলগী ফাউওরম্মি।

শিক্ষা : — অশোকপমা মূমদা ভর্তীহুনা প্রথম শ্রেণী ফাওবা তমখি। নিংখিজনা ইবা পাবা ওমই। অশোকপমা গৌরীয় ধর্ম্মবু খুংশিজবা অহুগী নিংখিজয়বা মমি অহু শ্রীমতিদা তারম্মী।

কৃষ্ণ শাবা : — শ্রীমতিনা মশাগী চহী ৭ শুমকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ শাখি। ভর্তীখিবা ওজাদি কৈশামখোংদা লৈবা আজ্ঞা গৌরচন্দ্র শর্ম্মানি।

কলাবিদ্যা : — শ্রীমতিগী আদি গুরুদি শ্রীলোংজম ৮ কামদেব সিংহনি। ওঝা অসি নট সঙ্কীর্ত্তনগী মখিং লৈরবা ওঝা অমনি। শ্রীমতিনা চহী ১৪ শুরকপা মতমদা অহুরাইদদি লৈবাক্তা শকথঙ মাইথঙলবী মীওই অমা ওইখি। বাসক, খুবাক ঈশৈ, শনশেনবা, উতুখন, গৌরলীলানচিংবা তোঙান তোঙানবা কলাবিদ্যাগী লমদা খোংদারকখি অমসুং মায় পাকখি। নন্দরানী, ব্রজরানী, শচীমাতা, তারা, মধুমতি, সরস্বতী, গোপীনচিংবা শক্তম লৌখি। সুবলবেশ, নিমাই সন্ন্যাসনচিংবা অমদি গোষ্টদা মরু ওইনা শক শোল্লি। নারীবেশ, যোগীবেশ, সনাতন সঙ্গনচিংবা ঈশৈ লুহোং খোংদোংবদসু শক শোল্লি।

মনা মথুম : — নৌরিঙৈ মতমদা মকম কুয়ালগী মনা অমদি লুপাগী মেডল কয়া ফংখি।

সমাজ সেবা : — শ্রীমতিগী চহী ৫৫ শুরে। হলিদল অমদি লালসা পালানচিংমা মপুং ফারবা দল অসিনা মাইকৈ অসোমগী সেবা কংজখি।

আকাশবানী : — শ্রীমতি অসি আকাশবানী ইম্ফালগী কলাকার অমনি।

সুত্রধারী : — শ্রীমতিনা নিংথৌজম ৮ ইবেমনী দেবীগী মরুমক্তা

শক্লাইবশিংগী পুন্সি ৱারী

সূত্রধারী তমখি। শ্রীগুরুমহুম ইবোপিশক শর্মানা মরু ওইনা মীয়ামদা শকথঙ মাইখঙ হুমখি।

মুম পানবা ঃ— শ্রীমতিনী চহী ১৭ শুরকপা মতমদা শ্রীখুম্বোংমহুম ৮ বাবু সাহেব কা লোয়ননা খুম্বালরগী লম্বীদা খোংথাখি। মচা মুপা অমত্তা তাংনা পোকই। মখুং মতম চাদনা লৈখিদ্রে।

শ্রীমতি খোঙাম জাহ্নবী দেবী

## শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপাল সিংহ

### প্রিন্সিপাল, জে, এন,এম, ডান্স একাডেমি

### ( নৃত্য কলাকার )

শ্রীরাজকুমাব প্রিয়োগোপাল সিংহ ইং ১৯১০ দা পোকই। অপোক-পগী মিংনা ৮ সূর্য্যবরম্না অমসুং অপোকপীগী মমিংনা খোকচোম নিংথৌল মাইপাকপী দেবী কৌই। মচিন মনাও ৫ পোকই। শ্রীসিংহনা মুপা ৩ গী অহলনি।

**শিক্ষা ঃ**— ইং ১৯৩২ দা কোটন কলেজ গৌহাটিদা শিক্ষা ফংখি। কোটন কলেজ অমসুং আলি কলেজ অনিনা ফাইন আর্ট কম্পিটিশনদা নটরাজ হায়বা মিংথোল অসি পীখি। মহা ওইরিঙৈদা থাং, তা, মুক্না কাংজৈনচিংবা তমখি।

**জগোই তম্বা ঃ**— লাইরিক তম্বা তোল্লবা মতুংদা মপাম্বুংদা জগোই তমখি।

**জগোই ফাংনবা ঃ**— অহানবা ওইনা আজ্ঞা পরীক্ষাগী মাগুবতা লৈখিত্রবা শান্তিকিশর শর্মাগা জগোই ফাংনখি। মথংদা কোম্বুংদা মহারাজ চূড়াচান্দগী মা মাংদা অমুক জগোই শাখি।

শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপাল সিংহ

পার্টি শেম্বা : — মমৈ বংলা পার্টি শেমগুনা এম, ভি, ইয়ু, অমসুং এরিয়ান হোলদা জগোই শাখি।

অজিংগী মতুংদা অশৈবা ৮ মনিক সিংহনা লুচিংদুনা পার্টি অমগা শেমখি। মদুগী মেনেজরদি শ্রীনিংথেমজাও সিংহ কৈশাম্বপান্ডা লৈবা ওজা অসিনা মেনেজর ওই। পার্টি অসি মুপা ৮ না শাবনি। অপর আসাম গোলাঘাট, যোরহাট, শিবসাগব, ডিব্রুগড়, নাওগাঁব, হাইলাকান্দি, করিমগঞ্জ, গৌহাটিনচিংবা মফম কয়াদা জগোই শাখি। মথক্তা হায়বিবা লমশিং অসিদা জগোই শাবা অসি ইং ১৯৩৪ দনি। জলপাইগুবি মেলাদা মৈতৈগী অশেংবা রাস, সংকীর্তন পুদুনা চৎলি। পাটি অসিদা শ্রীমতি হাওবম ওংবী ভাংবী দেবী, শ্রীমতি থম্বালঙৌ দেবীসু য়াওই। বেঙ্গলগী অফাওবী কাবয়ত্রি অনুরূপা দেবী কলিকতাদগী লাক্তুনা জগোই য়েংখি য়াম্না থাগৎখি।

রবিন্দ্রনাথ ঠাকুবগী পুংয়ৈবা : — কলিকতাদা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুবগী ময়ুমদা শ্রীমতি ঠাকুরনা কৌদুনা রাজকুমাবগী মপাবুনা পুং য়ৈবা অমা ওইনা ওঝা ওইবা চৎলি। মদুদা শ্রীরাজকুমারসু মপাবুংগী থোগল তৌবা ওইনা চৎলি। ইহান হাননা কালকতা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মমাংদা জগোই শাই। আজ্ঞা ওরেম্না পুং য়ৈ লোয়ননা বোলগী শ্লোক খি। শাবিবা জগোইনা রুদ্র তালনি, মথংদা কৃষ্ণ শাই। রবি ঠাকুরনা জাগোই অদু য়াম্না নিংথিনা মিংয়েং তাবিখি। প্রেম্না থুমহন্দুনা ঠাকুবগী মমিতগী পি শিন্দুখি।

ডান্স ড্রামা : — রবিন্দ্রনাথনা ইবা লাইরিক কয়া ডান্স ড্রামা ওইনা শাই। শ্রীমতিনা নৃত্যকলাগী বিদ্যালয় লিংখত্তুনা মৈতৈ জগোইগী ক্লাস নাইনা তম্বীবা হৌখি। বিদ্যালয় অসিদা মিস লাইটি, শ্রীসিংহগী মপাবুংগী ইহান হানবী ছাত্রীনি। অসি ইং লোক ১৯৩৫ ...

বানি। চন্দ্রী ও চুপ্পা বিদ্যালয় অসিগী ওঝা রাজকুমারগী মপাবুংনা ওইখি। থরা লৈরগা ছুটি থাহুনা লেংখোকখি।

**সাউথ ইণ্ডিয়া, শ্রীলংকা কোয়বা:—** শ্রীপ্রিয়োগোপাল স্নানা কবি ভল্লানাথনা লিংখৎপা কেরলা কলা মণ্ডলদা লাইট ফুটনা কৌহুনা কথাকলি জগোই শাবা শিবরামগা লোইননা পার্টি অমা শেমহুনা সাউথ ইণ্ডিয়া, শ্রীলঙ্কা কোইরুই।

মপাবুং কায়নবা: — অমুক কেবলাদা হল্লকপা মতমদা মপাবুং লৈত্রে কায়না টেলিগ্রাম অমা লাক্কুনা শ্রীসিংহ 'মনিপুরদা থোক্লকখি। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শোনবা লোইরবা মতমদা অমুক চৎখিবদা শ্রীমতি ঠাকুরগী স্কুল প্রিয়োগোপাল স্নানা পুখি। লাইশ্রমগী ঙঝা পুংয়েবা পুশিন্দুনা মতাক-পুস্থ ওঝা ওইহনখি। অহমদাবাদ, লক্ষ্ণৌদা মথং মথং জগোই উৎখি।

**ফাইন আর্টিশ ইনষ্টিটুট লিংখৎপা:—** অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লোইরহুনা লাল হঙ্গিললকপা অতুবাইদা মণিপুরগী মকম কয়াদা মাগুব থন্দুনা হোল শাহুনা জগোই শাখি। অস্তুম তৌহুনা তানবা শেলনা ফাইন আর্টিশ ইনষ্টিট্যুট জগোই, ঈশৈ, পুং, থাং-তা লোইননা জেনরেল এডুকেশন ক্লাস আইট ফাওবা ওম্নবা শিন্দম শঙ অমা লিংখৎখি। মসিনা মণিপুরগী অহানবা মওংগী সংস্থাননি। শিন্দম শঙ অসিগী মমিং "প্রেসি-ডেন্সিএল শিন্দম শঙ হায়স্কুল থোনখি।

**ভারতীয় বিদস ভবন:—** ইং শোক ১৯৪৪/৪৫ গী ময়ুংদা মণিপুরদা তৌবা যাবা থবক তৌবগা ইং ১৯৪৬ ময়াইরাইদা শ্রীমতিনা কৌহুনা কলিকতাদা চৎখি। বোম্বেদা জগোই উৎপা চৎখি। শ্রীরাজকুমার বোম্বেদা লৈহৌরে। মতাং অসিদা শ্রীমতিগী থবক থাদোক্কুনা মুন্সীজীনা লিংখৎপা "ভারতীয় দিবস ভবন" দা ময়াই ক্লাস হাংহুনা জগোই তম্বীবা হৌখি। বোম্বেদা "কংসবধ" ডান্স ড্রামা পুখোকখি।

শ্রীরাজকুমারনা পৃথিবী অসি ইমুং মন্নুংগুম্না তোংবন তিল্লরুনা লৈবা লোয়রনবা অমগা অমগী মনাং, জগোইনচিংবা উজবা অমদি তমজবা, লোয়রনবা পৃথিবী শিনবা থুংনা মৈত্তৈ জগোই শন্দোকপা পায়রূখি। "উচুক্কা লাইনিং কনবগী থমরাংচাক ওল্লি"। হায়বগুমনা বাজকুমারগী অনিংবা থুংখি। "মীনা নিংবনা অমা ঈশ্বরনা শিনবনা অমা" হায়রুনা মাগী অনিংবা পুন্নমকতি থুংখিদে। থৌজাল হৈরবা ঈশ্বর মানা পুন্সিগী চেংজেং ওইনবা থম্বীখি।

**পৃথিবী কোয়বা :—** ইং শোক ১৯৫০ গী মে থাদা বোম্বেদগী জহাজ তৌংরুনা অষ্ট্রেলিয়া, নিউজলেণ্ডদা খোংশানখি।

**ইণ্টর নেশনেল কনসর্ট কনফরেন্স :—** মতম অতুদা অষ্ট্রেলিয়াগী পার্ট ইউনিভর্সিটিদা কেণ্ডিডেট মী লিশিং লিশিং তিনবা ইণ্টরনেশনেল কনসর্ট কনফরেন্সতা তুমিং ১৫ নি লেকচর কম ডিমোনস্ট্রেশন অমসুং কুম্মৈ কয়া উৎলি।

**জাপান্দা লৈবা :—** মথংদা জাপান্দা লাক্লে। লম্বীদা বোর্নিও, মনিলা (ফিলিপাইন), হোং-কোংদা জগোই উত্তুনা জাপান্দা চহী অনি লৈখি। কোরিয়াদা লান কনবনা চংবা য়াদত্তুনা কুম্মৈ উত্তুনা জাপান্দা হল্লকখি। মী লিশিং ৬ চনবা সিমবাসি এম্ফুজোদা তুমিং ৭ নি কুম্মৈ তৌই। জাপানিক ছাত্র-ছাত্রী ৭৫ দা তম্বীরুনা "হেলোই বেলে" তৌই। লোইননা রাস সঙ্কীর্ত্তন, খুবাক ঈশৈনচিংবা উৎলি। ষ্টুডিও রাইত্তুনা মৈত্তৈ জগোই ক্লাস নাইনা চথে (তম্বী)।

**মোর্ডনবেলে :—** জাপান্দা লৈরিঙৈদা মখোয়গী কলচর উরকই অমসুং তমখি। "নো" ড্রামা "কবুকি" "বুন্রাকো" গাইশাগী জগোই মথল কোক শোং, ফোক ডান্স, অম্নুমো (মুক্রা), যুদো, করাতে, মোর্ডন বেলে অসিনচিংবনি। অখোংবা, অরেনবা যন্ত্রশিং — কোটো, সামসেন্

বাঁশী মখল অমা অসিনচিংবা শিংথাবা য়াই।

**জর্ণেলিষ্টশিংগা উনবা,**— মামা চৎলুবা অনৌবা লৈবাক খুদিংদা প্রেসমেনশিং, জর্ণেলিষ্টশিং অমদি অচৌম তোংবা মীশিংগা উনহুনা শকখঙ মায়খৎনবা অনৌ অনৌবা খবর পায়খৎপা, ষ্টুডিও বাইহুনা প্লাস তৌবা, 'লেকচর ডিমোনষ্ট্রেশন তৌবা রেডিও ইন্টরভিউ অমসুং বারী বাতাই শায়বা অসিনচিংবনি। মামা তম্বীবা ছাত্রশিংনা হৈরবা মতমদা শো উৎপনচিংবা তৌই। পৃথিবীগী ওইনা লিংখৎপা সংস্থান কয়াদসু মেম্বর ওইনা য়াওখি।

**আমেরিকা চৎপা :** — ইং শোক ১৯৫৪ দা আমেরিকাদা চৎখি। কনাডাগী ভান কোভর, ওটোবা, মোনট্রি, এলদা কুম্মৈ উৎলগা নিউয়োর্কতা হনখি। থা অমা ইণ্ডিয়া এম্বাসী হোল বাইহুনা জগোই তম্বীখি। মথংদা ষ্টুডিও বাইহুনা তম্বীখি। ইউ, এস, এগী মফম অয়াম্বদা মিয়ামি কালি-ফোর্নিয়ানচি বদা উৎখি। ব্রাজিল, পানামামচিংবা মফম অয়ামবদা জগোই উৎখি। আমেরিকাদা লৈরিঙদা কুম্মৈ অমা "কারনাইকেল" হোলদা উৎখি। মসিগী প্রধান অতিথি ডাঃ রাধাকৃষ্ণননা ওইবিখি। ম্যুনিক্তা ইন্টরনেশনেল বেলে অমসুং অতৈ জগোই যুমিং ৭ নিগী কনফরেন্স অমা তৌখি। মহুদা রাজকুমারসু জগোই শাখি।

**ইণ্ডো জর্ম্মন সোসাইটি :** — মথংদা ইণ্ডো জর্ম্মন সোসাইটীনা শিল্লাংহুনা জর্ম্মন সরকারগী ফোক্স বার্কস বিল্ডিংনা স্পোন্সর তৌহুনা জর্ম্মনগী শহর অমদি খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা জগোই উৎখি। মথংদা পেরিস, লণ্ডন, হোলেণ্ড, বেলজিয়ম, ডেনমার্ক, সুইডেন, অষ্ট্রিয়া, ইটালীমচিংবা মফমশিংদা কুম্মৈ উৎখি। মফম মফম খুদিংদা মৈতৈ জগোই, লেকচর, ডিমোনষ্ট্রেশন য়ামা তৌখি।

**মুমদা হন্নকপা :** — জর্ম্মনদা কুম্মৈ কয়া উৎলিঙৈদা

ঝুমদগী মমাল্লিজ উনহৌরো হায়ত্তুনা অকনবা টৌজিগ্রাম লাক-খি। থিজ্জনা মণিপুর য়োৗরকখি। মণিপুরদা য়োৗষল্লবা মতমদা ময়ুমদা হায়কপা তৌরা টৈলিগ্রাম ওইরম্মে।

**কাইবিরোল লিংখৎপা :**— মৈতৈ পুয়া থিগত্তুনা মৈতৈ ময়েক চৎনবা" কাইবিরোল" লিংখৎখি। থা ১ মুন্নিং ২০ চুপ্পা পুয়াম ময়াম পুখত্তুনা পুয়া কৈথেল কাহনখি। হায়রিবা থৌরম অসি থাংমৈবন্দ খুয়াথোং ময়া হৈবোং মখোঙ লম্পাক্তনি।

**প্রিন্সিপাল ওইবা :**— ইং ১৯৬৯ দা শ্রীবালেশ্বর প্রসাদ চিফ কমিশনরনা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক হাপখি।

**বেলেগী ডাইরেক্ট :**— রাজকুমার অসিনা মখাগী বেলেশিং অসি পুথোকখি। ১। হেলোই ২। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র ৩। কবুই কৈওইবা ৪। মংশং ৫। পাম্ভোইবী অসিনচিংবনি।

(১) হেলোই অতোম্বীগী মতুং ইন্দুনা মোংয়াম্বনা স্বর্গ কানবা হোং-লখি। শিরবা মতুংদা মখাইনা স্বর্গ কাখি। ২। গোবিন্দ নিরুপন তৌবগী ৱারীনি (৩) তান্ত্রিকী মতিক মগুন উৎপনি। তান্ত্রিক মণিপুরদা লৈরম্মী হায়বা উৎপনি। (৪) তোনশেন ওম্বনা লমন খুম্বগী ৱারীনি। (৫) পাম্ভোইবী মতিক মগুন উৎপনি। হরাওবা কনাগী মতমদগী হৌদোকখিবগে হায়বদু তাকপা বেলেনি।

**উপাধি :**— ১৯৭৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্‌না ইকায় খুম্নবা উত্তুনা "নৃত্য গুরু" হায়বা উপাধি অসি পীখিখি।

**ষ্টেট এৱার্ড :**— ইং ১৯৭৯ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা মণিপুরগী মশক নাইবা কলাকার অমনি হায়না ইকায় খুম্নবা উত্তুনা লুপা ১০০০। (লিশিং অমা) গা তাম্র-পত্র অমগা পীখিখি।

**নেশনেল এৱার্ড :** — ইং ১৯৮১ দা সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা অথোইবা মণিপুরী বেলে প্রোত্সর অমা ওইনা ইকায় খুম্নবা উত্তু না মনা লুপা ৫০০০। — (লিশিং মঙা) গা লোয়ননা তাম্র-পত্র অমগা পীবিখি।

**সেক্রেটরী :** — জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী সেক্রেটরী কম প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরম্মী।

শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপাল সিংহ

## শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মধু সিংহ

(মাইবা/অইবা)

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মধু সিংহ শকাব্দ ১৮২৪ গী মেরা থাগী পানথংলকপা ৮ নি পানবদা পোকই। পোক্লকম লমদম কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাইদনি। অপোকপগী মমিংনা গোপাল সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা থাবল কোই। ময়াম্বা অমা মচে অনিগী মথৎদা ওজা অসি পোকই।

**শিক্ষা :** — চংনবা য়ানা ইবা পাবা হে।

**তবলা য়েবা তম্বা :** — কোংবা নোংথোম্বম লৈকাইদা লৈবা মোইরাংথেম চাওবা সিংহ ওঝা অসিগী মফমদা বোরিত্তুনা তবলা য়েবা তমখি। লোইননা সিতার খোংবস্থ তমখি।

**য়ুমপানবা :** — ওজা অসি নৌনা য়ুমপান লম্বীদা খোংদাখি। লোইনবীগী মিংনা তিঙ্গোং দেবী কোই। মচা নিংঙোল অনি পোকই।

**সিতার/ঈশৈ তম্বা :** — শ্রীমাইস্নাম ৮ থম্বো সিংহ শগোলবন্দ লৈবা ওঝা আসদা সিতারগা লোইনমা ঈশৈ শকপা তমখি। মোইরাংথে ওজা চাওবগী ময়াম্বা তোনসাজৌ সিংহগী মফমদা আসাম শামা গুরী

ষ্টেশনগী অসমিয়া অমদা দুর্গা পূজাগী জগোই শাবিয়ু হায়রবে চত্তবা য়াম্রে হায়খি।

চূড়াচাঁদ মহারাজগী মমাংদা জগোই শাবা :— জগোই শাবা চত্তবা য়াদবা মতাং খোকপদগী আসামদা জগোই শাবা চৎচগে হায়-দুনা মহারাজ চূড়াচাঁদদা দরখাস্ত অমা থাখি। শ্রীবুৎনা দরখাস্ত অদুবু য়াম্না মিংথোক তাবিরগা মনাই থায়ক্লুনা য়াম্না মাংদা জগোই শারনবা তাকপীখি। জগোই শারবা, ঈশৈ শরুবা মতুংদা মহারাজনা পেনবিদুনা য়াম্না খুৎ মক্লা মুমিৎ ২০ নিগী পাস অমা পীবিখি।

আসামদা জগোই শাবা চৎপা :— পূজাগী জগোই শাদুনা মুমিৎ ৫ নি চুপ্পা লৈখি। মথংদা অতোপ্পা মফম অমদা লুহোংবগী জগোই শাবিয়ু হায়না নেকপা লাকখি। মফম অদুদা লুহোংবগী জগোই শাবগা অহিং লেকখি। জগোই য়েংলিবা ভাবকশিংনা পেনবিদুনা মথং মথং জগোই কৌবিরম্মী।

লিন্ন চিকপা :— লমদম অদুদা জগোই শাদুনা লৈবিভৈদা ডুম অমা লিন্না লিক্লুনা রান্নবা মুপা অমবু মাইবা অমনা উনা-শিংনা, উরা-রারাতনা লাইয়েংদুনা মাগী মথাই বনবিখি। মতু উবদা লাইয়েং পামখি। ওক্সা অদুনা হরাও হরাওনা হিদাক লাংথক লাইয়েংনচিংবা তাকপীরকখি। লিননা চিকপগী লাইয়েং কাংলোন হিদাক্কা কোয়না তমবা অসিনা পাকিস্থানগী মফম অসিনা অহানবনি। থা অময়োম লৈদুনা লাইয়েংবা তমখি।

মথংদা করিমগঞ্জয়োমদা খোংশালকখি। মফম অদুদসু লুহোংবগী জগোই শাবা তাখি। ইমুং অদু মহাজন অমগী ইমুং ওইরম্মী। মফম অদুদসু লিননা চিকপা মুপা অমা থেংনখি। মফম অদুগী মাইবা অদুদা লাইয়েং অসিগী মরমদা ডুম্বা য়াবা কয়ামক্লম তমখি। মফম অসিদসু থা

অমা ক্লাইবা তাখি। ৩াইবা অনি অহুগী ক্লাইরেং কাংলোন খেন্নবা মঙং অহু খংলকখি।

**থানা-না-কোয়থি থিবা :**— হোজাই লংকা ষ্টেশনদা লৈরিবৈদা লমদম অহুগী মৈতৈ অমনা হংখি। নখোয় আসামদা লৈবা কয়া কুইরে। জগোই পার্টি অমা আসামদা দুর্গা পূজাগী জগোই শাবা চৎখিবদগী রাংগ্রে, হায়দুনা নিংথৌগী স্না য়াথংনা থানা-না-কোয়থি থিরি। থানানা শোয়দনা কারণা তারে হায়দুনা লেপ্পুনা চৎপনা থাকি কৌবা হাওখুল অমদা থুংখি। নোংঙালগা লেপ্পুনা অমুক লাকখি।

**শামু থেংনবা :**— জঙ্গলদা লাকপদা থংহৌদনা শামু শঙ্গু অমা থেংনখি। জঙ্গলদগী উতেক-বাতেক খোমজিন্দুনা মৈ থাবদগী শামুশিং অহু কায়দুনা চেনখি।

**কৈনা চিকপা :**— অতোপ্পা মফম অমদা জগোই শাদুনা লৈরিবৈদা মিকিব হাওচুপা অমা কৈনা চিক্নুনা শিরগদবা মাইবা অমনা লাইয়েংবা থেংনখি। জগোই কৌরিবা মহাজন অহুনা মাইবা অহুগা শকথং মাইথংনহল্লবা মতুংদা ওঝা অসিদা খন্দুনা লাইয়েংবা অসি তমখি।

**কৈ থেংনবা :**— মফম অসি থাদোক্নুনা অবাং পাংনা হায়গৎলকপা মতমদা বৈজাও অমা থেংনখি। বৈ উনবদি অহলশিংনা মিংথম হোংদনা মুল্লা য়েংদুনা লৈযু হায়না রাবী লিবা তাবিবদগী তৌরবনি। কৈ অহু ইথং থংহৌদনা জঙ্গলদা চো শিনখি।

**শঙম ওক্লবা :**—ওক্লা অ নি ঠা থা চং ম সি অগল লমনগী পাউরো "কৈ কিদুনা চেল্লগা শঙম ওকনৈ" হায়বহু চপ চানা থোকখি। লক্ষ্মীদা চীংমী কাংলুপ অমগা থেংনৈ। মখোইনা হায়খি — নখোইনা চৎকয়োরিল্লা লক্ষ্মী অহু শঙম লৈবনি শোয়দনা থেংনরগমি তাকপিখি। মখোইগী মরক্তগী চীংমী অমনা ঐখোয়গী থবাই হিংজনবা রাবী অমা

তাকপীখি। মহু কাউব্রবদি থোইদোকপা অবাবা ন.লোই হায়খি। হুমিং তারমদাইগী মতমনি। উমং অহুদা শওম ময়াম অমনা উদা তোংহুনা লৈবা থেংনরে, উ অহুহু মনা অমত্তা পান্দে। শওম ওব্লবদি নখুত্তা পায়বা থাং নত্রগা লৈপাক্তগী পোং, চৈ অমা লোখংলগা মখোইদা মুন্না য়েংলগা খুং য়েংনা থাং মকোক অহু খুউদা শুজিল্লু। মহু উরগা থাং মকোক নানখোক্লয়োই থব্দুনা কিহুনা চংলকপা ওয়োই। মহুমক তৌরুবদা শওম ময়াম অহু মমায় নোংথক্তা য়েংথত্তুনা লৈহৌই অমসুং জগোই কাংবু অসিদা থোইদোক অবা-অনা নংখিদে।

**মথল মথা কয়ামরুমগী লাইয়েং :**— অসুম লম কোয়রকপা মতমদা থাসিয়া মাইবা অমনা মথল মথা কয়ামরুমগী লাইয়েংলম্বা থেংনখি। হায়রিবা মফম অসি চেরা পুঞ্জিনি। ওজা মাইবা অসিনা লাইয়েংলিবা লাইনদি :— উনশা চাংৎপা, চেখাইবা, কুরোন হুবা, মহিকনা হাকচবা অসিনচিংবনি। ওজা অসিগী মফমদা চংহুনা শ্রীমধু সিংহনা মতম থরা থঙ্খি। মথক্তা পনগ্রিবা লাইয়েং অসিগী মবম তাক-পীরকখি। অতোপপা মফম কয়াদগী অতোপপা ৎঝা কয়াদা তোঙান তোঙানবা লায়নাগী লাইয়েংনবা খুদোং চাবা ফংখি।

**হঙোইনা চিকপগী লাইয়েং :**— ছটাক জিলাদা জগোই শাবদা লমদম অসিদা মুপা অমা হঙোইনা চিক্তুনা মাইবা অমনা লাই-য়েংবা থেংনখি। ওজা অহুদা থঙহুনা হঙোইনা চিকপগী লাইয়েংগা লোয়ননা হিদাক লাংথক তাকপিখি।

শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুরাচাঁদ সিংহনা বারকপীবদগী কিমন্দুনা চহী অহুম তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লোংপদগী মথক্তা লাইয়েং অসি ওজা মধু সিংহনা তমজহুনা হৈখি।

**সমাজ সেবা :** — "মৈতৈ হূকম লাইয়েংশঙ" রেজিষ্টার নম্বর ৯৪৩/১৯৭০ অসিদগী ওজা মধু সিংহনা প্রেসিডেন্ট ওইরি।

**সরকারনা মতেং পীবা :** — চীফ কমিশনারগী হুকুম মতুং ইন্না সেক্রেটরিয়েট মেডিকেল ব্রাঞ্চ গভর্ণমেন্ট অফ মণিপুরনা তাং ১২।২ ১৯৬৪ ইংদা লুপা ২৫০০।— (লিশিং অনিগা চামঙা) মতেং পীবিখি। লোয়ননা ওজা অসি ভারত সরকারনা মশক থংলবা "হু" গী লাইয়েংবা মাইবা অমনি।

**উপাধি :** — ইং ১৯৬৫ দা "অহানবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা" ওজাগী গুণবু শিংথানবা ওইনা "বৈদ্য শিরোমনি" হায়বা উপাধি অসি পীদুনা ইকায় খুম্নবা উংখি।

**লাইরিক ফোংবা :** —ইং ১৯৬৪ দা মৈতৈ ময়াই "হু"গী লাইয়েং লাইরিক অমা ফোংখি।

ইং ১৯২৯ দগী লাইয়েং অসিদা খোংদাদুনা প্রজাগী সেবা তৌবা হৌখি। নিন্না চিকপা মী ৬৬৯, অদুগা হুইনা চিকপা ২০৫২ শুপ্রে, হায়না ওজাগী রেজিষ্টার পুথোক্তুনা ঐঙোন্দ উংপিখি। ওজাগী মহুৎ শিনবা ওম্বা সেবক বয়ামরুম থোল্লবপা ওইসন্নু হায়না ঈশ্বরদা নিঙ্গরি।

## শ্রীএলাংবম অঙাহল সিংহ

(চুহার)

শ্রীএলাংবম অঙাহল সিংহ শকাব্দ ১৮৫১ মাস ৪ দিন ১৬ নোংমাইজিং ভুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং য়াইমবীসিং অমস্তুং অপোকপীগী মিংনা হুইক্সোম নিংঙোল ওবোবলৈ দেবী কৌই। মচিন মনাও ৪ পোকই।

পোক্কম লমদম সাং ছিয়াংলেম ময়াই লৈকাইদনি। হৌজিক য়াইস্কুল চিঙাখম লৈরক ইস্কালদা লৈরে।

**বিদ্যা তম্বা ঃ**—মশাগী চহী ৫ শুরকপা মতমদা বিদ্যারম্ভ তৌখি। চহী ১০ শুবকপা মতমদা মোইবাংখোম ইউ, পী স্কুলদা পরিক্ষা থাহুনা মঙাশুবা পাস তৌখি।

**কলাবিদ্যা ঃ** — অপোকপা অসি মীনা শবথং মাইথংলবা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ডুহাব অমা ওইখি। চহী ১০ শুরকপা মতমদা অপোকপদা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ ডুহারগী চোলোম তমখি। অঙাং ওইনা ঝ্‌লোন মুপা মচা পালা, গৌবলীলা, খুবাক ঈশৈদা পুক্লিং লুপখি। মরম অদুনা মথক্কী পালাশিং অসি যাওখি।

**ভক্তি কাব্য নচিংবা তম্বা ঃ** — নহা ওইনা লালসা, অষ্টকাল, স্মরন মঙ্গল খেলদা গোপালদাস অসিনচিংবা লাইরিক তমখি। লোইননা রাধা কৃষ্ণগী ভক্তি, রস কাব্য কয়া তমখি।

**ঈশৈ ফাংনবা ঃ** — মশাগী চহী ১৩ রোম শুবকপা মতমদা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ ফাংনবা হৌখি।

**মুম পানবা ঃ** — চহী ১৯ শুবকপা মতমদা রাবগাইদা লৈবী হাংবম নি ঙোল থম্বাল দেবীগা লোইননা লুয়োংখি।

**ডুহার চংপা ঃ** — চহী ১৯ শুবর্কপা মতম অসিদা ঈশৈ ফাংনবা লুহো বা, কর্ম্ম মচাশিংগী ডুহাব চংপা হৌখি।

**কোকয়েৎ য়েৎপা তম্বা ঃ** — শ্রীমাইস্নাম পিশক সিংহ সাং বৈশামপাঙ্গা লৈবা ওজা অসিদা কোকয়েৎ মচা য়েৎপা তমখি।

**কোকয়েৎ মচাগী মথল ঃ—**

১। সলাই মপুম ২। সলাই মতেক ৩। ওইনম্বী।

 শ্রীএলাংবম অঙাহল্ সিংহ

১। সলাই মপুন পুংয়েবনা হাপকনি ২। সলাই মতেক বোর অমন্তুং পালানা হাপকনি ৩। ওই নম্বী খোগলা কোকয়েংনি। অঙম অখোগী খোগলনা হাপকনি। পালানা হাপ্লিবা কোকয়েং অচোবা অসি বাবগাইদা লৈবা শ্রীতাকয়েনজম গুলাপ সিংহ কৌবা গুরু অসিনা ওস্বীরম্মী। অতোম্বা ওজানা লাপম চাউবা সিংহ সাং ভানপপী খোমপাল, শ্রীকোঙ্জেংবম ধন সিংহ বৈশামপাং সেগা লম্বীদা লৈবনি ওজা শ্রীঅঙাংহল মশানা হকথেংনবা জ্ঞান অমা ফংখি মতুদি মীওইবগী মশাদা পকপা বিদ্যা লেম্বা মাংদে। গুরুশিংগী কৃপাদগী কোকয়েং য়েংপদগী অপিকপা আয় খরম্তু তস্তনা ফংলি।

তুহারগী থবক :— চহী ৩০ শুয়কপা মতমদা মণিপুরগী মফম কয়াদা সঙ্কীর্তনদা তুহার অমা ওইনা নাম শোনবা হৌখি।

থবক তৌবা :— নোংমা থাংজম ওজা চাওবনা তাকপীখি ইবো ঐ থবক তোক্লে। ঐগী ইহুত্তা ওজা অমা কৌরিবনি। মহুদা রাওশিল্লু শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি হায়বিখি। ওজাগী কৃপাদগী ওজাগী মহুত্তা সিনিয়র গুরু অমা ওইনা থনবিহুনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী থবক তৌবা হৌখি। হায়রিবা বাকম অসি ১৯৬৯ ইংগী বানি।

পোষ্ট গ্রেজুয়েট :— পোষ্ট গ্রেজুয়েট হাংলবা মতমদা ছাত্র অমা ওইনা তমখি। চহী ২ গী মতুংদা ফাষ্ট ডিবিজনদা পাস তৌখি।

পালা তুহার :— ইং ১৯৮০ দা পালা নহাগী তুহার অমা ওইনা শ্রীগোবিন্দগী খোগলা ফংখি।

মনা মথুম :— অকাবা পালা অমগী তুহার ওইনা মনা মথুম খামেনচৎপা, সনা খুজি, তালনচিংবা ফংখি।

ওজা গুরুশিং : — ১। আদি গুরুদি অপোকপনি।
২। শ্রীচুংথাম ওজা থম্বাল অঙৌ সিংহ এলাংবম লৈকাই
৩। শ্রীথাংজম " চাওবা " " খুরাই
৪। শ্রীমাইবম " ইবুংঙোহল " নিংঙোম থোংনি।

সেবকশিং : —

১। এলাংবম ইবোচৌ সিংহ সাং হিয়াংলম।
২। " চাউভল " " ঙানপপী থোং মপাল।
৩। লাইশ্রম নেঙী " " হৈরোক
৪। কুমারী য়ুমলেম্বম রঞ্জনা দেবী য়াইস্কুলনি।

শ্রীএলাংবম অঙাহল সিংহ

## শ্রীক্ষেত্রিময়ুম কুল সিংহ
(নট সঙ্কীর্ত্তন)

শকাব্দ ১৯৪৭ হিয়াঙ্গৈ থাগী ৭ নি পানবা য়ুংশকৈশ হুমিত্তা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম কুল সিংহ পোকই। অপোকপগী মিনা ৺ তোম্বা সিংহ ঈশৈ শকপা ওজা অমনি অমসুং অপোকপীগী মিনা নোংথোম্বম নিংঙোল তোয়াইমা দেবী কৌই। পোকফম লমদম কোংবা নান্দেবম লৈকাই ইম্ফালদনি। পোকমিন্নবা মমা অহলগী মচা মুপা অনিনি। য়াম্না নোনা অপোকপা কায়নখি।

শিক্ষা : — মশাগী চহী ৫ শুবকপদা শ্রীপাঙম্বম বীরহরি সিংহ কৌবা ওজা ইবুংঙোগী মফমদা মপী লাইরিক তম্বা হৌখি। মতম্ অতুগী চহনবী লাইরিক শিত্ত শিক্ষানচিংবা তমখি। মশাগী চহী ১২ শুরকপা

মতমদা য়াম্না ৱানা হোৎনজহুনা কোংবা মোংথোৱম লৈকাই (মতম অহুগী কোংবা বাংমা) হায়না খংনবা এল, পি, স্কুলদা মণ্ডা ঙুম্বা কাওবা তমখি।

কলাবিদ্যা তম্বা : — লোইননা মশাগী চহী ৬ চংলকপা মতমদা শ্রীমোইরাংথেম অঙাংগ্নাইমা সিংহ কোবা ওজা ইবুংঙোনা তম্বীবা গৌর-লীলাদা নাহারুপ চোংথামগী ইমুংদা ঈশৈ হনবা ওইনা য়াওহুনা কলা-বিদ্যা তম্বা হৌখি।

মশাগী চহী ৭ চংলকপা মতমদা ৰৰচি ত্তাৰম ৬ জাহৰ পু শৰ্ম্মাদা ঈশৈ অমদি তাল মেল তম্বগা লোইননা নট পালাদা খোংদাবা হৌখি। মথংদা আজ্ঞা অসিন পহুনা সাং উচেকোন্দা লৈবা শ্রীঅমাবচম ৺ লক্ষন সিংহ কোবা ওজাদা অমুক নৌমা শিনবিখি।

অহুদগী হোহুনা নট পালাগী চলন-গঠন অমদি করতাল শিজিন্নবা অহুগা লোইননা ঈশৈ নোংমাই যাম্না বুপ্পা ওমজনবা ত্তাঙ্কা ফংখি। মশাগী চহী ৮/৯ চংলকপা মতমদা শ্রীযুক্ত গুরুমযুম ইবোহেতন শৰ্ম্মানা তম্বীবা গৌরলীলা খুদিংমক চিথদনা যাওখি। ৱাংখৈ কোইজম লৈকাই, কংলা সিকাইচিংবা মফমদা পালা ত্তোযনা যাওখি। তম্নুম্না মতম অহুগী লৱাই হঙ্ফাল থাক্তনা গৌৰলীলা শানবা কয়াদা পালা যাংবা, লোইননা নগর বাশী শাবদা মতম তহুদা মমিং লৈবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকখি।

মশাগী চহী তরা শুরকপা মতমদা ৱাংখৈ থাঙ্গপাং মপান্দা লৈবা শ্রীলোহতাম নিপামচা সিংহগা লোইননা শ্রীযুক্ত থাজম একাগী মাওবতা তম্বীহুনা গৌরলীলা কংখি। অমুম্না মতম অহুগী ফাওর ফাওরবা শ্রীতথেল্লম্বম থম্বাল অঙৌ সিংহ ওজা ইবুঙোদা অমসুং শ্রীলাইশ্রম কালাজাৎ সিংহ, শ্রীলাইশ্রম পিশক সিংহনচিংবা ওজাশিং অসিদা গৌর-লীলা অমদি খুবাক ঈশৈ চোলোম্নচিংবা য়াম্না নিংথিনা তমখি।

জগোই তম্বা : — শ্রীবিধু শৰ্ম্মাদা জগোই য়াম্না নিংথিনা তমখি।

লোইননা গৌরলীলা, শলশেনবা, অসিনচিংবসি সাং নান্দেবম লৈকাইদা লৈবা ওজা শ্রীশমান্দুরাম কামদেবগী য়ুমদা- তঙ্খীতুনা অহানবা ওইনা শানখি।

গৌরলীলা :— শ্রীথোনাওজম কুঞ্জো সিংহ হায়না কৌবা ওজা অসিদা গৌরলীলা অমদি শলশেনবা তমখি।

মণিপুরগী মপান্দা চৎপা : — মতম মতমগী ওইনা মণিপুরগী ৱাংমা মৈতৈ তাৱা লমশিংদা চত্তুনা আসাম, কাছারনচিংবা মকমশিংদা চত্তুনা গৌরলীলা, শলশেনবা তঙ্খীকই অমস্তুং শান্নরুই। লোইননা খুবাক ঈশৈ বাসক, মৈতৈগী ওইবা খম্বা থোইবী জগোই, লৈমা জগোই, রাধা কৃষ্ণগী জলকেলি অসিনচিংবা কয়া তঙ্খীতুনা শানহনবা হৌদোকখিবা মীনি।

য়ুমপানবা : — মশাগী চহী ১৬ শুরকপদা লোইতোংবম নিংতোল খোইবী দেবীগা লোইননা লুহোংখি। মুপী ৭ মুপা অমা অঙাং ৮ পোকখি।

লাই হরাউবা জগোই তঙ্খীবা :— হৌজিকী মণিপুরী সমাজনা যাম্না পাম্নবা লাই হরাউবা জগোই, ঈশৈনচিংবা তঙ্খীবি। মতম মতমগী ওইবা হাইস্কুলশিংগী বলচবেল প্রোগ্রামনচিংবগী জগোই তঙ্খীনা লোইননা মণিপুর সমাজগী চৎনরিবা শ্রাদ্ধ কর্ম অমদি কিবোই, নাহুৎ-নারেংনচিংবগী ঈশৈ শক্কুনা বানা জীবিকা ওইরি। ওজা অসি য়াম্না কননা অকাওবা অমা নক্রগস্থ সমাজনা মশক খংলবা কলাকার অমনি। হৌজিক কাওবদা মথক্তা পনগ্রিবা ঈশৈ জগোইনচিংবা অসিগী মৎমদা তমশিনবা, খিজিনবা লেপত্রি।

# শ্রীকাংজম ইবোহল সিংহ

(আই, এস, কাংজম)

শ্রীকাংজম ইবোহল সিংহ খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ কী ডিসেম্বর তাং ৫ শগোলশেল মুমিত্তা পোকই। পোক্লকম লমদম নাউরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই, শগোলবন্দ পোকই। অপোকপগী মমিং নারায়ন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা রাজকুমারী কন্যাসনা দেবী কৌই। মুপা ৩ মুপী ৫ পুম্না মচিন মনাও ৮ গী মমুংদা থাইগী অহলনি।

শিক্ষা :— উরিপোক এল, পি, স্কুল, থাংমৈবন্দ এম, ই, স্কুল জোনষ্টোন হাইস্কুল অমদি ডিঃ এমঃ কলেজগী ছাত্র ওইনা বিঃ এঃ ওনর্স (হিন্দি) ফংখি। গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা এমঃ এঃ (হিন্দী) পাস তৌখি।

সেন্ট্রেল ইনষ্টিটিউট ওফ হিন্দী আগ্রাদা হিন্দী শিক্ষন নিষনাৎ (টিচিংদা এমঃ এডঃ ইকিভেলেন্ট, লিংগুইষ্টীকতা ডিপ্লোমা) তা ফাষ্ট ক্লাস সেকেণ্ড পোজিসন ফংখি। ইভেলুএশন ফোক-লোর, লেক্সীকোগ্রাফী লোক্লোইজ লেব-টেক্নিকনচিংবা হিরমশিং অসিগী মরমদসু ট্রেনিং ফংলে।

রিসর্চ :— হৌজিক হৌজিক আগ্রা ইউনিভরসিটিগী মথাদা এপ্লাইড লিঙ্গুইষ্টীক্তা রিসর্চ তৌরি।

লুম পানবা :— ইংশোক ১৯৬৯ দা সনসম নিঙোল ইবেমু দেবীগা লুহোংদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোংদাবা হৌখি। মচামুপী ৪ পোক্লে।

থবক তৌবা :— ইং ১৯৭০ দা হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলগী লেকচর ওইনা সরকারগী থবক তৌবা হৌখি। হৌজিক গভর্ণমেণ্ট হিন্দী টিচর্স ট্রেনিং কলেজ, ইম্ফালগী ওজা ওইরি।

অইবা :— মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী সেবা তৌবা মীশক অমা ওইনা হৌজিক ক্যাওবদা লংইরিক তারামরী ইছুনা ফোংশ্রে।

শৈরেং :— ১। কোমমতগী পুন্সি ২। লৈরাং লৈচল।

নাটক :— ৩। যু লিক্লি ৪। প্রাপ্তি অপ্তি ৫। খোংথাং অমতদা ৬। মোংয়াম্বা ৭। ডাকু কুবর সাগর সিংহ।

উপন্যাস :— ৮। চিত্রকার।

একাঙ্কী নাটক :— ৯। বিদায় ১০। তাংকক্ক অমগী লীলা ১১। শক্তম রায়ী।

লোনগী মরমদা নৈনবা :— ১২ লোনগী ৱারেং।

ৱারী মচা :— ১৩। কবিগী অমসুং অঙাংগী সাহিত্যদা ১৪। নয়াম্বগী খূদোল। অসি নত্তনা অতৈ লাইরিক থবক্সু ফোঙবা য়াবা মওংদা লৈরে।

মনা :—ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা মণিপুর সরকার ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা "খোঙথাং অমতদা" ১৯৭০ গী নিওলিটরেচ বুক কম্পিটী-শনদা ৎরীগুবা মনা অমসুং "নয়াম্বগী খূদোল" ১৯৭৯-১৯৮০ গী চিলড্রেন বুক কম্পিটিশনদা অনিশুবা মনা পীখি।

ঙম কোয়বা :— ভারতকী মফম থরদা ঙম কোয়বা পামজবা মীশক অমা ওইবনা কোয়খি।

সমাজ সেবা :— ময়ামগী অপুনবা থবক্তা থবাই য়াওজবা অমা ওইনা মণিপুরগী সংস্থান কয়াগী অচৌবা মেম্বরসু ওইবি। মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা লোন নৈন-লুপ, মণিপুর অমসুং মণিপুর ফোক লোর সোসাইটিগী একজিকুটিভ মেম্বরান।

সেক্রেটরী :— মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী চহী ৫ চুপা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। হৌজিক হৌজিক সংস্থান অসিনা পুথোকপা "মীৎয়েং" চেকোঙগী সহ-সম্পাদক ওইরি। লোন নৈন-লুপ মণিপুরনা পুথোকপা "লোন" চেফোংগী সম্পাদক ওইরি।



শ্রীকাংজম ইবোহল সিংহ

লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১৬ | নিথেম | নিংথেম |
| ১ | ১৭ | তুলসিহদা | তুলসিংহদা |
| ২ | ১ | অবিবা | অরিবা |
| ২ | ৯ | রত্ন মঞ্জুবী | রত্নমঞ্জুরী |
| ২ | ১৭ | ওইবিবা | ওইরবী |
| ৫ | ৩ | মহরা | মহাক্ন |
| ৫ | ১৬ | তোংবানবা | তেংবানবা |
| ৫ | ২৩ | নচানুপাগী | মচানুপাগী |
| ৮ | ৩ | পাটিদা | পার্টিদা |
| ৯ | ৯ | থম্মোই মুদা/মুশিংকুম | থম্মোইমুংদা/মুংশিংকুম |
| ১০ | ১৯ | সিহ | সিংহ |
| ১০ | ১৯ | মিনিটর | মিনিষ্টর |
| ১৩ | হেডিং | বার | বারী |
| ১৩ | ৭ | তাবিবা | তাবিবা |
| ১৬ | ১১ | পণ্ডি | পণ্ডিত |
| ১৭ | ৫ | চনা | চংনা |
| ১৮ | ২০ | তুণ্ডনযম যোঙপ্রবা | তুণ্ডনফম ফোঙপ্রবা |
| ২৪ | হেডিং | ভৈগ্য | ভাগ্য |
| ৩২ | ৭ | তোম্না | তোনস্না |
| ৩৭ | ৯ | মথদা | মথংদা |
| ৩৯ | হেডিং | শ্রীহিদংমযম | শ্রীহিদংময়ুম |
| ৪১ | ১৭ | অপোবপীনা | অপোকপীনা |

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৪২ | ১৫ | লিথংখি | লিংথংখি |
| ৪৫ | ৩ | মণিপরগী | মণিপুরগী |
| ৪৫ | ৮ | পোথছুনা | পোথাছুনা |
| ৪৭ | ৯ | ইবুঙো | ইবুংঙো |
| ৪৭ | ১১ | থুকমজখি | থুক্মজখি |
| ৪৭ | ১৫ | মমুগী | মমুংগী |
| ৫৪ | ১৮ | ক্লাস নে | ক্লাস টেন |
| ৬৩ | ২২ | ছাত্রীংনা | ছাত্রীনা |
| ৬৪ | ৩ | জোনরেলনা | জেনরেলনা |
| ৬৪ | ১৪ | মম্যুনিষ্ট | কম্যুনিষ্ট |
| ৭৪ | ৭ | বৈষ্ণবশিনা | বৈষ্ণবশিংনা |
| ৭৪ | ১০ | ভাবোকশিনা | ভাবকশিংনা |
| ৭৬ | ১৬ | পোথখি | পোথাখি |
| ৭৭ | হেডিং | ওজশিং | ওজাশিং |
| ৭৮ | ৯ | তমনিবগী | তম্নিংবগী |
| ৮০ | ১২ | অটিশ | আর্টিশ |
| ৮০ | ২০ | বাদ্যাদা | বাদ্যদা |
| ৮৫ | ১৯ | মবী | মরী |
| ৮৮ | ১২ | কংগ্রেস্তং | কংগ্রেস্তা |
| ৯৪ | ৩ | লুচিংছনা | লুচিংছনা |
| ৯৫ | হেডিং | বিদস | দিবস |
| ৯৬ | ১৮ | জাপানিক | জাপানগী |

## অরানবা চুমথোকপা

| লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৯৭ | ৫ | লকচর | লেকচর |
| ৯৭ | ১২ | কোর্নিয়ানচিবদা | কোর্নিয়ানচিংবদা |
| ৯৮ | ৫ | পুয়াম | পুয়া |
| ৯৯ | ২০ | মোইরাংথে | মোইরাংথেম |
| ১০০ | ১৬ | লাইরেং | লাইয়েংহু |
| ১০১ | ২০ | খোচং | খোংচং |
| ১০২ | ১৯ | চিবপগী | চিকপগী |
| ১০৯ | ১৮ | লেকচর | লেকচরর |
| ১০৯ | ২২ | লংইরিক | লাইরিক |
| ১১০ | ৬ | শক্তম রায়া | শক্তম মরী |



